


# হো মেক্সিকো
## লমকোই রারী

বিনোদিনী





# O MEXICO

*Travel Essays in Manipuri*
A Manipuri Dance troupe journeys
across the Americas and Europe.

Author – Maharaj Kumari Binodini
Yaiskul Police Lane, Imphal,
Manipur 795 001 (India)

ফোঙজবা - এম: কে: বিনোদিনী
য়াইস্কুল পোলিস লেন, ইম্ফাল



অহানবা ফোঙবা - জুলাই ৪, ২০০৪ ইং
কোপি মশিং - ১০০০
মমল লুপা - ২৫০



Photography credits :

Author photograph – Gurumayum Nirmal Sharma
Photograph of Onesimo Gonzales, courtesy of the dancer
Cover background photographs; Washington, D.C. – Yen Lu Wong
Czechoslovakia – Milos Zita
East Germany – Film und Bild Kollektiv v. Eigen

নম্ফম - লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল,
ফোন ঃ ২২২১৮৬৪

# FOREWORD

I feel a little awkward writing this foreword in English, for this beautiful book is in Manipuri. Even then, I have to bow to the wishes of the author. An eminent fiction writer and also an artist in her own right, Maharaj Kumari Binodini gives a graphic account of her three-month tour in 1976 of Mexico, the U.S., Canada, France, the former Czechoslovakia, East Germany and West Germany. She was the troupe leader of the talented 12-member troupe of Manipuri dancers and musicians. Years later, news of the great Mexican earthquake of September, 19, 1985 touched her and she reacted in pain, crying: "O Mexico, Mexico!"

Binodini is proud of the cultural heritage of Manipur and her artists, whom she looks upon with motherly affection. Writing in exquisite prose with her characteristic directness, and mixing memory and nostalgia with desire, Binodini keeps an innocent and open mind. She mixes freely with the people and looks at them with calm and detached eyes. She reacts with joy, and occasionally with pain, to the excitement, rhythm and speed of the American and European lifestyles she discovers for the first time.

The occasion is the Manipuri troupe's participation, along with folk cultural troupes from Gujarat and Rajasthan, in the Bi-Centennial celebrations of American Independence, sponsored by the Smithsonian Institution in Washington, D.C. It is preceded by a visit to Mexico with the eminent Indian dancer, Yamini Krishnamurthy.

Manipuri dances were introduced by Andre Malraux in the following words: "The fundamental reality of India is infinite in life and infinite in time. Who can kill immortality? This is the reality. The Manipuris have lived through many centuries." Binodini encounters the descendents of Aztec civilization and is happiest experiencing the cultural heritage of Mexico which made a profound impression upon her. And how movingly she describes the impoverished artists watching the Manipuri dances from the wings of the Mexican stage! She gratefully collects the books, earrings, necklaces, and coins they offered at the feet of the artists.

Wherever the artists go, be it the U.S., Canada or Europe, there is a unity of hearts and minds. An excellent African American guide in Washington reminds her of the painting of "The Black Princess" at Ajanta. And that strong lady, Usha Bhagat, Social and Cultural Secretary to Prime Minister Indira Gandhi, how tenderly she behaves! She harbours a soft corner for the illiterate Pena player, Mangi Singh. The trio of Usha, Binodini and Prativa Pandit forms a harmonious team of leaders throughout their tour of the U.S., Canada and Europe. The tour has its anxious moments, of agony and of ecstasy, as when the author watches the Niagara Falls in Canada, or when Tombinou Devi's music inaugurates the Festival over the Voice of America. Paris does not open her beauty to Binodini, and she is the most unhappy in West Germany, as the arrangements are not all smooth sailing.

Running through all the experiences is her joy and pride in her Manipuri group who easily adjust themselves to their new environments. They endear themselves to all, earning the appreciation towards the end of the American tour: "Binodini, you are a wonderful people!" Portraits of parting, unshed tears from friends, a wayward youth, the Dresden Museum in East Germany, all come alive in brilliant sketches, occasionally suffused with her artistic contemplations on time and human destiny. And how dramatically the episode ends with the final reality in Imphal,

when three of the artists return to the Jawaharlal Nehru Manipuri Dance Academy only to learn that they had lost their jobs for one reason or another! A cruel anti-climax.

"Memories are like roses in December," sings a poet in Binodini's sheaf of memories. It carries the fragrance and wonder of beautiful flowers, tinged occasionally with joy and sadness, and leaving a few unforgettable traces. But she has no regrets. She shares with all her readers her excitement and significant experiences.

A beautiful picture in a simple frame: that is how we shall view this tender little book.

Imphal
December 20, 1997

**E. Nilakanta Singh**

# অইবীগী ৱাহৈ খরা

ঐগী লমকোই ৱারী 'হো মেক্সিকো' হায়বা অসি ঐনা জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর দান্স একাদেমীগী সেক্রেটরি ওইরিঙৈদা ১৯৭৬ তা থা অহুমলোম ফোরেন চৎলুবগী ৱারী ওইনা ইখিবনি। ৱারেং অসে ঐনা হেক হল্লকপগা ইবদি ঙমখিদে; ইগে খন্না-খন্না মতম শাংনা হৌখি। অদুবু নোংমা... মেক্সিকোদা য়ুহারহাবা অচৌবা অমা থোকখিবগী পাউ হেক তাবগা ঐনা পাখত্তুনা অদুম ইবা হৌখি। সুকলেপ-লেপ্তুনা 'হো মেক্সিকো', তেংথাখিবনি – হো মেক্সিকো! হো মেক্সিকো! হায়না। অদুবু অসুক কুইবা অসে ৱারী অসিবু ইদুনা ফোংদুনা মীয়ামদা লাপ্থোকপা ঙমদবগী পেন্দবা অমা খাংদুনা লাকখিবনি। মেনুস্ক্রিপ্ট অসিবু ইথোকপা লোইবগা নমশিন্দুনা লৈরিঙৈগী মতমদা দি ইম্ফাল ফ্রী প্রেশকী হৌজিক্কা ইডিটর ওইরিবা ঐগী ইচা ফানজৌবম প্রদীপ্পা মতম অমদা মৈতৈলোনগী ফ্রী প্রেশতা লৈরিঙৈদা 'শিরিয়েল' ওইনা হাপ্পীগে হায়না চোংথোকপীরকখি। অসুন্না মতম শাংনা ঐনা নমশিন্দুনা থম্লুরবা ঐগী খুৎইনা মীয়ামদা লপ্থোকচবা হৌখি।

মতম অদুদা ঐনা খনখি, 'হো মেক্সিকো' ঙশিদি নঙগীসু মতম লাক্লবোইরে। অদুবু অপনবা, অয়েৎপা, মঙম শান্দবা থৌদোক কয়ানা 'হো মেক্সিকো' অসি ফোংবা ঙমদনা লাকখিবনি। মতাং অমদা লময়ানবা প্রিন্টর্সতা পিশিন্দুনা নম্বা হৌরবা মতমদা বোম লংশিল্লক্তুনা প্রিন্টিং প্রেশ অসিদা অকায়বা পীখিবা অসিনা ঐগী ৱাখলদা য়াম্না নিংহল্লবা অমা পিখিবনি।

অসুন্না থেংথাং কয়া অপনবা কয়া থেংনরবা মতুংদা লমকোই ৱারী অসি ফোংবা তারে হায়না খল্লকপা মতম অসিদা ঐনা কয়া হরাওজরিবা। মাংলমচৎকী নুংঙাইতবা কয়া পুমলোই লোইশিল্লবগুম ঐগী পুক্নিংদা ফাওরে। সাংলবা মতম অসিদা ঐনা

চৎখিবা লৈবাকসিংগী মনুংদা অওনবা কয়া লাকখ্রে। অদুবু ঐগী খুৎই অসিদি মতম অদুদা ইবনিনা ঐনা অদুম কায়দনা থমজরি। মীয়ামদা তাকচরি, মতম অদুদা ঐনা থেংনখিবা উখিবা ৱারী কয়াবু।

খোঙচৎ অদুদা ঐনা কালাকার ১২ লোয়নখি। গুরু মোইরাংথেম কুল্লা, সমরেন্দ্রা, লোকেন্দ্রা, কোকঙাং, ইবোচৌবা, অলুনা কবুই, ইবেয়াইমা, নয়নশখি, জয়ন্তিসনা, তোম্বীনৌ অমদি ওজা মঙ্গি পেনা খোংবা। মতম অদুদা ঐগা শেৎনা-থানদনা চৎমিন্নখিবা জে: এন: এম: ডি: এ: গী কালাকারশিংনা ঐনা ইবা মতমদা অদুম ইমীন্নদুনা লাকখিবনি। ঙশিদি ঐগী মমল য়াম্নবা আর্টিস্ট গুরু মোইরাংথেম কুল্লা, সমরেন্দ্রা লৈখিদ্রে। ঐখোয়গী ইরক্তা য়াওখিদ্রে। অদুবু ঐগী ৱাখলদি মখোয় হৌজিকসু য়াওরি। মীকুপ অসিমক্তদসু মখোয় অনী ঐগা লোয়নরি। ঐনা তাক্লিংখি, ওজা কুল্লা, সমরেন্দ্রা, নখোয়গী ৱারী, লমকোই ৱারী 'হো মেক্সিকো' ফোংগদৌরে...।

অদুনা ঙশিদি ঐ নুংঙাইরে, ঐগী পেন্দবা করিসু লৈত্রে। অদুবু শাংলবা খোঙচৎ অসিগী মনুংদা ঐগী লমকোই ৱারীগী অওনবা মরক্তা মীওই কয়া অমসু চোংথোকপীরক্কুনা মতেং পীবীখিবা অমসুং পাংবীরকখিবা মখোয়বু ঐনা করিমত্তা কাওজদে অমসুং লমন তোঞ্জরে।

মখোয় অদুদি, দান্স একাদেমীগী নোঙ্গাম্ববা গুরু ঐগী তাদা চিত্রসেন, নোঙ্গাম্ববা গুরু গুলাপী, শ্রীমতি নয়েন্নী দেবী, কুমারি সুর্য্যমুখি দেবী, পণ্ডিৎ নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রা, তাওরেম মঙ্গী, লময়ানবা প্রিন্টর্স, রতন থীয়াম, গোপেশ্বর শর্ম্মা, মাখোনমনি মোংশাবা, শ্রীমতি প্রীটি পটেল, অরিবম রাজেশ্বর শর্ম্মা, য়েংখোম অনিল, এ: সি: নেত্রজিৎ, কুমারি মুতুম দেবলা দেবী, ঙাঙোম বিরজিৎ, রাজমনি অয়েকপম অমসুং থোইবীসনা রাজকুমারী।

ঐনা সুকশকাউ কাউবা য়ারোইদবা অমনা, ঐখোয়না শাংলবা খোঙচৎ অদুদগী হেক হল্লকপগা পান মণিপুরী য়ুথ লীগনা ফোংবা রেজিস্টান্সকী এডিটর, ঐগী খ্বায়দগী চান্নবী মরুপ শৌগাইজম সরোজিনীগী মচা নুপা তরুনকুমারনা লাক্কুনা, ডান্স একাদেমীগী উখোং-ৱাখোংদা ঐগী কালাকারশিংবু অমমমতা ওইনা উন্নবীবা লাকখিবদো।

তরুনকুমার অমদি ঐগী ইয়া-নুপা আর: কে: মেঘেন্দ্র নচিং নহারোল কয়া কয়ানা ঐখোয়গী কালাকারশিংবু হেক হেক উন্নবীরগা মরিক চুন্না খোঙচৎ অদুগী পাউ লৌবীখি। অদুগা 'How the West was Won' হায়না লিশাং শিংনা ফোংবীখিবা অদুনা ঐগী নিংশিংবদা মতেং য়াম্না পাংখি। অদুনা রেজিস্টান্সবু ঐনা পুল্সি চুপ্পা লমন তোনশিঞ্জরবনি।

অসি নত্তবা কয়া অমসু ঐগী ইতেং পাংবিখিবা ঙাক্তনি। পুন্নমকপু ঐনা নোঙ্লুকচরি অদুগা পুন্নমক্কী মফমদা লমন তোঞ্জরি।

এম: কে: বিনোদিনী

# মনুংগী লমায়শিংদা

# মেক্সিকো সিটি Mexico City

১৯৭৬ কী জুলাইদ্ থা। জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমীগী জগোইগী ট্রুপ অমা শাংলবা থা অহুমগী মপাল লমগী খোঙচৎ অমগীদমক্ ইম্ফাল থাদোকখি। গুরু মোইরাংথেম কুলা য়াওনা কলাকার তরানিথোইনি, ঐনা ট্রুপ লিডর। থাঙ্গেশেংবমক্তি স্মিথসোনিয়ন ইনষ্টিট্যুসননা সীনবা বাইসেন্টিনিয়েল সেলেব্রসন ওফ আমেরিকান ইন্দিপেন্দেসতা ভারতকী কলচরেল ট্রুপ অমা আমেরিকা অমদি হল্লকপদা ইউরোপকী লৈবাক খরা চৎকদবনি। মরকসিদা পাউ অমা দিল্লিদগী লাকখি, মণিপুরী ট্রুপতি খরা হান্না লাকলো, মেক্সিকো চৎপা তারে। অদুদগী অদুম বাইসেন্টিনিয়েল য়াওনবা বাশিংটন পাংগদবনি। চৎপগী মরমনা, ভারত অমসুং মেক্সিকো লৈবাক অনীগী মরক্তা শেমগদৌরিবা কলচরেল ট্রিটি গা মরী লৈননা জগোই শারুগদবনি। চৎমিন্নগদৌরিবনা ভারত নাট্যমগী মমিং লৈরবী জগোই শাবী যামিনী কৃষ্ণমুর্ত্তি। হয়াউবনা লুতোন কাখি। মীরৈবাক্তা উৎলুগদৌরিবা জগোইশিং অসিনি হায়না তাকচরমবা ওইনা প্রেস য়াওনা, ময়ামদা উৎচরম্মী। মরমদি মণিপুর চোপ্পা য়াদে, নখোয়না পঙতৌ তৌশিনব্রা ময়াম্না হায়বীগনি হায়না ঐখোয়না য়াম্না নুংশা থীজখি।

অদুনা ঐখোয় দিল্লিদা খরা হান্না থুংলুই। ভারত থাদোকলমদাইদা মরু ওইনা মণিপুরগী কলাকারশিংবু কৌরগা লম চৎপা হায়বসি করম হায়না তৌই, মরী লৈনবা মীওইশিংনা পাউতাক পীবিখিবদো য়াম্না কান্নখ্রে। মতাং অমদা শকনাইরবী নুপী অমনা হায়খি, "য়েংঙোই, মীরৈবাক্তদি শম্ কক্পসে শেল য়াম্না তিংবনি, অদুনা নশম তেন্না কক্লগা চৎলু। নখোঙ নখুৎ শেংনা হামদোক্কদবনি, খুজিন খুয়া লংনা থমগদবনি। ঐখোয়গী কলাকারশিংসে মখোঙ মখুৎ য়াম্না বাউগল্লি, খুনিং কায়গল্লি।" ঐখোয়গী অঙাংশিংনা মতম অদুদা ঐঙোন্দা য়েংলগা মোমোন নোকখিবদো ঐ খঙই, মখোয়না হায়রিবদো করিনো, মখোয়না হায়রি, "খোঙ হাম্বু ঐখোয়দা তম্বীরিয়ে, চরা হেন্নবসু খূনীং তক্চরিবা মৈতৈনে ইবেম্মা, শম্ কৃকপগী বাদি বাবীরুনু শমকক্ কাতি য়াউজরি।"

## *হো মেক্সিকো*

অসুক কুইবসে খোঙচৎ অদুগী ৱারী ইদুনা লীগে লৈরকপবু পাঙথোক চাম্বনা ঙমদদুনা লাকপনি। ঙসি পাউ তারি, মেক্সিকো তুমখ্রে, মশীঙ্ লাকঙমদনা অশিবা মশানা চিঙমুক ৱাংখ্রে, হৌজিকসু লোইদ্রি থিবা। অহিং নোংশোইবা তুম্বা য়াখিদে, ঙাইঙমখিদে, হয়েংমক, হৌজিকমক ইদবা য়াদ্রে, করিগুম্বা ঐসু...। চুম্মি, চৈনা ফংদ্রবদি মীৎকপ থোক্তবা মী য়াম্না লৈ। অদুগী মরক্তা ঐসু অমনি।

অদুনা, হো মেক্সিকো!
চৈনা ফংলে ঙসিদি,
অদুনা লীরবনি ৱারী।

যামিনী কৃষ্ণমুর্ত্তিগা লোয়ননা ঐখোয়না মেক্সিকোগীদমক ভারত থাদোকখিবদুবু করি নুমিৎনো? ঐ নিঙশিংদরে । মদুনা ঐগীদি অহানবা ফোরেন খোঙচৎনি। লম্বীদা থোইনা ৱাখিদে। লণ্ডনগী হিথ্রো এয়ারপোর্টতগী পুং নিপান চুপ্পা আটলানতিক মহাসাগর লানবা অদুমদি নিংদোল চোংখি। ইস্! অহাঙবা, কয়াদা হাঙখ্রবা! সমুদ্রনা কদায়নো? অতিয়ানা কদায়নো? ইখোঙ অসিনা অমুক্তং ঐগী পৃথিবীগী লৈমায় অসি শোকচরবদিকো খল্লকখি। খরা ৱাই চিনখিবগী শরুক্লা নিউ য়োর্ককী কেনেডি এয়ারপোর্টতা কষ্টমসনা পোৎ ফাকপদো। পোৎ হায়রা খুন্নাইগী পোৎ নত্তেদো। কনাগী পুং-সেন, পোৎলোই শমপোৎ, থাঙ-তা য়ামসু য়ামখ্রে। ভারত নাট্যমণ্ডম্ সুটকেস অমদা কোক্ হাপলগা পুবা য়াবসু নত্তে। কৈনো অমদি তৌবা চুম্লবা জাৎনি, করিনো "পায়রা খুদাপ হুক্লে ফৈদোম" য়াবা খরা। পোৎ ফাকপগী পবর্ব অদু থোইনা কুইনা চঙখিবদি নত্তে। করি উপুদা করি পোৎ য়াওরি হায়বা অইবা লিষ্ট ঐনা লানশিল্লি। অদুনা সৎ-সৎ অদুম লোইশিল্লি। অদুবু সটল্ কোক্ হাপ্পা চেগী উতোং অহুমদা চেকশিন্না হাপলিবা শমজিন্‌গী উচেক মতু অদুদি ফাক্-সেৎতুনা য়াম্না য়েংই। খঙদে হীক্ য়াওবোই নীংব্রা। মতাং অসিদা থৌদোক অমতংদি ঙসিসু নিঙশিংলুরগা নোকনীংই। কনাগুম্বী নুপীমচা অমগী লন্নাইগী উপু ফাকপদা চেঙপাক চিনি য়াওবা থেংনদুনা মখোয়না য়াম্না মুন্না য়েংই। চিনি কাংগোইদো থাঙ্গৎ-থাঙ্গৎতুনা য়েংই। ড্রগ ওইরবোই নীংলুরমাক্লে অদুম লৌশিলহৌরে, চাগে তৌবদি ওইরমলোই। ইকাইবনা মমায় ঙাংলবী নুপীমচাদুনা হায়, "কনানা খঙনি, ইমানা লম্বীদা চাক্ লামলগা চাও হায়দুনা হাপলকপনি।"

## মেক্সিকো সিটি

জুলাইগী তাং কুনতরুক্তা ঐখোয় মেক্সিকো থুংলে। এমবেসিগী শ্রীরামমোহোন্না ঐখোয়বু ওকপিরম্মী। ঐখোয়গীদমক হোটেল প্লাজা হর্মোশাদা কা নিপাল অমসু থম্বীরম্মি। কনানা কনাগা লৈমিন্নগনি হায়বা লিষ্ট ঐখোয়না পীবনা থোইনা ঙাইনদে। যামিনীখোয়সু লৈ অদুবু থোইনা উন্নদে, অদুক মফম মফমদা থেংনবা নত্তনা। মেক্সিকো পৃথিবীগী থার্ড ৱার্ল্ডগী খ্বাইদগী চাউরবা সহরগী মনুংদা মরীশুবা সহরনি হায়। মমিংদা লাইৱা অমা পুরি। ফিল্মদা উই, ৱারী তায় অঙকপা, অকিবা, ফজবা শকৃখণ্ডবা লমদম অমা ওইনা। মফম অসিদনি 'মায়া' সভ্যতা চাওখৎলম্বা, মফম অসিদনি 'মায়া'না মাঙখিবা। মফম অসিদসু এযতেক সভ্যতানা মিং থকহল্লম্লগা মুৎখিবনি।

ৱাংমনবা মফম ওইবনা ঐখোয় হৈনখিদে। কোক্ হাইফেৎ-সাফেৎ ঙাওই। মদুগীসু থৌরাং লৈরম্লি। হেক য়ৌরগা ঐখোয়বু জগোই শাহনদে, পোখাহল্লি। অদুনা জুলাইগী তাং ২৬ তা থুংবা, ঐখোয়বু আগষ্টকী তাং ২ দা জগোই শাহল্লি বেল্লাস আর্টস কী চাউরবা লিরবা হোলদা। নুমিৎ নিনি উৎলি জগোইদো, যামিনীনা মিনিট নিফুমঙা, ঐখোয়না পুং অমা। মসিগী মমাঙদা এমবেসেডরগা উন্নবা, টি ভি দা শকউৎপা, চাকলেন, রিহার্শেল, প্রেস উন্নবনচিংবা লোইখ্রে। অতৈ মতমদদি পোথাবনা শরুক্লি। মতাঙ অসিদা ঐগী কলাকার খরা মশা ঙমলক্তে। খুদক্তা ডাক্তর থারকই। ঐনা থৱায় ৱায় পুং য়ৈবা অনীদুগী, ঐনা নুংশা থীখি তাঙ-তা তৌগদৌরিবা পাখঙ অনীদুগী। ওজা মঙ্গী পেনা খোংবসে ঐখোয় ময়ামগী ঙম্মোকনি। চৎমিন্নবা য়াম্না নুংঙাই। অদুবু মানা হান্না মশা শোকচিল্লকখি; ঐনা হায় "মঙ্গী, নশা ঙমদ্রবনিনা ভারতলোমদা নঙবু পার্সেল তৌবা তারে।" "ঐ ফরে" ফুক হৌগৎলগা ফমখি। য়াম্না নুংঙাইনা থম্বী। তসেংনমক এমবেসিগী কাঙবুনা চেকশিন্না শেন্নবী। নুংঙাইতবা হায়বমক্তবু ঐখোয়গীদমক ফুল টাইম্ ইন্টরপ্রিটর অমা থম্বীখিদবদো। ঐখোয়গী মরক্তা স্পেনিস হৈবা মী য়াওদে হায়বা খঙহৌদ্রমাল্লে। নুপীমচাশিংনা ঐবু লঙনদুনা হায়, "ইমাসিনা ইংরাজী লোনবা হৈকা হায়দুনা চাউথোকপদো কমদৌরে? অসিদদি ঐখোয় অমহানি।" অচুম্বনি। ঐনদুম হেন্না ৱাখি। মরমদি ঐদি জগোই শাবী নত্তে, ইঙ্গিৎনচিংবসু হৈতে। মখোয়দি ইলায়-লায়না ফাওনখি, মখুৎনে মশানে। "গ্রাসিয়স্, গ্রাসিয়স্" মখোয়না হায় ঐনদুম হংখি, করি হায়রিনো? মসি ওইরে অর্টিষ্ট হায়বসে, চৎলু-চৎলুবা মফমদা মখোয়গী মী লৈরম্মি, মরোল খঙনবা লৈরম্মি। মতম অদুদা ডান্স একাডেমীগী সেক্রেটরিবু কনানা শিঙথাবীগনি। খরা লৈরগা করম হায়না ফাওনদুনা

লৌরুরিবা অলু অফূৎপা, মোরোক অতেক্পনো খঙদে, চাক চাম্বা মতমদা তোম্বীনৌনা আলু অমেৎপা হেক হেক য়েল্লকখি। তৌম্বীনৌ য়াওরমদ্রবদি ফনা বারমগনি। চীঙ্গাক হৈনদবসু য়াওবনি। অদুনা কনাগুম্বদি তোম্বীনৌগী লুহোংবদা দোলাই পুবগী মমল লৌরোইবু হায়খি।

হেক থুংবা নোংঙানবদা গোসি সোতো কৌবী নুপী অমা লাক্লুনা ঐখোয়বু উন্নবীরে। লাপ্লবা মীরৈবাক অদুদা মহাকপু ঐখোয়না অয়ুক্ কী নুংশা মঙালগুম ফংজখি। মহাক্তি মেক্সিকোগি পাউচে একসেলসিওর আর্ট ক্রিটিকনি। শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধিগী চাম্নবী মরুপনি, ভারত্তা কয়ারক লাকখ্রে। মচা নুপী অহম অদুসু হেক হেক পুরকই। কয়াদা মতেং পাংবীখিবা। পাউ চেদুগী চেফোংগী অহানবা লমায়দা ফোটোগা লোয়ননা ডানজা মণিপুরী শিংবু শকতাকপিখিবদো গোসি সোতোনি। মণিপুরী ট্রুপ লিডর উন্নরবা মতুংদা জুলাই তাং ৩০ দা এক্সেলসিওর দা ওনদ্রে মালরো না ইরকখি,

"The fundamental reality of India is infinite in life and infinite in time. Who can kill immortality? This is the reality, the Manipuris have lived through many centuries."

মসিদগী হেনবা করি অমুক আশা তৌরুনি, মণিপুর হিংলি, হিংথিনি পৃথিবীনা হিংলিমখৈ। মসি পুম্নমকসে গোসি সোতোনা সীনবনি। য়াম্না হংবী ঐখোয়গী মরমদা, মণিপুরগী মরমদা অদুবু মাগীদমক্তদি ঐখোয়না করিসু তৌরম্বা ঙমলমদে। মচানুপী অতোম্বী অদুদা ঐখোয়গী অঙাংশিংনো লাইথি অমতংদি পীরম্মি। ঙসি গোসিদুবু করম তৌরিগবা! অঙাশিংদু য়াম্না ফজবনি, নুংশিবনি। নুপীমচা অতোম্বীদুনা ঐখোয়গী জগোই য়েংলুরগা থোরকপদা 'লাই হরাওবী, লাই হরাওবী' হায়দুনা চোং চোংদুনা মমাগী মমাঙ থাদুনা চৎখিবদো ঙসিসু মিৎতা শং-শং উরি। পাউ অমতং ফংলবদি পেনগদবনি অদুবু করম্না?

ঐখোয়না মেক্সিকোদা মাপল্লক জগোই শাই। মেক্সিকো সিটিদা মঙারক, গ্বাডলাহারা অমদি মোন্টরে কৌবা মফমদা মরীরক। ইকুই কুইদনা মণিপুরী জগোইনা মেক্সিকো জয় তৌখি, খুদক্তা মেক্সিকোনা ঐখোয়গী থম্মোই হুখি। মতম অদুদদি কয়াবু খঙলমদে, ঙসিদি কয়াদা ময়েক লারবা।

## মেক্সিকো সিটি

অহৌবা নুমিৎতা মেক্সিকোগী প্রেসিডেন্টনা ঐখোয়গী জগোই য়েংবা লেঙবীরকখি। নুমিৎ অদুনা অহানবনি মীরৈবাক্তা ঐখোয়না জগোই উৎপা। জগোই থোকলমদাইদা মঙ্গীনা ঈশ্বর খুরুমখি। অঙাংশিংনা মখোয়গী ওজা কুলাদা খুরুম্বা মতমদা ইথা থাজদনা সমরেন্দ্রনা কপথোরকই অতৈসু মপি তৈথোকখি। জগোই হৌরমদাইদা গোপেশ্বর অমদি অলুনাবু কবুইগী ফিজেত্তা প্রেসিডেন্টকী মনাক্তা পুশিন্দুনা মণিপুরবু শক তাকপা চঙলুবা মতমদা তাকপীরকখি-কবুইগী কোক্কী লৈতেংগা থায়নগী মেক্সিকানশিংগা মান্নে। ঐনা কয়া হরাওখিবা। কদায়দা মণিপুর, কদায়দা মেক্সিকো! অদুগা যামিনী কৃষ্ণ মুর্ত্তিদি? অঙকপা মাগী জগোইনি, অঙকপা কলাকারনি। মিনিট নিফুমঙাদো ঐখোয়বু নোংমদোল লৈবাক্তা পুরিবোই নিংখি। নুঙদা হক্তুনা শাবা নুঙগী লাইরেম্বীনা জগোই শারি, লিরবা ভারতকী মুর্ত্তিনি। অদুবু মাগী মনাক্তা নকশিনজবা ঐখোয় ফংখিদে, ঐখোয়না শোকলুবা য়াদে, অদুনা লাপ্না য়েংজবনি নুংশাসোর থিংবমখে। অদুগা ঐখোয়দি মালেমসিগী লৈরিক্ মরক্তগী শাগৎখিবা জগোইগী মিংনাইদ্রবা, শকনাইদ্রবা, কলাকার ঙাক্তনি। মেক্সিকানশিংনা ঐখোয়বু কোইবীদে, অচম্বা মেক্সিকানশিংবু ঐখোয়না নক্না ফংজখি। অদুগা যামিনীগী যন্ত্র খোংবশিংদুদি ঐখোয়গী অঙাংশিংগা য়াম্না চান্নজে। চাক চাবা মতমদা অচারগা লান্নে। ঐনবু ঙকই, করম্বা শরক্তা নিউয়োর্ককী কষ্টমসবু উৎ চাইরগা পুরকলিবা আচার লীকলিনো। হৈদকো মীগী মচাদি। মতম অদুদা ঐখোয়গী চিনি কাঙ্গোইদো পাম্মুরকই।

মেক্সিকো সিটি য়াম্না চাউখ্রে, য়াম্না লংখ্রে, মতমগী চপ চাবা সহরনি। মরক মরক্তা থমলি লিরবা খুভম কয়া চেকশিন্না, পাম্মুনা। মেক্সিকান নিংথৌমচা অমগী চাউরবা, ব্রাংলবা মুর্ত্তিনা ইগলগী শক্তম লৌ ঙসিসু মেক্সিকো ঙাকলি। চহী চামরি য়াঙখৈগী মমাঙদা মানা স্পেনিস লান্দাবশিংগী মায়োক্তা লেপখি হায়। সনাগী মুর্ত্তি অমনা য়াক্লুবা মেক্সিকোগী নুংশা মঙালদা ইলং-লংলি। মখোঙদা লাম্মী নিফুনা য়ারেক্তুনা শঙলি হায়। লাইশঙ কয়া, কোনুং কয়া, পাক্লবা লম্বী উমং অদুগী মথক্তা হরাওদুনতা লৈরিবা কুলৈ কুচুগী মীয়াম। ফজে য়াম্না ফজে। নোংমদি ঐখোয়না রিহার্সেল চৎপদা থোঙ্গালদা মচা পিশক চেনবী, ফিমল শেৎপী অমনা হৈ খরা মমাঙদা থারগা য়োলহৌই, মেদোনা এন্ড চাইল্ড! অদুবু ফজরবা মাইথোঙদো অব্রা মৈশা লাংহৌই।

কাউণ্ডমদবা অমনা, নেশনেল ম্যুজিয়ম ওফ এনথ্রোপোলোজি মদুমসু অঙকপনি। চৎপগী লোইবা নাইদে। হেক চঙবমক্তদা লিরবা মাঙলমচৎকী মেক্সিকো উবা ফংই।

খিল্লিবা নুঙজাওদো মতমসিগী খুৎশেম নত্তে। 'মায়া'গীদমক্তা লীদুনা থমলি, তোঙাল্লা কম্‌প্লেকস্‌ অমসু। ম্যুজিয়ম অসিদা থমলিবা খুদমশিংনা 'মায়া' মশক তাকলি হৌরকফমদগী হৌরদুনা লাইনিং লাইশোল, অশি-অনা, য়ুম্বাল-কৈবাল্‌ লোইনা খংকি কিরকখি ঐনা, অসুম্না 'মায়া' কয়া মুৎথ্রবদি কমদৌনি! চাউরবা ঙকলবা গ্রহগী খোঙচৎপু কিরকই। অহাঙবা, অহাঙবা, কয়াদা হাঙনা হাঙখ্রবা! ময়ামসিবু করিনো?

"মালঙ থল্লিবা

কোরৌ থৱানমিচাকসে

. . .

ঙক্‌চবনা থল্লে, থল্লে ঐগী পুক্নীং!"

অসুম্না শকখিমাল্লে রবীন্দ্রনাঠনা। নোংমসু পুবীখি লিরবা মেক্সিকোগী মন্দির অমদা, অরাপ্পা লমদম অমদা। য়াম্না লাপ্পি, খুঙ্গাং ফাওনা নুঙ্গাই লম্বী মরক্তা ঐখোয়বু পুবীখি। নাক-য়েৎতা লৈহৌরিবা খুনজাশিংদো কয়া নুংঙাই য়াইফনা উখিদে। অদুবু মফম অদুদি অঙকপনি। মিটর নিফুমরী পাকপা ৱাংলবা পিরামিড্‌ অমনা হান্না উরকই। মদুগী হেক মায়োক্লবদা পীক্তক তৌবা পিরামিড্‌ অমা। চহী লীশিং কয়াগী মমাঙদা লাইনিংথৌ কোরৌহনবগী মিংলেন লৌদুনা শাখিবা মন্দিরনি। ঙরাংতসু চীকলবা লাইফম অসিদা মতৈ মনাও অমা আত্মাঘাত তৌদুনা শিরম্মি হায়। মফম অসিদা অহাঙবদা চাউরবা ওপন এয়ার থিয়েটর অমসু লৈরম্মি। থিয়েটরমকসু নত্তে। লাইনীং-লাইশোনগী শেংলবা মীতিনফমনি। ময়ায়দা খরা ৱাংখৎলিবা শিড়ি থাক্লা কোয়বা মফমদো পুরোহিতশিংনা, য়োইবু য়োইহেনশিংনা ৱা ঙাঙফমনি হায়। ঐখোয়গী গাইদনা ঐখোয়বু কাখৎলগা ৱা ঙাঙল্ডু হায়। ঐখোয়গী অঙাংশিংনা ৱা ঙাঙই, ঈশৈ শকই। লাউদ্‌ স্পিকর খিনবগুম মায়কৈমরিদগী খোন্থাং য়েরকই। অহাঙবা মেক্সিকোগী অতিয়া পুমনিল নিলখি খোন্থাংনা। মদুবু করিনো? করম্বা বিজ্ঞানগী মিত্রংনো? উনা শাবা পিরামিড কয়া অমসু লৈরম্মি হায় অদুবু স্পেনিস লান্দাবশিংনা মাঙহনখি। পুংমুৎ মুৎলুরবনি, খোঙ্গুল মাঙলুরবনি। অদুবু থিবা হুম্বগী থবক চৎথবনা ঙসি অমুক ঐখোয়না উবা ফংজরি। খঙদে করম্বা মতমদা অমুক উগবা খল্লুবদা ঐনা নুঙ অমতংদি খুল্লকই। ঙসিসু লৈরি। লাইশঙশিংদো ঙসিসু লৈরমখিনিকো। মৈগী উফুলনা কুপশিল্লমলোইকো!

## মেক্সিকো সিটি

তোনো কৌবা ড্রাইভরদো রা কয়া ঙাঙদে, চাউ-শাংই কুচু মুই। ঐখোয়বু পুথোক পুশিন তৌবা বসকী ড্রাইভরনি। ঐগীদি কার অমা পীবিবনি অদুবু ওফিসেয়েল্ থবক্তা তোংবা নত্তনা ঐদি অয়াম্বা মতমদা তোনোনা থৌবা বস তোংই। ঐনা অসুম্ উই, মাগা ঐগী আঙাংশিংগা রারী য়াম্না শান্নে। চান্নজে। মানা অচাপোৎ পুরক্লগা য়েল্লবস্ য়াওই। ফোটো পীনৈ, ঠিকানা লৌনৈ। নোংমদি হাইফেৎ চিংনখি, তোনোনা লিকলি অমা পুরকখিমাগ্নে। খঙদে তোনোদুবু কমদৌরিদনো ... । হোটেল প্লাজাদুবু নীঙখায়বদা য়াওরমলোইকো!

চৎলমদাইগী মতমদা, মেক্সিকো সিটি থাদোক্লমদাইদা ঐখোয়বু মখোয়গী জগোই য়েংহল্লি। বেল্লে ফোকলোরিকো না উৎপা জগোই মখল মাপনগী প্রোগ্রাম অমদা। ময়ামদুগী মরক্তা অনীদং য়াম্না পামজনা খনগৎতুনা পুরকখিবদুমদি ঙসিসু লীদুনা থমজরি। ফীজং হেক হাংদোকপগা মৈখুনা পুম্মম মমলি। কনানো অমা পজেং ফিরাল থেত্তুনা, কোক্তা চীরোঙ হাপতুনা হৌগৎলকই। মায়কৈ মরীদগী অঙকপা ফিজেৎতা নূপা মরী অমসু থোরকই মখোয় লান থেংনৈ। রারিদি অসিনি মীগা লাইগা শম্নরিঙৈগী মতমনি কোয়টশা কোটল কৌবা নুপা অমনা মায়কৈ মরীঙাকপা লাইমরীবু মাইথিবা পীরগা লৈনুং লৈবাক্তগী মীওইবগী শরূক হুরান্দুনা পুরকখি। হূরানবগী মরাল লৈরবা নুপা অসিবু লাইয়াম্না চৈরাক পীখি। নঙনা মীওইববু পুন্সি পীগে হায়রবদি নঙগী ঈগা শিন্নগদবনি। মথরায়গা শিন্নরগা মানা মীওইববু শেমখি। মীওইবনা মিকপ থোকই, উরকই মাগীদমক অহিং নুংথিল ওইরিবা নুমিৎ অমসুং থা। জগোইগী লোইশিল্লকপদা মীগা লাইগা নুংঙাইনা নৌংথৌ লৈবাক্তা হিংমিন্নে। জগোই অসিবু মখোয়না "ক্রিএসন ওব দ অজতেক রার্লদ" অসুন্না মিংথোল্লি। য়াম্না কি, য়াম্না ঙকই য়াম্না চীং লেম্মি জগোইদো। নিঙশিংহনখি প্রেসিডেন্টনা তাকপীখিবা নখোয়গী কোব্ধী কোকথোলগা থায়নগী মেক্সিকানগীগা মান্নে। ঐনা নিঙশিংখি, ঐখোয়গী লৈশেমঙৈগী রারী, ঐখোয়গী মায়কৈ ঙাকপা লাইশিং। ঐনা নুংশিনা পামজখিবা জগোই অমনা "দ দিয়র দান্স" মী অহুমতনা শাবা জগোইনি, ইহাঙ-হাঙবা ফম্বক্তো অমুক হেন্না পাকলবোই, তামখ্রবোই নীংহনখি। করিগুম্বদা শূকলবা উমং, করিগুম্বদনা ঙমলবা লোকচপতা লৈরিবা ঈশিংখোং। অসিগুম্বা জগোই অসে থায়না মমাঙঙৈদগী প্রশান্ত মহাসাগরগী তোর্বানদা য়াক্যুই ইন্দিয়ান শিংনা শজিবু ঈকাইখুম্নবা ওইনা শাবনি হায়। মসিবু ফোক্কলোরিষ্ট না চপ চানা পুথোক্লবা হোৎনরি। শাদানবশিংগী জগোই হৌরে, লাইনীং-লাইশোনগী শরুক অমা ওইনা।

কনাগুম্বা অমনা শজিগী মকোক্ উপশিন্দুনা শকলোৎলগা শাদানবগী মশক লৌরিবা পুরোহীত অনীবু নমথাক্ তৌদুনা পুথোকলি। শজি অমসুং শাদানবা পুরোহীৎ অনীগা কোয়তান তান্নরি। অঙকপা জগোইনি। অহন্না ফি চপ মান্ননা শেৎলি। খেন্নরিবা হায়ববু শজি মকোক্ হাপ্পা অদুতনি। অরোইবদা শজিবু শাদানবনা ঈশিংখোং অমদা হাৎলে। অদুবু শজি নৎলমদ্রে মীনা শাবা শজি ওইরম্মি। মখোয়না অসুম্না হায়,

"The dance is a symbol of respect for the deer's endurance and spirit."

মসিগী জগোই অসি ঐনা য়াম্না পামজখি, ঙসিসু থম্মোয়দা চুদুনা লৈরি অদুনা ঐনা 'কৈবুল লমজাউ' হায়বা বেল্লেগী স্কৃপ্ট ইবা মতমদা কদেং থাংজহনবগা শজি অমোমগা তান্নবা অমদি শাদানবা অনীনা শঙাই লাবা হাৎপগী মতাং হাপখিবা মেক্সিকোগী"দ দিয়র ডান্স" না ইথিল পীখিবনি। অসিগুম্বা জগোইশিং অসিবু শেমলিবা ডাইরেক্টরনা অমালা হরনান্দেজ কৌবী নুপী অমা। মখোয়গী জগোই উরগা মখোয়বু খরা হেন্না খঙলবোই নীংখি। মফম অদুদনি ঐখোয়না কাউঙমদবা কয়া থম্মোয়দা ফাওখিবা। মফম অদুদগীনি ঐখোয়না তাঙলবা পজেং ফিরাল থেৎত্তুনা হল্লকখিবা। মফম অদুদা ঐখোয়না মণিপুরবু নৌহৈনা শকখঙলবোই নিংখি। ❑

# গ্বাডলাহারা Guadalajara

মথংদা গ্বাডলাহারা। মফমসি সংস্কৃতিগী অচৌবা মফম অমনি অদুবু মেক্সিকো সহরমুক চাউবদি নত্তে। ঐখোয়না আগষ্টকী তাং নিপাল অমসুং মাপল নুমিৎ নিনি জগোই শাই ডেগোলাডো থিয়েটর দা । নিনি চনবা নুমিৎকী অয়ুক্তা পাখং লৈশাবী খরা ঐবু উন্নবা লাকখি, মখোয় ওনেশিমো গোনজালেজ কৌবা কন্টেমপোরেরি জগোইগী ডাইরেক্তর অমগী কাওবুনি, হায়রিবনা, মখোয় ঐখোয়গী জগোই য়াম্না নুংঙাইখি তারে অদুবু টিকেট লৈদুনা য়েংজবদি ঙমজদে, শীন লাওলিবা কাওবুদা হায়বীয়ু মখোয় ফমজরোই উইংস্ মরুমদা য়েংজগে। ঐনা হায়নখি, য়াসু য়াবিরকই। লমদম অসি রবি শঙ্করবু লাইদৌনা খনবা মফমনি। মহাক্কা প্রোগ্রাম পীবা মতমদা মপানদা লাউড স্পিকর পাল্লগা টিকেট লৈবা ঙমদবা মীয়াম্বু তাহল্লি হায়। হৌজিক-হৌজিকসু ওনেশিমো না রবিশঙ্করগী সিতারদা অনৌবা জগোই অমা শেম্লি হায়খি। অদুবু ঐখোয়গীদি মিৎনা য়েংবা জগোইনি অদুনা মখোয়না উইংস্ মরুমদা পুং অমা মখায় লেপ্পুনা য়েংবা তাখি। জগোইগী মতমদা ঐখোয়না মখোয় লাকই লাকতে য়েংবা শংলুদে। কুম্মে লোইশিল্লকপদা, খুবাক লোইশিনলকপদা উইংস, মরুমদগী শাংথনা খুবাক খুরিবদো মখোয় ওইরম্মি। নুমিৎ অদুদা মখোয়না ঐখোয়দা খ্বাইদগী মমল য়াল্লবা খুদোল পীরম্মি। ফি শেৎফম কা কৃক-কৃক ইন্নখি, শ্বাই পাখি কলাকারশিংনা। অমনা অমবু কোন্নে, থাগৎনৈ। কলাকার অমনা কলাকার অমবু থাগৎলি। মতম অদুদা যামিনী কদায়দা লৈরিদনো নীংবু নীংশিংখিদে। মখোয়না মশা-মশাদা পক্পা লীক, খুজি, নায়ানবী, খাউ, লাইরিক্লচিংবা লংশিল্লকখি অদুবু ঐনা ফিগাউ শানা য়াজখি, মণিপুরগীদমক মেক্সিকোনা তমলকপা খুদোলশিংদো। মতম অদুদা মণিপুরগীদমক ঐনা কয়া চাউথোকচখিবা।

মথংগী নুমিত্তা শুমহৎলবা কলাকারশিংনা ঐখোয়বু মখোয়গী জগোই তমফমশঙদা পুরগা ঐখোয়গীদমক জগোই কয়া শাখি, অচম্বা রিহার্শেলগী তপ্ নপ্পী ফিজেৎতা। চহি নিফু শুরবা শকহেনবা ওনেশিমো না ঐখোয়গীদমক জগোই শাই-ঈথক্ হৌখি মাগী মশল্ খূদিংমক। করি মফজনো! মীওইবগী হকচাংনা অসুক ফজবা! কনানা হৌদোকখিবনো ফিজেৎ লৈতেংগী কান্নদ্রবা কুয়োমসে? লোইসল্লকপদা ঐখোয়গী অঙাংশিংগা মখোয়গা খূৎ শন্নদুনা থাবল চোংমিন্নে, পোখাও হায়বা য়াদে মালেমগী পাখং লৈশাবীশিংদো। চোংসনু হরাউসনু পুন্সিসে য়াম্না তেল্লি। নোংদম নাইদে - লাইবক ফৈদা ঐসে। হুমাংনা চোৎলবা ওনেশিমো না ঐগী খুৎ পায়রগা হায়খি, "It was a wonderful experience." নোরানা হায়খি, "We love you, con to do mi afectoy carino."

অদুবু ওনেসিমো, রোজা, হেলেন, নোরা নাখোয় মঙ্গল ওইরিকো? মৈগী চীংনা নখোয়গী ফজরবা হকচাং চাকথেকপদা য়াওখিদেকো? ঐখোয় কাউদ্রি। লাপলবা চীংলৈবাক্কী কাচিন্ অমদা ঐখোয়না নখোয়গীদমক কপলি, লাই নীংলি। নখোয় য়াইফসনু। খল্লুবদা থম্মোই কায় অদুবু য়াইফসনু। ❑

# মোন্টরে Monterrey

অদুদগী মোন্টরে। নুংঙাইহ্খি মফম অদুদসু। চৎলু-চৎলু মফমদা নুংশিনা তৌবীরকই, চানবীখি। মতম অদো মোন্টরে রাজনীতিগী মৈসা লাংলি হায়। পাউতাক পীখি অমম্-অথেংবদা পঙচৎ চৎথোক্কনু। নোংমদি ঐখোয়গী নুমিৎ নিনিগী প্রোগ্রাম লোইরবা মতুংদা অখন্নবা অচৌ অশাংগীদমক অখন্নবা মফম অমদা ঐখোয়বু জগোই সাহনখি। জগোই অহুমতনি, যামিনীনা অমা ঐখোয়না অনী। নুমিৎ অদুদা ওজা কুলাগা ঐগা তান্নরগা নয়নসখিবু শ্রীকৃষ্ণ-বন্দনা তোম্বীনৌনা গীতগোবিন্দগী ঈশৈ শকলগা উৎখি। অখন্নবা ভাবোক্লা য়েংবীখিবরা য়েংবীখিদবরা খঙদে মখোয় ৱারী শানা-শানা চানা-চানা য়েংখি। ঐখোয় তোঙান্না তাখি। কনানো অমনা হায়খিবগুম তৌই-মখোয়না তোংলকখিবা কারশিংদো বুলেট প্রুফনি য়ূমদো অকনবা সিক্যোরিটি থমলি। অদুবু ঐখোয়দদি অমহানি। পঙলাপ্ লাপতবনা খোঙনা অদুম চৎলি। লম্বীদো পীকপগুম তৌই, থাউমৈ পঙঙান ঙান্দবগুম নীংশিংলি। মমলি-মমলি তৌবা থাউমৈ মখোঙ অমদা অঙাংশিং খরা লেপ্লম্বা ঐনা উখি, অঙাশিংদো মখোঙদা খোংউপ্ উপতে।

খোঙচৎ লোইহ্সিনলে। মেক্সিকোগী খোঙচৎ মোন্টরেদা খমলে। হয়েংদি ঐখোয় ৱাশিংটন পাংলগনি। চৎলমদাইগী মতমদা কয়া ৱানখিবা কপনখিবা ঐখোয় কাওদরি। নুংঙাইরবা মিকুপ্ খুদিংমক ঐখোয়না লীদুনা থমজরি। উনখিবা ময়াম থেংনখিবা ময়াম লোইনা লাপথোকলুরবোই খল্লুরবনি। অদুবু ঙসিদি লোইনা চোংথোরকখি ইমাঙদা। খঙদ্রে, নখোয়গী ৱারবা মতম অসিদা লৈতুম অমতং খোৎচদুনা থিবা য়াওজরবদি কয়া নুঙাইগবা, কয়া পেঞ্জগবা! অদুবু করিদি তৌনি, কনাদা হংলুনি? গোসি, তোনো, ওনেসিমো নখোয়বু করম তৌরিবগে? লাইনিংথৌ কোরৌহনবগী লাইশঙদো ঙসিসু লেঙদনা লৈরিনিকো? সনাগী ইগল্দো মেক্সিকোগী অতিয়াদা ঙসিসু মশা খফলিনিকো?

হো মেক্সিকো, হো মেক্সিকো ... । ❑

"Bi-Centennial Celebration of American Independence."

## ৱাশিংটন, ডি: সি: Washington, D.C.

আগষ্টকী তাং তরামঙাদা মেক্সিকোগী খোঙচৎ লোইশিল্লদুনা ঐখোয়না ৱাশিংটন পাংখিবদো নিঙশিংলি। অমরোমদা কায়নবগী অৱাবা অমরোমদনা আমেরিকা চৎলিবনি খল্লুবগী হরাউবা, অনীথোক্লা চিংখাইখি থম্মোই। প্লেন তাফমদা ঐখোয় ফমা কুইনা ঙাই। যামিনীগী কাঙবুসু। মখোয়দি পুংখায়মুক হান্না ভারত পাংখ্রগনি। মখোয়গী যন্ত্র খোংবশিংগা ঐখোয়গী কলাকারসিংগা মচি মচি ফমদুনা ৱারী শানরি। ঐনা উখি, যামিনীনা মতোমতা তুমিন্না হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি। কয়া ফজখিবা মাগী শাজৎনো। স্লোমোশন্দা জগোই শারিবোই খনখি। চৎলমদাইগী মতমদা ঐনা চঙশিন্দুনা গুড্ বাই হায়খি। খঙহৌদনা মাগী কলাকারশিংনা দিদি দিদি হায়দুনা কপথোরকখিবা অদুদা অদুম খঙলে নুমিৎ খরা অসিগী মনুংদা মখোয় ঐখোয় নকশিন্নরমলে। অসি ওইরে মীওইবগী মরি হায়বসে। করম্বা মতমদা করম্না নকশিলমখিবা, লাপথোরকখিবা আইন পানবা য়াবা নত্তে।

ঐখোয় প্লেন কাখৎলে, চৎলিবসি আমেরিকানি। পৃথিবীগী খ্বাইদগী চাউরবা মতীক্ লৈরবা লমদম্ অমেরিকা। লাকখিবগী মরমসু মদুনি। বাই সেন্টিনিয়েল সেলিব্রেসন ওফ আমেরিকান ইন্দিপেন্দেন্সগী উৎসব য়াওবা লাকখিবনা মরক্তা মেক্সিকোবু উজরুবা ঐখোয়গী লাইবক ফবনি। অদুবু চৎলিবসি আমেরিকানি। নোংমা কলম্বস কৌবা নুপা অমনা ভারত তাবা ঈশিংগী লম্বী থিরকপদা থেংনখিবা লৈহাও চেল্লবা, য়োংলৈ তাদ্রিবা লমদম। আমেরিগোনা ফংখিবা, মাগী মমিং লৌদুনা থোনখিবা লমদম আমেরিকা।

কুইখ্রবা মতম অমদগী হৌরদুনা মথোঙহুক্তবা লমকোয়বা কয়ানা মাগী-মাগী মরৈবাক, মরিমতা পুন্নমকপু তুংওইনরম্লগা লাক্লগা খুন্দাখিবা মফম অসিবু কোনশিনজরগা অনৌবা জাতি অমগী ফিরেপ লৌখিবনি। শেমখিবনি অনৌবা মখলগী চাউরবা সভ্যতা

অমা। শাংলবা ইতিহাস অসিগী লমায়শিংদো ঐখোয়না ফাক্কুনা পারুবগী ইতিক নত্তে। ঐখোয়দি লম্বী চৎপনি অদুনা অচম্বা চেবাং খরদা উজরকপা, থেংনজবা খরা খোৎচিনবতনি।

অসিমতংদ্দি তশেংনা খণ্ডহল্লি অসিগুম্বা খুন্দাবশিংগী মহাদেশ অসি গোড সেব দি কিং হায়বা লাইশোন তোক্কুনা মনীং তম্বা জাতি অমা ওইরকপা ঙসি ১৯৭৬ কী জুন থাদা চহী চনী শুরে। অদুগী কুম্মৈনি অদুগী হরাওবনি, য়াম্না অর্থ লৈবা উৎসবনি। মখোয়না নৌহৌনা থিজিল্লি "ঐখোয় কনানো? ঐখোয় করম্না ওইরকপনো।" উৎলি ঐখোয়দি অসিনী অসুন্না ওইরকপনী। মসিগী থৌরম অসিবু শীল্লিবনা স্মিটসোনিয়ন ইনষ্টিটুশন নেশনেল পার্ক অসিগুম্বা সংস্থান অসে জেমস স্মীথসোনিয়ন কৌবা ইংলণ্ডগী বৈজ্ঞানিক অমনা ১৮৪৬ অদুৱাইদা লিংখৎখি হায়। মসিগী মমাঙদা মনীংতম্বা আমেরিকাগী চহী চাম শুবগী কুমওন ফিলাডেলফিয়া কৌবা মফমদা পাঙথোকখ্রে। ফিলাডেলফিয়া আমেরিকাগী ইতিহাসতা মমিং চাউনা লৈবা মফমনি, মরমদি মফম অসিদনি ষ্টেট তরাহুমদোইনা সহী তৌনদুনা ইহান হান্না আমেরিকান রিপব্লিকনা নীংতম্বগী মঙাল উখিবা। অদুবু চহী চামগী মমাঙদা তৌখিবা উৎসব অদুগা হন্দক্কী অসিগা পান্দম মান্নদে, স্পীরিট খেন্নে। মতম অদুদা উৎলিবনা ইন্দষ্ট্রিয়েল রিভোলুসনগী খোঙথাঙগী আমেরিকা, মেচিন্গী আমেরিকাগী চাউখৎলবা ইতিহাস। হন্দক উৎলিবদি টেক্নোলোজিগী আমেরিকা নত্তে, মসিবু শেমলকপদা অচম্বা মীয়ামগী খুৎফ্ম য়াউরিবা আমেরিকা আম, অদুনা চহী চনী শুবগী উৎসব অসিবু ফেসটিভেল ওফ অমেরিকান ফোল্ক লাইফ হায়না শীংথানরি। উৎনবা হোৎনৈ ইতিহাসকী শকনাইদ্রবা মিংনাইদ্রবা কয়াগী হুমাংমল। লৈবাক অসিগী থাঙ্গৈশেংবা নাউশুম ঈশৈ শকখিবা কয়া কয়াগী ৱারী। অদুনা স্মিথসোনিয়ন্না ফোঙবা চেফোঙগী চেখুমদা য়েতুমতনা লোনবা খুনজাগী ফোটোনা ওইরল্লি। মসিবু লোনবী এথেল রাইট মহামত কৌবী লুখ্রাবীদো ঐখোয়না ফিলাডেলফিয়া চৎপা মতমদা উনখি।

খোঙচৎ অসিগীদমক ইয়ুম লৈবাক মণিপুরদা করম হায়না থৌরাং হৌখিবনো হাইফেৎ পনবদসু মনুংঙাইবা য়াই। চহী অমরোমগী মমাঙদা নিনফুং-নিনফুং তাখি মণিপুরগী কলাকার খরা আমেরিকা থাগদৌরি। পুক্নীংদদি থাজখি একাডেমিদগীসু মী খরা য়াউরবা য়াই। অদুনা থৌরাং অসি হান্না হৌখ্রবনি। ঐখোয়না খঙদবগী ৱানি।

নোংমা পাউ পীরে; জৈরাজভোয় কৌবা নুপা অমনা ঐগা উম্ননীংই হায়। অদুবু ফনা কুইনা উনদে। মাদি ডান্স একাডেমি অমদি ষ্টেট কলা একাডেমিদা নুত্তিগী লাকপনি। মানা হেক লাকপগা ডান্স একাডেমিগী সেক্রেটরী উম্নগে হংববু লৈতে, নত্রগা লাক্তে পাউখুম ফংবনা নোংমদি থাজদনা কোক্ থেংনৈ। মাদি ঐগা উন্নৌ, মতেং লৌ হায়না দিল্লিদগী পাউতাক্ পীরক্লগা লাকপা ওইরম্মি। নোংমানিনিদো ঐনা কোয়পু পুরগা খুঙ্গংগী হরাওবা, ফোটো লৌবা, রেকোর্দিং, খুনজাগা উম্নবনচিংবা তৌহনখি। থাঙ্গৈশেংবদি মহাক আমেরিকাগী উৎসব অসিগীদমক য়েংবা থারকপা ওইরমলে। মশানা ম্যুজিকোলোজিষ্ট, কেলিফোরনিয়া ইউনিভারসিটিগী প্রোফেসার ওইদুনা লৈবা ভারতমচানি।

অহানবদা মণিপুরগী মী ২৭ থাগনি হায়না তৌরম্বনি অদুবু ২৩ চৎপা তারে পাউ ফংবনা মী খনবনচিংবা লোইরুরবনি। অদুবু অনৌবা পাউ অমা লাকখি মী ১২ চৎপা তারে মরমদি ভারতকী ওইনা থারিবা মী ৩০ গী মনুংচন্না কলাকার ১২ অসি চৎকনি অদুগা ডান্স একাডেমিগী কলাকার ঙাক্তা লৌগনি। নীংবা কায়নখি, শাউবনা মৈ হৌনখি। ঐনা মণিপুরগী চিফ মিনিষ্টরদা তান্নজে "ঐখোয়বু চৎসিরা, চৎলনুশিরা? "চৎপা তাবনি, ভারতকী মশক উৎপা তারবদি ঐখোয়দা চৎপা য়াদে," তাকপিরকখি। মদুনসু চুমলমলে। অদুবু খিত্তং হান্না হায়বীরম্নবদি বা য়ান্নরমলোইদবনি।

ঐখোয় আগষ্টকী তাং ১৫ অদুমক্তদা নুমিদাংবাইরমদা ঐখোয়গী প্লেন বাশিংটন নেসনেল এয়রপোর্টতা তাখি। ঐখোয়গী লৈফম য়ৌনা পুখিবা লম্বীদো য়ান্না শাংবোই নীংই। মমলি-মমলি তৌবা অদুদা শুকলবা উমং কয়া ফাওদুনা চৎলি। তুরেল অচৌবা অমসু লানবগুম তৌই, মদু পোটোমাক তুরেল ওইরমান্লে। লম্বী অদুতং পাকলমদ্রবদি ঐখোয় দিমাপুর লম্বীদা থৌরিবোই নিংলম্বসু য়াই। আমেরিকাগী সনাকোনুং বাশিংটন তাবা লম্বীদবু অসুক য়াম্বা উমং! মখোয়গী লৈবাক অসিবু করিনো? ঐখোয়স্বাইদদি বাই চিল্লি হায়দুনা উমং কোকথোক্নরকলবা মতম্ অসিদা। কোনথংদদি খঙলে উমংশিংদো থওইনা থাক্লুনা থম্বনি য়ান্না পাম্মুনা নান্-নানদুনা।

ঐখোয়গী লৈফমদা থুংলে; মদুসু য়াচঙবদনি। জোর্জ টাউন উনিভর্সিটি গী ডোরমীটরি অমদা । ঐখোয়গী লুচিংবী উষা ভগৎনা অতে ষ্টেটকী কলাকার ময়াম পুদুনা হান্না থুংলমলে। ঐখোয়না ইচম চন্না ঐখোয়গী লৈফম অদুদা চঙই। হেক চঙবমক্তদা

ঐনা উখি, জৈরাজভোয় লেপ্তুনা লৈরি। মা থেংনবদা খঙনা চান্নবা ইমা ইচা উনবগুম কয়া হয়াউখিবা। মানা হায় মাদি ভারতকি শিল্পাংবা ওইনা য়াওরি, ঐখোয়গা অদুম লোয়নরগনি। ঐনা হায় "নঙনা পেনা পাম্মি থিরম্বদো অমনবা অমদি পুরকই।" "অমনবদুনি পামলিবসু" মানা খুমখি। ডোরমীটরি দা ঐখোয়গী লৈফম ওইবনা চপ চাবা হোটেলগী নুঙাই-য়াইফ অদুমক্তি নত্তে। অদুম ইচম চম্না নুংঙাই অদুবু মতাং অসিদা নিঙশিংলকপা অমনা মোন্টরেগী হোটেলদো, কা হেক চঙবমক্তদা কার্ড মচা অমা থেৎলম্বদোঃ

## "GREETING TRAVELLERS"

In ancient times, there was a prayer for the strangers within our gates. Because this hotel is a human institution to serve people and isn't solely a money-making organisation, we hope that God will grant you peace and rest while you are under our roof. May this room and hotel be your second home. May those you love be near you in thoughts and dreams ...

অদুবু থোইনা হেন্না খুদোং চাদবদি নত্তে। শঙ অসিগী মনুংদা ভারতকী অফিসার অমা ঐখোয়বু য়েংশিন্নবা লেক্তুনা চাদুনা লৈ। অদুগা ইংলিশ লোনবা মফম ওইবনা পাও ফাওনদবগী অৱাবা লৈখিদে অদুগী মথক্তা ঐখোয়গী কলাকারশিং লোইনা মশা ইৎপা ঙমলবনি। নুংদাং অদুমদি অদুম পোথারে। ঐনা চঙদুনা উবাগা উন্নরুই, ঐখোয় লাকলে তাকলুই।

মথংগী নুমিত্তা স্মিথসোনিয়নগী কাঙবুগা ঐখোয়গা উন্নে, ঐখোয় লোইনা য়াওই। অয়ুক অদুদা খঙ্খি গুজরাতিশিংগী লুচিংবীসু নুপীনি, প্রতিভা পণ্ডিত। অদুনা হন্দক্কী ভারতকী ট্রুপ অসি নুপী অহন্না শেন্নরি। মখোয় ঐখোয় চুংশিন্নরগা চৎথগদৌবা প্রোগ্রামগী রা খন্নে, পাউতাক পীনৈ অদুগা কলাকার খুদিংমক্কা য়ান-চে অমা সহি তৌনবদুদা মখোয়না অসুম্না হায়ঃ

*The Smithsonian Institution is glad that you will be joining us in our celebration of America's heritage, the Festival of American Folk Life. The Smithsonian, the National Museum of the United States, is also interested in making sure that your contributions are preserved for the future...*

অদুনা এগ্রিমেন্ট অমা লৌখিবদো ঐখোয়না ফোটো, টেপ ভিডিওনচিংবা শীজিন্নবদা য়ারে অসুন্না তৌনবনি। কয়াদা চেকশিনখ্রবনো। ঐখোয়গীদা ওইরবদি 'ফরে-ফরে' হায়রগা কোন্না খৎনবা, 'য়ানি-য়ানি' হায়রগা লোইরগা য়ানদবা। অদুবু মখোয়দি সেন্দোংগীদমক শীজিন্নগে হায়রবদি কলাকারসিংগী থোইদোক্না অয়াবা লৌগদবনি অসুন্নসু ঐখোয়গী হক্পু ঙাক্লুনা থমখি। য়াম্না ফজনা শীল্লি, তমজনিংঙাইনি। য়াম্না মতিক চায় লমদম অদুগী মীশিংদো। মসিমক্কনি থা কারিবা। মীপুম খুদিংগী পারটিসিপেন্ট হেন্ড বুক মচা অমমম য়েনবা অদুনা ঐখোয়বু লোয়না খঙহল্লি; চমম্নহনদে।

তাং তরাতরেৎকী নুংদাংদা ভারতকী রাজদূতনা শীনবা বার্ত্তন তৌবা অচৌ-অশাং ভাবোক্কী মমাঙদা জগোই অমা উৎলি। গুজরাত, রাজস্থান, পঞ্জব, মধ্যপ্রদেশকী জগোই ঈশৈগা ঐখোয়গা য়ান্ন-য়ান্ন শাবা প্রোগ্রাম অমদা ঐখোয়দি রাস উৎখি। অসিগুম্বা অচৌ-অসাংগী মমাঙদা জগোই শাবা হৈনরবা ডান্স একাডেমিগী কাঙবুনি। অদুবু অসুন্না জগোই শাবসে চৎনবী ওইরবসু হৈনবী ওইরবসু ঐদি কয়া পামজদে, য়ানিংদে। নিঙশিংই করিগুম্বদা অচৌবা লাকত্রি, থুংলদ্রি হায়দুনা কলাকারশিংবু পোৎলোই শেৎহল্লগা পুং অমা ঙাইহনখিবদো, শাওনখিবা ময়ামদো। মতম অদুদা ঃ

"My art is just an effort to express the truth of my being in gestures and movement." হায়না ইশাডোরা ডঙ্কন না হায়খিবদো অর্থ মাঙখিবগুম তৌখি। অদুবু কুইনা কায়নরবা ময়ুম লৈবাক ভারতপু নিঙশিংলক্লুনা ভাবোক ভারত মচা কয়ানা হরাউনখিবা। মাগী-মাগী মীনা থাগৎনৈ অদুবু ঐখোয়গী মণিপুরগী হায়বা মী অমফাওবা উবা ফংখিদে। অদুমদি নুঙাইখিদে। অদুননি ওনেশিমো গী কাঙবুবু ঐখোয়না মমল্ য়াম্লবা ভাবোক ওইনা লৌজরিবা। মখোয়দি ঐখোয়গা জগোই শামিন্নখি, শুমহৎমিন্নখি।

থাঙ্গেশেংবা ঐখোয়গী জগোই আগষ্টকী তরানিপালদগী হৌরগনি ৱাশিংটনগী চাউরবা, মমিং লৈরবা নেশন্যেল মোলদা য়াম্না ফজৈ মফমদো। ঙৈহাক লৈতনা কোকথক্তা প্লেন্মা শমদুনা পাইরি, হৌনা হৌনা, ৱাংনা-ৱাংনা। অদুবু মফম অসিদা চৎনবীগী অফা অপুনগী ৱাই চিনবা লৈরমদে। শাংনা লৈখ্রিবা রিফ্লেক্টিং পুল গী অশংবা ঈশিংদা লিনকন মিমোরিএল গী ৱাংলবা দলানগী মমি তারি। মাগী কা হেন্না চাওরবা অৱাংবা মূর্ত্তিনা পৃথিবীগী মীয়ামগী তিলফম্ লমপাক অসিদা য়েংথবগুম খনখি। লিনকোনসে ঐনা য়াম্না নুংশিজৈ। ঙসি অঙৌবা, অমুবা, কুলৈ কুচুগী মীয়ামগী উৎসব অসে মাগী মূর্ত্তিগী মনাক্তা




***ৱাশিংটন, ডি: সি:***

তৌবা য়াম্না পকচৈ, মতিক চপ চায়। মহাক্তি ঐখোয়গুম্বা মীচম[illegible] পুন্দিদা হিংলকপনি, চাউরবা মঙ্ অমা মঙখিবনি। থাঙ্গৈশেংবা মীরমচংকী মীনি। ঐনা ঙসি ইকোক নোনজরি মাঙোন্দা।

ঐখোয়গী লৈফমদগী ইনক নকই মফমদুসু। র্জ্জ টাউন ইউনিভরসিটিদগী মিনিট্ তরামুক্তুং বস তোংলগা অদুম য়ৌই। বস ময়াম থাই, মী পুথোক-পুশিনগী। ঐখোয়না তোংনীংবা অমা হেক্তা তোংবা য়াই। থাঙ্গৈশেংবা ঐখোয় ইঙক ঙকই। আমেরিকা হায়রগা ঐখোয়না খল্লি, অচৌবা, অৱাংবা কুবেরগী লনগৈ ওইনা। য়াম্না লাপথ্রবা মফম অমা ওইনা মীনা হায়নৈ ঐখোয়গী মফম অসিগী হেক ওন্না তৈনবা মফমদনি। মতাং অসিদা নোকনীংবা ৱাফম অমা নীঙশিংলকই। চংলমদাইগী মতমদা ওজা কুলাগী মমানা হংখি, "ইবুংঙো নখোয়গী আমেরিকা হায়বদুবু কয়াম লাপ্পা জাৎনো ?" ওজানা হায় "ঐখোয়না লৈরিবা মফম অসিগী হেক্ মখাদনি।"

"অদুদি লৈনিন্ য়াম্না কারমগনিকো," ওজাগী মমানা নুংশা থীখি। মঙ্গী পেনা খোংবদি কাঙ য়াম্না চিক্লমগনি নীংদুনা লুপা নীফু পীদুনা কাঙখল অমা ফাওবা শীংলুরবনি। ঐনা য়াদদুনা পুহনখিদে। অদুনা নোংমদি নয়নসখিনা কাঙ্ অমা উই হায়বদা ময়ামনা কাঙনি কাঙ নত্তে য়াম্না য়েৎনখি। মসিনি ঐখোয়গী আমেরিকা কনামনা লৈনিন কাবোই নীংই, কনামনা মেলেরিয়া লৈবোই খল্লি, কনামনা মণিমুক্তনা চরোং চুম্না-চুম্না পানবা সনাগী আমেরিকা। অদুবু মফম অদো ইওন ওন্নরমলে। পৃথিবীগী মেলা অসিদা মানা মানা থোকপা অদুম চংনখি। ঐখোয় লাকত্রিঙৈগী মমাঙদা জাতি চনীগী জগোই শাখিবা মফম, মী কোটি কোটিনা খোঙনেৎনখ্রবা লমপাক অসে মীয়ামগী সমুদ্র ওইরবোই নীংখি। ঈচাউ অসিগী মরক্তা পীকলবা মণিপুরগী মী তরাহুমদোইনা মাঙখিবা কনানা থিরুনি। অদুবু অমত্তা ওইরবোই নীংখি, অমত্তা ওইরুবগী নুংঙাইবা অমদি ফাওখি। ইখঙ খঙনবোই নীংহল্লি য়াম্না খঙনদ্রবসু। হাইফেৎ নোকলম্মি, মঙক হাইদুনা গ্রিটিংস তৌরম্বসু য়াওই। ঐখোয় তোঙাম্না তাখিদে। য়ামথ্রবা ৱানি, লীদুনা লোইবা নত্তে অদুবু ঐখোয় করিসু খঙলক্তে, খঙদবনা অয়াম্বনি। নুমিৎ মাপলনিদং লমদম্লম্বা ঐখোয়না করি হেন্না খঙগনি। অদুবু ঐখোয়না উরিবসে অমেরিকানি। নীংতম্বা চহী চনী শুরবা আমেরিকানা ঙসি হয়াওরি।

মফম অসিদা তোঙান তোঙানবা কোমপ্লেক্স খায়দোকলি, অফ্রিকান ডাইঅসপোরা, ওল্ড রেজ ইন দ নিউ ৱার্ল্ড, ৱার্কিং অমেরিকানস, ফেমিলি ফোকলোর, নেটিভ অমেরিকাস, চিলড্রেনস এরিয়া অসিনচিংবা। ঐখোয়দি ওল্ড রেজ ইন দ নিউ ৱার্ল্ড দা জগোই শাগদবনি। ঙরাং নহানতা গ্রীক অমদি জাপান শারন্নগা হনখ্রে হায়। উহৌদবগী নীংঙমখিদে। তাং তৱানিপালদা ভারত অমদি আষ্ট্রিয়াগী নুমিৎ হৌরগনি। দম্বুর অমা খল্লগা ঐখোয়গী ফি সেৎফম ওইরম্মি। টেবল, চৌকি শকয়েং মিংশেল থোইনা লৈরমদে। ইচম চম্না সুমাং লীলাগী কাঙবুগুম ঐখোয়না ঐগী ঐগী মিংশেল মচা য়েংলগা ফি শেৎলি। মায়দা ম্যেক-অপ য়াওদে। ফিজং মচা অমতং মরক্তা খল্লগা অশোমদনা আষ্ট্রিয়াগী ফি শেৎফম ওই। ইউ উম্নে। ৱারী ৱাতায় অদুম শানৈ শুমাং লীলাগী কাঙবু অনীদু। অদুবু মতম মান্নবনা অমদি ষ্টেজ তোঙানবনা মখোয়গী জগোই ফজনা উবা ফংদে। ঐদি চেল্লগা ঙহাক ঙহাকপু য়েংলুই।

অয়ুককি পুং ১১ তাবা মতমদা ভারতকী প্রোগ্রাম হৌরনি। ইচম চম্বা খিত্তং ৱাংখৎপা ফমপাক মথক্তা সেমিয়ানা থনবা ষ্টেজ অমদা ভারতকী এমবেসেডর লেঙলক্লগা থৌরম অদু হৌদোকপীখি। অদুগা প্রোগ্রাম অদুমক্তি মণিপুরগী লাই হরাওবনা হৌখি। মঙ্গীনা লাই খুরুমলগা, ওজা অমতং য়াওজরকপা ওজা কুলাবু খুরুমজরগা দম্বুরদগী ঐখোয়না লাই লৌখৎপগী মওংদা চোঙ পে-নচিংবা পুদুনা ষ্টেজ তান্নাচৎলি। চাইনা নুপী প্রোফেসার য়েন শু ওঙ অমনা ফিলম নম্মি, ফোটো য়াম্না নম্মি। হরাওজখিবা অমনা ভোইস ওফ অমেরিকা গী কাঙবু লাক্লগা লাই হরাওবগী ঈশৈ তোম্বীনৌগী খোঞ্জেলদা লৌরগা শন্দোকখিবদো। মদুনা ভোইস ওফ আমেরিকাগী ভারতকী থৌরম হৌদোকলে হায়রিবনি। তোম্বীনৌগী ঈশৈনা হৌবসে কন্নানা লেপ্পনো খঙদে। ঐবুসু ৱা অমা অনীদং ঙাঙহল্লি। প্রোগ্রাম হৌরে জৈরাজনা শীল্লি। এমি কেটলিন কৌবী লৈশাবী অমনা জগোই মশক তাকই। অদুবু নীংবা থুংখিদে। ফজনা শীনবা ভাবোক্লা শ্বাই পাবা ষ্টেজদা জগোই শাবদা হৈনরবা ঐখোয়না অচৎ অথোক্কী ভাবোক মমাঙদা জগোই শাবদো পুক্লিং থৌগৎখিদে। ভাবোকশিংদো ঙহাক লেপলম্লগা, ঙহাক য়েংলম্লগা চৎখিবা ঙাক্তনি। অদুনা উযানে, প্রতিভানে, ঐনে ঐখোয় অহুম চুঙশিন্নে কমদৌনা ভাবোক ফাসিগে? অশোমদনা মরোল অমা আফ্রিকান ডেসপোরা। ভাবোক অয়াম্বা অদোমদা হুপচন্নখ্রে। উষানা লেপলে, প্রোগ্রাম হৌদ্রিঙৈদা, লমপাকমচা অদুদা লালচন্দ ভৎটিবু পঞ্জাবকী পুংজাও অদু য়ৈহল্লি।

ইবোচৌবগা কোকণ্ডাংগবুনা মৈতৈ পুংগা ধুলোগকা থীলহল্লসি। অসুম্না শুমাং লীলা হৌরমদাইগুম পুং অহুমদুনা য়ৈশিল্লকপদা কৈনো কৈনো হায়দুনা মীয়াম চেনশীল্লকই। অঙাংনুবী খাম্বা য়াখিদ্রে। অদুম খণ্ডলে ঐখোয়গী লাইবা পাল্লে। উযানা মোমোন মোমোন নোককখি। নুপী অহুম হুরাওখি। ওল্ড বেজ ইন দ নিয়ু বার্ল্ড গী ষ্টেজ মচা অদুদা ঐখোয়না উৎকদবা জগোইসু অথল্লবা তাবনি। ঐখোয়না ৱাশিংটনগী লমপাক্তা নোংমতনি রাস উৎলমবা। অদুবু তোম্বীনৌগী ঈশৈগা কোন্নবা মন্দিলা চোলোম অদুমদি হেক্তা পাম্নখ্রে। তাবীরোইদ্রা হায়না নুংশা থীখিবনি। অদুনা মরু ওইনা ঐখোয়না পেনা, কিত-লাম, থাঙ-তা, থাবল চোংবীগা কোন্নবা লাইহরাওবা, পৃঙ চোলোমগুম্বতা খন্দুনা উৎলি। অতৈগীসু খল্লগা উৎলি মতাঙ অসিদা ঐনা ওজা গুলাপীদু নীংশিংলকই। চৎলমদাইদা ঐনা ওজাদা হায়জে, "ওজা তোম্বীনৌগী মন্দিলা চোলোম অমতং ঈশৈগা কোম্ননা শেমবীয়ু, য়াম্না তেন্না তানজা চাবা মফমদা শকহনগে।" অদুবু ওজানা তম্বীদে। ঐনবু ৱারৌই, করিগীনো ওজানা তম্বিদ্রিবসে... নোংমদি ঐনা হায় "ওজা তোম্বীনৌগী ঈশৈদুবু তম্বীররোইদ্র?" ওজানা খুম্লকখি, "ঐদি কা অহাঙবা থিরগা নহালমখৈ তম্বীরিশিদি। লোইরে য়ারনি।" অসি ওইরে মগুণ লৈবা লৈবাক্কী ওজা হায়বশি অদুনা তোম্বীনৌগী ঈশৈবু ভাবোক্কা পাম্বা উবদা ঐনা ওজাবু ইতৎ তৎতনা নিঙশিংখি। নিঙশিংলকখিবনি।

অমনা মঙ্গীগী পেনা। য়াম্না পামনৈ কাও ফাবগী মতাংদো। একটিভিটিজ সেন্টরদা, নুমিৎ খূদিংগী পেনাগী ডেমোনষ্ট্রেসন মঙ্গীনা তৌই। মীরৈবাকমচা কয়ানা মাবু কোয়শিল্লি, পেনা লেন্দুনা য়েংই, ৱাহং কয়া হংই। মসিগী প্রোগ্রাম অসি জৈরাজনা য়াম্না থৱাই য়াওই। মানা তঙাইফদনা মঙ্গীবু শেন্নবা চৎলি, ঐসু নোংফাদোক য়াওই, ৱাহং পাউখুম হন্দোক্নবা। অদুগা অঙকপা কলাকার অমনা মধ্যপ্রদেশগী পুন্নরাম নিশাদ। মহাক অসিসু খুঙ্গংগী কলাকারনি। মানা শকলিবনা 'পাণ্ডবানি,' মদুদি অভিনয়গা লোয়ননা মহাভারতপু ঈশৈনা ৱারী লীবা। ঐখোয়গীদা হায়রগা পেনা ঈশৈগুম্বা। অসিগুম্বা মীয়ামগী কলাকারসে ড্রামাগী অফাওবা ডাইরেক্টর হবিব্ তনবিরনা য়াওহল্লু হায়দুনা কোনথংদা উষানা পুরকখি অদুবু মাসু ঐদৌনা নুংশা থীখিবনি, মখোয়না পাম্বীগদ্রা? পাণ্ডবানিবু পাম্বা মীসু মরৈরম্মি। অদুবু হন্দক্তা পেরিসতা পাঙথোকখিবা ফেস্টিভেল ওফ ইন্দিয়াদা তেজীবাইনা ফ্রান্সকি ভাবোকপু শুমহৎখিবগুম পুন্নরামনা আমেরিকাগী ভাবোকপু শুমহৎখিবদি ঙমখিদে। ইউরোপতি রামায়ন, মহাভারত খঙবা মী য়াম্না লৈবনা ওইবা তাই। অদুগী মথক্তা

পিটর ব্রুকনা মহাভারতকী বারী খঙহনখ্রবা মীরৈবাক্কী ভাবোকনি। অদুবু আমেরিকাবু ফোক আর্টিস কী মমল খঙদবা লৈবাক নত্তে। হৌজিক্তা নিঙমলক্তে, ওজা থাঙ্গ মাঙ্গোলজাও নত্রগা ইমা মাইবী রজনীগুম্বী অমত্তং য়াওরমলবদিকো। ঐখোয়না হন্দক পুন্নরাম অমসুং মঙ্গী পুরকপসে লাইবক ফবনি। অনীমক য়াম্না চমজবা কলাকারনি, লৈবাক্কী মনাইনি। য়াম্নসু চান্নজে অনীদো। পুন্নরাম হিন্দী নত্তনা অতৈ লোন খঙদে। মঙ্গী মৈতৈলোন নত্তনা অতৈ হৈত্তে। মখোয় অনী শাংনা-শাংনা, কুইনা কুইনা য়াম্না বারী শান্নে। ঐনবু ঙকখি করি বারীবু শারিবনো। ঐনা হংবদা মখোয়না হায়, "মাগী ষন মপীমচা অমা লৈহৌমাপ্লে অদুগী বারী শাবনি, লৌগী শীংগী অমা অমগী শুম বারী শানবনিদা"। "মরোলদি খঙনবরা?" "এ! খঙনৈ খঙনৈ।" মঙ্গীনা হায়। অসিনি, য়েংবা হৈরেবদি কূম্মেগী কূম্মে ঙাক্তনি। অসিগুম্বা থেংনখিবা থৌদোক কয়াবু লীবা তারবদি ঐসু পাগুবানি অমা লীবা তাবনি। অদুবু থৌদোক অমতংদি হৌজিকসু তশেংনা নীঙশিংলি, মিৎতা শঙ-শঙউরি। জগোই লোইরগা নুমিৎ খুদিংগী জগোই শাফমগী লমপাক মচাদুদা ঐখোয়গী অঙাংশিংবু থাবল চোংহল্লি, ভাঙ্গারা শাহল্লি। মসিগী প্রোগ্রামসে পঞ্জাপকা ঐখোয়গনা অয়াম্বা তৌই। অচৎ-অথোক ভাবোক্লা চঙশিন চঙশিন য়াওরম্মি, অদুম মচৎখি। নোংমদি অমুবা আমেরিকান লৈশাবী অমনা চঙশিলক্কলগা য়াওরৈ। অদুবু পরেং কোয়বদা নত্তে মতোমতা তোঙান্না জগোই শাই। করি জগোইনোসু খঙদে, থাবল চোংবীমকসু নত্তে। তানদি থাবল চোংবীগীনি। সমরেন্দ্রগী ধুলকতা মানা তান লয় শুককায় কায়দনা মতোমতা থেক থেক্তুনা শাখিবদো ঙসিসু কাউবা ঙমদে। করি মফজনো, তমু তমুবা হকচাংনা মউলিংনা নৌরবী উরিগুম হাইরি, থেকলি, নোমলি-কুইনা শারম্মি। থেক্লা শাদোকলমলগা কনা হন্না য়েংলমদনা হুমাংনা চোৎলবী তমু তমুবীদো ফ্রেসকোদা ফাওরবী "ব্লেক প্রিন্সেস" অদু য়েকপা শিল্পী অদুবু অসিগুম্বী "ব্লেক ব্যুটি" অমা উখিবরা? মানা ঙাওহনখিবরা?

অসুম্না বাশিংটনগী উৎসব ঐখোয়গীদমক্তদি লোইশিল্লকলে, অয়ুক পূং ৮/৯ দা লাকখিবনা নুমিদাংবাইরম লৈফমদা হল্লকই। ঐখোয় হৈনরে, মী কয়াসু খঙনরে। ভারত মচা য়াম্না লাকই। পাখং কয়া কয়া ঐখোয়গী দম্বুর ময়াদা চারৈ। গুজরাতি লৈশাবী তরুক অদুনা রাশি লৈবনে, ঐখোয়গী লৈশাবী মঙা অদুনা মতৌ লৈবনে, পাখংনা চারবা থোইনা ঙকনিঙাই নত্তে। ঐ ঙকখিদে, ঐ শাউখিদে। নোংমদি ভারতকী রাজদূতনা ঐখোয়বু নুংদাংগী চাকলেন অমা কৌবা মতমদা উষানা ঐঙোন্দা হায়, "বিনোদিনী,

অঙাংশিং মফি মরোল ফজনা শেৎহল্লু।" ঐ কাউদ্রি নুমিৎ অদুদা ঐগী অঙাংশিংনা ফজখিবদো। নুপীমচাশিংদো লোইনা ফিগে ফনেক শেৎলি, মুগা ইনফি ইন্নি, নুপাশিংনা ফৈজোম, পুময়াৎ, শাল। চন্দোয়ে চবানে, লৈনে-করিনে কয়া থৌগৎখিবা। উষানা য়াম্না থাগৎখি। খঙবু খঙলমদে মৈতৈগী ফিজেৎসে অসুক মচু তাই হায়বা।

অরোইবা নুমিৎকী জগোইদি ফেষ্টিভেল ষ্টেজদা লোইশিল্লি। চাউর-চাউরবা উতুপ ময়াম তা-তাদুনা লৈরিবদু ভাবোক ফমফম ওইরম্মী। অদুবু ঐখোয়দা থোইনা কোইনা থোক্কে, মরমদি ঐখোয়গী চৎনবীসু মদুনি, অচম্বা পুন্সিদা শাগৎখিবনি। অদুনা ঐখোয়গী কলাকারশিংনা অহাঙবা মতমদা নিংখম শমজিন শেৎতুনা, কোক্তা কজেংলৈ হাপলগা ভাবোক মরক্তা কোইচৎ চৎপা, উতুপতা ফমদুনা কোফি থকপসু য়াওখি। রাজস্থানগী খুঙ্গংগী ঈশৈ শকপা লঙ্গানুর মহম্মদনা আমেরিকান ভাবোক্কা বিড়ি লান্নদুনা থকপসু উখি। অদুবু মতম অদুদসু ঐনা খনখি ওজা হেরামতকুম্বা, ওজা কুমার মাইবীগুম্বা অনী অহুমদং য়াওরমলবদি খঙলমগদবনি মৈতৈ কনানো। নুমিৎ অদো থাঙ-তাগী কুম্মৈসু উৎলি, থাঙ-তাসু অদুম পাম্মি। উষানাবু লাই য়াওখ্রে থাঙ-তা থোকহল্লু হায়বসিনা। মতম অদুদা ঐনা গোপেশ্বর অমদি সমরেন্দ্রবু কাবক শাবক শেমজরগা পুরকখিবনি। একাডেমিগী ছুটি থাখ্রবা মতুং নুংদাং অথেঙবদা তাদা নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র অমদি ওজা ইবোমচানা নুপামচা অনীসিবু শেমবিখিবা, খল্লুরগা পুক্লিং নুংশিবা পোকই। মতম অদুদা একাডেমিদগী চপ চাবা মতেং ঐ ফংখিদে মরমদি ঐনা লুচিংদুনা চৎপসে পামনদবা য়াওখি, য়াম্না শাউনখিবসু য়াওবনি। অদুবু পাঙদ্রবা ঐগী সমরেন্দ্র, গোপেশ্বরনা মণিপুরগী মায় ঙাকখি। অরোইবা নুমিৎকী জগোই অদুসু ভারতকী এমবেসেডরনা লোইশিনখি। মতম অসিমক্তদা অশোমদনা আফ্রিকান ডেসপোরাদনা মরোল অমা জাইর অমসুং সুরিনাম গী অঙকপা জগোই লৈ। য়েংনিংবনি অদুবু চিকমাঙ-মাঙবা মতম নত্তে, উষানা করি হায়নি অদুগী মথক্তা ভারতগী রাজদুত য়াওবা জগোইনি। ঐ নাঙ্খোকপা ঙমখিদে।

নুমিৎ মাপলনি অদুগী মনুংদা ঐগীদমক্তদি কনাগুম্বা অমত্তা য়াম্না হেন্না খঙনখিবা, চান্নখিবা অমত্তা থেংনখিদে। অদুবু মী অমতংদি ঐনা ঙসিসু কাউবা ঙমদে। মাগী মরমদা খল্লুরগা নুংঙাইতবা পোকই। পাখংনি, ভারতমচানি, মমিংদুবু করিনো অমল হায়বরা। করি লম মচানোসু হংহৌদে। ঐগী অঙাংশিংগী মরক্তা তোয়না উই, বস মনুংদসু হেক্তা য়াওরম্মি, জগোই শাফমদসু ঐখোয়গী জগোই লোইশিল্লকপদা খুবাক কন্না খুখি।

অদুবু কনানসু মাবু শীংথানদবগুম তৌই। পাখং অদো কয়া মথোংসু হুক্তে। কনা মরল লৈবা, মপানা ইঞ্জিনিয়ার তম্বা থারকপবু চহী মাপল তরা হেন্নে অদুবু করিসু ওইদনা কোয়চৎ চৎতুনা লৈরি হায়। ঐগী অঙাংশিংনা তম্বিবা ওইরমালে। নোংমদি মানা ঐঙোন্দা ফোটো অমা উৎলগা হায়খি "ইমা নুংশিবী, মসি ঐগী নুংশিবীনি, ঐগা লুহোংগদৌরি। আমেরিকাননি"। কনগ্রেটিউলেশন হায়খি অদুবু ফোটো অদু পায়মন্দুনা, উৎমন্দুনা খুনাং চারবোই নীংখি। খঙদে, অসিগুম্বা ভারতমচা অতৈসু লৈরমগদবোই খল্লুবদা নুংশা থীখি। মাবু লুহোং-লল্লগদরা? মদুগী অঙাংদুবু মমা মপাগী মনাক্তা হল্লকলমগদরা?

ঐখোয় ৱাশিংটন থাদোকপগী মতম য়ৌরে। নোংমা পোথাহনখি ৱাশিংটন য়েংহনখি। পোটোমেক্ তুরেলদো য়াম্না ফজে। আমেরিকাগী কোনুং ৱাইট হাউস ঐখোয় উরকই। মতম অদো প্রেসিডেন্ট মীখলগী মতমনি অদুবু ঙকলিবদি থোইনা লাঙবা ঐখোয় থেংনদে। মখোয়গী ইলেক্সনদো য়াম্না ঈংনা তৌবোইনা তৌই। লৈশাবী পাখং শঙ্গু-শঙ্গু লম্বীদা চৎপসু থেংনরক্তে। ঐখোয়গী অদুবাইদা ওইরবদি খোইরেন মশা পাইরদবনি। আগষ্টকী তাং ২৪ দা ঐখোয় র্জ্জ টাউন্দগী বস তোংলগা ৱাশিংটন থাদোকলে। চৎলিবনা ফিলাদেলফিয়া। জৈরাজনা মতোমতা লেপতুনা লৈহৌই। ঐখোয়দি অদুম চৎলে, অদুবু জৈরাজ কায়নবদুমদি নুংঙাইতে। ❑

# ফিলাদেলফিয়া অমসুং মারিএটা, ওহাইও
# Philadelphia and Marietta, Ohio

বাই সেন্টেনিএল সেলেব্রেশন ৱাশিংটন্দা লোইশিনখিদে। অতৈ ষ্টেটশিংদসু চৎথরি অদুনা স্মিথসোনিয়ননা ভারতকী ট্রুপ্ অসিগী চৎনবা শীল্লি। বসনা অয়াম্বা চৎপনি মতেক-মতেক প্লেন্না পুবসু য়াওরি। অহানবা ওইনা চৎখিবা মফমনা ফিলাদেলফিয়া। মথক্তসু পনখ্রে মফম অসি ঐতিহাসিক ওইবা মফমনি, মনীংতম্বা আমেরিকা পোকখিবা মফমনি। ঐখোয় বস তোংদুনা চৎলি। ৱাশিংটন্দা শীন লাংখিবা মী লোইনা লৈহৌরে এমী কেটলিন্ নত্তনা। রিচার্ড ক্যুরিন্না মেনেজরনি, এলেন হিউজনা স্টেজ মেনেজর ওইনা চৎলি। মখোয় পাখং লৈশাবীনি অদুনা ঐখোয়গী অঙাংশিংদৌনা অদুম মখল্লি। মখোয়দা ব্যুরোক্রেটকী থোয়জবা য়াওদে অদুনা কলাকারশিংগী মরক্তা অদুম তিনশিন্নখি। মদুনসু চুম্বনি, কলচরেল ট্রুপ মরক্তা হ্ৱাইট কোল্লর ফেন্জিল্লকপসে ঐখোয় কয়া হৈনদে। বসকী খোঙচৎতো য়াম্না নুংঙাই, তোংলিবা মীশিংদো ইমুং-মনুং অমত্তদা লৈবগুম নকশিন্নখি। ৱাশিংটন্দা কাবক শাবক্ খঙনখিবশিংদো হৌজিক মশক লোইনা খঙনরে, মমিং লোইনা নিঙশিংলে। খরা হেন্না নকশিন্নবসু য়াওরকই, ফমফম থংননিংবসু য়াওরকই। কনানা তুমগনবা, কনানা লাঙগনবা, কনানা তুমিন তুমিন লৈগনবা লোইনা খঙনরকলে। ঐদি ৱাই য়াম্না শংখি মরমদি হৌজিক্তি উষানা ঐখোয়গী লুচিংবীনি, অদুগী মথক্তা রিচার্ড য়াওরি, এলেন য়াওরি। খোয়দৌ শাউগৎপা হায়বমক্তবু মকোই চোম্বা রিচার্ডনা মেনেজরনি হায়দুনা ঐখোয়না বস কাখৎপা খুদিংগী রোল কৌবদো "সব ঠীক্ হাই, গুজরাটি লোগ ঠীক হাই, মণিপুরী সব হাই," ...। রোল কৌবদা হিন্দী লোনবা নত্তনা অতৈ মতমদা লোনবসু কয়া তাদে, মানা হায়বদি হিন্দী হৈ হায়দুনা মেনেজর হাপলকপনি হায়। মানা 'ঠীক হাই' হেক হায়বগা ময়াম্না বা-ৱা নোকই। মাসু শাউদে, নোকপা অদুম য়াওই। অদুগা এলেনদি অমুবা আমেরিকাননি, ৱাসু কয়া ঙাঙজদে, ইতপ-তপচৈ। মথৌ মশক য়াম্না খঙজে,

মতিক য়াম্না চায়, মাগী থবক্তা। জগোইগী মতমদা করি চঙগনি করি তৌগনি মানা নমথোকপা চে অমমম পুথোকলগা য়েনবনা ঐখোয়দা অদু বাৎলি অদু চিথহৌরে হায়বগী চেন্নবা লৈখিদে। ঐখোয়সু মণিপুরদগী চেক্‌শিন্না থৌরাং তৌরগা লাকখিবনি, ফন্নবু কানরকখি। কনাগী জগোই খুদিংগী মৈ ফাওবা করম্বা মতমদা করি শীজিন্নগনি, রতন থিয়াম তান্নরগা নমথোক্তুনা পুরকপদো মঙোন্দা পীশিল্লগা লোইরে - মানা থোকপা অদুম মফম মফমগী মৈ শান্নবা মীগা তান্নরগা তৌখি। অদুনা ঐদি উষাগা বসকি মমাঙগী সিটতা লৈমশিজা ফমফম্‌দা ফমদুনা নুংঙাইনা চৎপা ফংখিবনি। ঐখোয়গী অঙাংশিংনা কোকা কোলা থক্তুনা, বিস্কুট চাদুনা, লাঙদুনা, তুমদুনা নুঙাইনা চৎলি। করিগুম্বদা "সারে জাহাঁসে অচছা..." শকই ঐখোয়না। করিগুম্বদনা মৈতৈগী "সনা লৈবাক মণিপুর, কোলোই নঙগী মণিপুর..." য়াম্না নুংঙাইখি বস তোংদুনা থা মখায় অমা চৎপা খোঙচৎতো। অদুবু খোঙচৎকী অহানবা জগোই শাফম ফিলাদেলফিয়াদদি থোইনা শীংথানবা য়াবা থেংনখিদে। জগোই শাই অদুম অহাঙবা মফম অমগী ষ্টেজ মচা অমদা। লৈবনা ডোর্মেটরী অমদা। ৱাশিংটনগী মথংদা ফিলাদেলফিয়া লাকপসিদি ঐখোয় থোইনা নুংঙাইখিদ্রে অদুবু থায়নগী নৃত্যাশ্রমগী কলাকারশিংগী ফোটো থেৎলম্মী। অফোঙবা চেসু থেংনৈ সিংহজিৎ, সুর্য্যমুখিগী খম্বা-থোইবী জগোই। অতৈ কয়াসু কাউঙমদবা অমনা নোংমা উষানা শিন্বিদুনা ম্যুজিয়ম ওব আর্ট য়েংবা চৎলুবদা মফম অদুদা অঙকপা নুপী অমা থেংনরকই। মাদি সস্টেলা ক্রেমরিষ্ট ম্যুজিয়ম অদুগী ভারতকি সেক্সন গী মকোক্‌নি। ইন্দিয়ান সেক্সন হেক উবদা ঐখোয়বু ভারতবর্ষদা লৈরিবোই থলহনখিবনি। লোইনা লৈ, লোইনা উহললি-ঐখোয়বু মথুম মরাং হৌহনখি। নোংচুপ ভারতকি লিরবা মন্দির শাদুনা থমলিবা মফম অদুদা ঐগী অঙাংশিংনা মাইবী জগোই খুৎথেক খরা কৎচরম্মি। লানফমদা কৃষ্ণ অমসুং অর্জুনগী অয়েকপা থেৎলিবা লাইগী মখাদা পুন্নরমজিনা 'গীত-পোদেশ' মতেক অমা শক্তুনা কৎলম্মি। ঐখোয়না তাং ২৪/২৫ জগোই উৎলমলগা অমুক বস তোংদুনা ফিলাদেলফিয়া থাদোকখি। রিচার্ডনা লাউরি, "সব ঠীক হাই ... মণিপুরী লোগ সব হাই ...।।" ❑

# মারিএটা Marietta

ৱাশিংটনগী মতুংদগীদি থোইদোকপা নীংশিংবা য়াবা মফম থেংনগনি থাজরুদ্রবনি অদুবু ওহাইয়ো গী মনুং চনবা মারিএটা কৌবা মফমদুদদি আমেরিকাগী খোঙচৎতা খ্বাইদগী ঐখোয়না খোয়দাজখি। ঐখোয়না আগষ্টকী তাং ২৬ তগী ৩০ ফাউবা লৈরকই। মারিএটদা থুংবা মতমদো নুমিৎ য়ুংবা মতুংদনি। মারিএটাগী বাই সেন্টেনিএল কম্মীশন না শীনবা মচুতাবা থৌশিন অমগী মখাদা ঐখোয় জগোই শাগদৌরি। কমিসন অদুগী প্রেসিডেন্ট হেরি রোবিনশন অমদি মফম অসে ঐখোয়বু নুংশিনা থম্বীগদৌরি অদুগী মথক্তা ওহাইয়ো তুরেলগী তোর্বন্দা তারিবা লম মচা অসে য়াম্না ফজে, কয়া লাঙদে। চিকতরক্কা, পিকতরক্কা, মচুতানা পাল্লিবা মারিএটানি হায়না লম্বীচৎপা ঐখোয়বু খলহনখি। ঐখোয়বু থম্বীখিবা হোটেলদুসু ওহাইয়ো তুরেলগী হেক তোর্বন্দা, লাফায়েৎ হোটেলদো পঙচাউ চাউবা হোটেলদি নত্তে, কাসু পিকতক-পিকতক তৌই। ঐখোয় মেক্সিকোদা অচৌবা হোটেলদা থুংলুরে, ডোর্মেটরিদা লৈবগী মহাও ঐখোয় খঙলকলে অদুবু লফায়েট হোটেলগুম তং-তানা নুংঙাইবা হোটেলদা লৈরকত্রি। কা মচাদু হেক চঙবমক্তদা টেবলদা মচু মচুগী করনেশন লৈরাংনা শেম্বা লৈগী নাচোম লৈরম্বা উরকই। ঐনা হ্রাওখি হয়েংদি মাইবীগী শমজিদা থেৎনবা লৈ লৈরে। অদুগা ফুলদানি অদুগী হেক মনাক্তা থেনগৎতুনা থনমই মখল মখলগী হৈ এপল, নাসপাটিনচিংবা। অদুগী মনাক্তা থনমলিবা ইন্দিয়া ফোক ফেষ্টিভেল ১৯৭৬ হায়বা চেফোঙগী লামায় হেক হাংদোকপদা ঙরাং নহালদা ৱাশিংটন্দা শাখিবা জগোইগী ফোটো অমদি জৈরাজনা মণিপুরদা লাকপদা ঐনা শীন-লাঙজরগা নমখিবা মঙ্গী পেনা খোংবগী ফোটো ফাওবা য়াওরম্মি। জগোইগীদি মশাদোক্কি মশাদোক থোইনবু লুনা খল্লক্তরে। ঐখোয়গী কলাকারশিং য়াম্না হৈরে, হৈনরে। অদুবু তৌরমলিবা মতৌ, ঐখোয়গীদমক হোৎনবিরিবা ময়াম অদুদি মমল নাইদে। থুংবা নুমিৎকী

নুমিদাংবাই পুং ৬.৩০ তাবা মতমদা হোটেলগী ফজরবা কাজাও অমদা মারিএটাগী মেয়োরনা অমদি শ্রীরোবিনশন্না বা ভাঙলবা তুংদা উখানা ভারতকী ওইনা বা ভাঙখি। খূদোল তমখি ভারতকী ফিনা শাবা শামু অমা। চাক চারবা মতুংদা টাউন ফোক কী কলাকার কয়ানা ঈশৈ শক্তুনা ঐখোয়বু তাহনখিবদো অমুক্তা হেন্না নুংঙাইখ্রে। কাউওমদবা অমনা বারবর সোপ ক্ষারটেত কৌবা অহল্লোনগী ঈশৈ শকপা কাঙবুদো। নুপা মরীনি, অহলনি, লোইনা মশা চাউই। করম হায়না থেংনরুবনো খঙদে ময়ামদুগা জয়ন্তীসনাগা য়ান্না বারী শাই "পাপা-পাপা" কৌখি। অহলশিংদুনসু ঐখোয়গী অঙাংশিংবু য়ান্না লকনৈ, নোকহল্লি অদুবু মখোয়গী ঈশৈদি নোকনা নোকনা শকপনি, নোকনা কপহনবনি।

"Pack up your troubles in your old kitbag
And smile, darn ya, smile!
And powder your face with sunshine,
Put on a great big smile!
The future's brighter when hearts are higher,
Smile! Smile! Smile!
So let a smile be your umbrella
On a rainy, rainy day."

অসুম্না অরায়বা সুরদা, অওইবা বাহৈনা থাম্মোইগী অশেংবা বাবু লায়না ফোঙদোকপা ঈশৈ কয়া কয়ানি মখোয়না শকখিবা। ঐখোয় শুমহৎখি, ঐখোয়বু ভাওহনখি মাগী ঐগী চুম্বা বাহৈ কয়ানা। মখোয়না য়ান্না হায়হৌই ঐখোয়বু ইন্দিয়াদা কৌরকউ, "We will bring you a smile – a big smile," অদুবু হোয়দি হায়রম্মি কৌথোকপদি ঙমখিদে। য়ান্না নুংশিবা অমনা নুপামচা খরা অদুবায়দা চাদুনা লৈরে। ঐখোয়বু য়ান্না য়েংই. ভারতকী কলাকার উবা মদুনা মাখোয়গী পুক্নিদা অহানবা ওইরমাল্লে। নোংমদি ঐখোয়গী কলাকারশিংনা অয়ুক হৌগৎলকপদা, থোঙজিন বাংমদা প্রাপ্তিকী লৈ মচা অমমম্ থমলম্মি। শোয়দনা অঙাংশিংদো ওইরমগনি। অয়ুক্তা লৈ! কয়াদা য়াইফখিবা অয়ুকনো! মসিনি মারিএটা। লাফায়েট তুরেলগী মথক্তা অতৎ-অখম লৈতনা জহাজ মচা মচা চৎলি, মোটরবোট থৌরি। অসিগুম্বা লাফায়েট তুরেলদা নোংমসু ঐখোয়বু পুং অমরোম জহাজদা কোয়হনখিবনি।

## মারিএটা

আগষ্টগ তাং ১৭ তগী ঐখোয়গী চপ চাবা প্রোগ্রাম হৌরগনি। প্রোগ্রামদি য়াম্না কুণ্ডই অদুবু খুৎশিল চুম্বনা থোইনা থাখিদে। অদুগী মথক্তা চাবা থকপা ফজনা শীল্লি। অয়ুক্কী ব্রেকফাষ্ট হেক লোইবগা ঐখোয়বু মারিএটা সহর য়েংহল্লি, কোয়হল্লি, কৈথেল কাহল্লি, ওহাক মীয়াম তিনবা মফমদা কুমথরগা শক উৎলম্মি, য়ামনা ইনফোর্মেল ওইবা মওংদা জগোইসু শাদোকলম্মি। অদুবু পোত্থাহৌগে হায়বা মী য়াওরবদি অদুম লৈহৌবসু য়াই। নুমিৎ অদুগী নুংথিল পুং মরী তাবা মতমদা ঐখোয়না ইহাল হাননা মারিএটাদা জগোই উৎলি। য়াম্না নুংঙাইখিবনা লাপ্লবা মফম অদুদা, ওহাইয়ো দা লৈবা ঐখোয়গী ডাক্তর জিলাগা মাগী নুপী ডাক্টর সনাহনবীগা মচা নুপী নুংশিত্রবী অমা পুদুনা ঐখোয়গী জগোই য়েংবা অমদি মৈতৈশিংবু উনবা লাকখিবদো। ঐনা বাশিংতন হেক য়ৌবগা মৈতৈমচা লৈবশিং থিরগা পাউ পীখিবসিংগী মনুংদা মখোয়সু অমনি। মখোয়গী লৈফমদি মারিএটাদগী থোইনা লাপতে হায় অদুনা কারদা অদুমক লাকখি। অতৈদি শম্নবা ওমখিদে, ইবুংঙো চিংঙাখম মনরঞ্জনতদি পাউ পীরখি বাশিংটন্দগী মানা লৈবা মফমদো য়াম্না লাপগ্রে লাকপা ওইথোক্তে। হাওবম ইবোয়াইমদি ডাঃ সনাহনবীগা লৈকায়নি অদুনা মাদি অমুক হেন্না হরাউখি। থাঙ্গেশেংবমক্তি চৎলু চৎলুবা মফমদা ভারতমচা য়াম্না লৈরমগ্রে। জগোই হেক লোইবগা গুজরাতী, পঞ্জাবী, বাঙ্গলি ময়াম্না কলাকারসিংবু উন্নরে। মাগী মাগী কাওবুদা থাগৎনৈ, অচাপোৎনচিংবা পুরকখি। ঐগী অঙাংসিংদি মবুক্তা নুঙাইত্রিমালেদনা, মচীন্না থোক্লবু হায়খিবা য়াওখি। ঐনা নোকনিংখি, অঙাংশিগী অঙাং মানবদুদা। অদুবু ঐখোয় পিদোনখিদে। চৎলু-চৎলুবা মফমদা মরু ওইনা ঐখোয়গী অঙাংশিংগা হেক্তা খণ্ডন চান্নবা হৌরকখিবনি। অদুগী মথক্তা ঐখোয়গী অঙাংশিংগা উষা ভগৎকা য়াম্না নক্লা তিন্নবসু উখি। ঐখোয়না মণিপুর থাদোকলমদাইদা হায়নখি “উষা ভগৎ। ইস য়াম্না শাথিবা নুপীনিহে নখোয়বু করম হায়না তৌরুগদৌরিবনো?” মীনা অসিমসু হায়নহৌই শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধীগা য়াম্না নক্লবা মীনি অদুগদি মাদি ওহ্লোকপা নুপী অমা ওইরম্মি। ঐগী অঙাংশিংনা দিদি দিদি হায়দুনা য়াম্না চান্নজে। মতম অদুদা ঐখোয়গী অঙাংশিংগী মরক্তা ফি তরুবা ইষ্ট্রি লৈবা য়াওরে অদুনা ঐখোয়গী অঙাংশিংনা ফি তকপা খুদিংগী দিদ্গিী ফি য়াওরি। ময়ামসিগী মনুংদা মঙ্গীনা মরোল অমা উষাগী পোৎ চীথহৌনি হায়দুনা য়াম্না শেন্নজে। উষানসু ওহাক্ লৈতে থিরিবা মঙ্গীদি? পুন্নরামদি? ঐনা মঙ্গীদা হংই করিগীনো মঙ্গী নঙবু উষানা অসুক য়াম্না লুনা তৌরিসে করি লাইবা তৌই? বাতা নুংঙাইবা মঙ্গীনা হায়খি, “অদুবুরাও মানা সিট ডাউন হায় ঐনা লেপ্পী, মানা নো সিট ডাউন হায় ঐনা ফম্মি, অদুননি।”

থাঙ্গেশেংবা উষানা মঙ্গীগা পুম্নরামগবু অঙাং শেম্নবদৌনা শেম্নবনি অদুবু অসিগুম্বা চমলবা কলাকারশিংনা লংফৈ থোরকলবদি হৌনবা খঙবসু হেন্নকই। লৈফম খুদিংগী চৎলমদাইদা উষানা পোৎ থাংথরকপা ৱাগনি য়াম্না নুংশা থীজে "ইবুংঙোখোয়, অহল অদুগী পোৎতু থাংথবা অমুক্তা য়াওবিরমসিহে।" অদুনা ঐখোয়গীনি হায়বা কনা লৈরমদ্রবসু ঐখোয়গী মী ৱাৎলমদে। ওহাইয়ো য়ৌরকপা অদুৱাইদদি ঐখোয়গী কলাকারশিংবু মওং অমা তৌরকলে। হেন্নে হায়বগী মহৎতা হাই হায়দুনা ৱা লেম্না লেম্না ঙাঙদুনা থেঙ্ক-উ না ৱাই চাইদুনা মী লোয়নবা হৈবা অমুক্তা হেনগৎলকই। মতম অদুদা ঐদি লুচিংবী অমনি হায়বা ইশাবু কাউথোকখি, নুঙাইমিন্নখি। অদুগা উষানা তৎতনা ঐখোয়গী ঈরক্তা য়াওবনি, মাবুসু লুচিংবীনি হায়বা কাউথোকলুবা মতাংসু য়াওখি। অদুবু উষা মতিক চাবী লুচিংবীনি। মী লোয়নবা য়াম্না হৈ।

নোংমগী থৌদোক ঐখোয় ইঙক ঙকই। ভারতপু ইকাই খুম্নবা ওইনা ফ্লোট পরেং শানা চৎপগী প্রোগ্রাম অমা থম্বগী মনুংদা ভারতকী ফ্লোট অমসু য়াওরম্মি। নুংথিলনি মীনা কৃক কৃক ইন্নখি লম্বীদো। ঐখোয়না ঐখোয়গী গাড়ী অদুদা তোংদুনা মমাঙদা জগোই শাদুনা চৎলি। লমদমদুগী অঙাংশিংনা ঐখোয়গী মচু অহমগী ফিরাল মচা পায়দুনা হাইরি মথংগী নুমিত্তা ফোঙলকই, ভারতকী ফ্লোটনা মকোক ওইরে। থাঙ্গেশেবা জগোইদি তাং ২৭/২৮ অদুদনি অদুবু অতৈ মতমদদি কোয়দুনা, য়েংদুনা পোখাদুনা, পোৎ লৈদুনা ঐখোয়গী কলাকারশিংনা য়াম্না নুংঙাইখিবনি। থাঙ্গেশেংবা যুগ অসিদবু অদুম্না কনানা থম্বীগনি। তশেংনমক মারিএটাদা ঐখোয়বু রোএল রিসিপসন অমা পীরকখিবনি। হয়েংদি ঐখোয় মারিএটা তাদোক্লগনি। ডিট্রোইট চৎলগনি। ঐখোয় নুংঙাইখিদে। মিষ্টর রোবিনশন্নচিংবা ময়াম্না থিন্দোরকখি। উষানা তত্তনা হায়খি, "ভারত হেক য়ৌবগা নখোয় রোবিনশন্দা চিঠি ইয়ুকো" মসিনি মারিএটা। অসুম্না থম্মোই অসি ইথন থন্না ওহাইয়ো তুরেলগী লমদমদো থাদোকপা তাখি। অদুবু আরাবিয়ন নাইট কৌবা উপন্যাসকি অহিং মরী মদুমদি ঙসিসু কাউদ্রী। ❑

# ডিট্রেইট্ Detroit

অসিদগী ঐখোয় মতেক মতেক প্লেননা পাইবা হৌরে পুঙকুই কুইনা পাইববুদি নত্তে অদুবু খরা নুংঙাইতে। ঐগী অঙাংশিং মিপাইনখিবা য়াওখি। পাক্লবা মিচিগান লেক কি মথক্তা পাইবননি হাই। অদুগা ডেট্রোইট অমসুং শিকাগোদদি ঐখোয়গী খোঙচৎকী মওংসু হোংলে। হৌজিকসু স্মিথসোনিয়ননা ঐখোয়বু পুরি অদুবু মফম মফমদা শীন লাঙলমলিবদি ভারতকী কাঙবুনা ওইরম্মী। মদুদি ইন্দিয়ান লিগ ওফ অমেরিকা হায়বা সংস্থান অমনা শীনবনি। ঐখোয়গী হোটেলগী থৌরাং লৈরমদে। আমেরিকাদা ময়ুম লিংদুনা লৈবা ইন্দিয়ানশিংগী ইমুংদা চাইথোক্তুনা মখোয়গী গেষ্ট ওইনা লৈবা তাখি। এম্বেসিগী মিঃ চৌহান অমদি স্মিথসোনিয়নগী কাঙবুবুনা হোটেলদা থম্মী। পুন্না চৎপদা পুন্না লৈবদা হৈনরবা ঐখোয়না মচোই মচোই লৈবগী থৌশিল অসি কয়া খোইদাখিদে। আগষ্টকী তাং ৩১ গী নুংথিল পুং ২ রোম তাবা মতমদা ডেট্রোইট এয়ারপোর্টতগী বসনা ঐখোয়বু মিচিগান ইন তান্না পুখি। কুইদে মিনিট নিফুরোমতনি। মফম অদুদা ঐখোয়গী হোষ্টশিংনা মাগী মাগী লৈমিন্নগদৌরিবশিংবু লৌবা ঙাইদুনা লৈরম্মী। ঐখোয় অদুম চৎলে ঐগী লৈফমদা। ঐগা তোম্বীনৌগা লৈমিন্নখিবা ইমুংদো ইঞ্জিন্নিয়ার অমগী ইমুংনি। য়ুম্বুরেম্বিদো থবক তৌদে। থাঙ্গৈশেংবমক্তি মখোয়গী অদুৱাইদদি কৈরোই লৈকাই পানবা নত্তে, ওহাক লৈতনা ইমা ইচা উনবা নত্তে, অদুনা থবক লৈতনা লৈবা মীদি থাঙ্গৈশেংবা পাপনি। অদুনা নুপী অয়াম্বা করিনো থবক অমদি তৌবা তাবনি। চাউরবা সহরদা ইতোমতা লৈবা ইতোমতা ঙায়বসে অৱাবনি নূপীদুনা হায়খি। ঐনা হংই, "নখোয়দি ভারত্তা হল্লরোইদ্রা?" "হল্লরোই, কৈদৌরুনি, আদা থবক নাতৈ চাবা ফংদবসু য়াই।

*হো মেক্সিকো*

ইথা থাজদনা ভারতকি মী য়াম্না লৈরমখ্রে। ডেট্রোইটকুম্বা ওটোমোবাইল সিটি না অমুক হেন্না য়াম্না লৈবোই খনখি। মদুম নুংঙাইখি মথেল অমা ওইনা। ফোর্ট ম্যুজিয়ম অদুদা গাড়ী য়াম্না লৈহৌই। য়াম্মনদুনা শান্নপোৎ ওইরবোই খনখি, থোইনা মিতারুদে। জগোই শ্যারম্মি অদুবু থোইনা শিংথানবা য়াবদি নত্তে ঐগীদমক্তদি ঐ নীংশিংদ্রে অদুনা ঐ চৎলুই, ঐ উরুই, ঐ হল্লকখি। ❑

# শিকাগো Chicago

ঐখোয়না সেপ্টেম্বরগী অহুমদা শিকাগোগী এয়ারপোর্টতা থুংবা মতমদো অয়ুক্কী পূং ৯ লোম তারে। অয়ুক ঙস্তা হৌগৎলগা বসনা লাকপনি, প্লেন অমুক তোংগদৌরিবনি খল্লুবদা হৈনিংখিদে। অদুগী মথক্তা প্লেন মচাদুনা মরোল অমা হাইবনে কোক্ য়ান্না ঙাওনখি। এলেননা চঙ্ চঙদুনা হংই। হেক থুংবগা পোৎচৈ হাপচিল্লগা ঐখোয়গী বসনা সিভিক সেন্টর প্লাজা তান্না ঐখোয়বু পুখি। ফনা কুইনা থৌই। নূপীমচাশিং লোইনা তুমখ্রে। পোৎ থাংদোক থাংজিনগী থবক্তি ঐগী পাখংশিংগা আমেরিকান পাখংশিংগনা অয়াম্বা তৌই। অতৈ মতমদদি নূপীসু য়াওবনি অয়াম্বনা লোইনা চোকথনরে, অদুনা পোথাহল্লি। আশা তৌখি, থুংফম য়ৌরগা লৈনবা কা লৈরমগনি, পোথানবা ফমুং লৈরমগনি। খঙবদি খঙই শিকাগোদসু মীগীময়ুমদা চাইখাইদুনা ঐখোয়বু থমগদৌরি। অদুসু মফে। অদুবু বস অদো চাউরবা পাকলবা স্কায়ার অমদা থারগা ঐখোয়বু ওকপগী থৌরম অমগীদমক ইন্দিয়ান লিগ ওফ অমেরিকা গী কাঙবুনা ঙাইদুনা লৈরমলি। নুংঙাইরবা ফমুংগী মহুৎতা ভাষন। অদুগী মথক্তা মীয়ামগীদমক মিনি পরফোমেন্স অমসু পীগদবনি হায়রি। উষানা তুমিন্না হায়খি, "তৌরদবনি"। অদুবু মহাক লুচিংবীনি পামদবা কয়াসু তৌবা তাবনি। অদুনা বা মতেক অমতং মানা ঙাঙখি, জগোই মতেক অমসু অঙাং খরা হৌদোক্লগা শাহনখি। য়াওনীংদবা অঙাংশিংদো য়াও হায়খিদে।

অদুদগী ঐখোয়বু চুমদ্রিং পুখি ইন্দয়ান রেষ্টোরেন্ট অমদা চাকলেনগীদমক। মায়সু তাবা নংদা ফিস্সু হোংদা অহিং হৌগৎতুনা লাকলগা লক্ষ্মীদা জগোই শাহল্লগা চাক চাও হায়দুনা পুবদুদি খরা হাকমল্লি। হোটেল চঙবমক্তদা আগরবটি চবুল চবুল থাবগী মনম অদুনা অমুক হেন্না কোক্ ঙাওখ্রে। হিন্দী সিনেমাগী রেকোর্ডনা মরোল অমা খোংবনা ঐখোয় মফম মরাং খঙখিদে। চাকলেনদি ফজনা লাঙজরম্মি। ঘি মশলা তপ তানা

থাকপা য়েনছাং মথেল মথেল, পলাওনচিংবা অরাং ভারতকী চীঙ্গাক্ ঙাক্তা ওইনা তৌই। উষানা মরোল অমা মুরুম মুরুম শোল্লি করি কান্নবা সুক য়াম্না তৌরিবা, অচম্বা চানিংলবা মতমশিদা। অওইবনি মতম অদুদা ঙাশেপ অয়াইবগা শৌগ্রিগা নীংশিংনবা য়াওখিবনি। ফনা ফজনদি শীনজবনি, ঐখোয়না পেনবিদবগী বানী। ফিলম ঈশৈদো অতে মতমদা খোংবা ওইরম্লবদি য়ুম নীংশিংলক্তুনা পুক্লিংবু নুংশিরমগনি অদুবু মতাং চাদ্রবদি মতম চাদ্রবদি "রাধা কৈনা চাহৌরে" হায়রবসু কপনীংদে হায়বা বা লৈ। পুং ৪ মখায় তাবা মতমদা, চাক তোক্লগা ঐখোয়বু সিভিক সেন্টর প্লাজা তান্না পুখি অদুবু মথোঙ মরম খঙদে। ঐখোয়বু থমগদৌরিবা কাঙবুদো থরা লাকই থরা লাক্তে য়াম্না চেন্নে। শাড়ী ফজবা শেৎপী নুপী অমনীসু লিষ্ট পায়দুনা য়াম্না চেল্লি। উষাগা বা য়াম্না ঙাঙনৈ। কলাকারশিংনা চোকথনা, হৈনীংদনা, মচি মচিদা ফমলি। মতাং অসিদা মিঃ চৌহান্দগী ফোন লাকখি মহাক ভিসাগী কানাডা এম্বেসিদা লৈ, ঐখোয়গী অঙাংশিংগী মমিং থরা ওন্নরে, ঐবু লাকউ হায়রকপনি। ঐ অদুম চৎলে। ভিসাগী নৈনবদা কয়া কুইনা চঙখিবনো নীংশিংদ্রে। ঐনা মিঃ চৌহানগা হল্লকপদা খোইরেন মশা পাইনরমলে। উষানা কোয়চেন চেল্লি, ঐখোয়গী নুপীমচা অহুম হোষ্ট য়াওদনা টেকসিদা কাখৎপদা ঙাইরিঙৈদা টেক্সিদো অদুম থৌখ্রে, লিষ্ট পায়খিবরা পায়খিদবরা খঙদে অসিনচিংবা। চাউথ্রবা মীয়ামগী জঙ্গল অদুদা মীনা কিনরবা শিকাগো সহরদা ঐদি কমদৌনি? মাঙজরেদনা ঐখোয়দি। মতম অদো এলেনসু কদায়দনো চৎথোকলুমাল্লে। পাউ অসি তারগা মখুত্তা পায়বা চে লংখাইরগা শাউবনা করিনো অমা হায়খি। এলেননা শাউবা অসে মদুনা অহানবনি ঐনা উবা। নহা ওইবগী ঙহাক ঙাওজরবসু এলেন রিচার্ড স্মিথসোনিয়নগী চেকশিন্না শীনবা থৌরম অমগী মখাদা ঐখোয়বু পুদুনা লাকপনি। মখোয় য়াম্না শাউখি। অদুদগী পুলিস লাকলে। পাউ পীখ্রে, পুং অনীরোমদি ওম্থোক্লা লাংতক্লনা লৈখি। অদুবু করম্না মরোল ফাওনবনো খঙদে ইন্দিয়ান হোষ্টকী ময়ুমদগী ইবেয়াইমনা কপলি কপলি তৌদুনা টিলিফোন তৌরকই। "লৌবিররো ঐখোয় য়াম্না কিরে ইমাসি," অদু ফাওবা ইমুংদুগী য়ুম্বুরেম্বী লৈরমদে হায়, অঙাং ঙাক্তা লৈরম্মি হায়ব্রা। অদুবু ঐনা থেমজিনখি, ঙসিদি অদুম লৈরো নুংশা থিরুবনু য়ৌরবনিনা। নয়নসখিগা জয়ন্তীগাদি?"

"মখোয়দি টেক্সি মনুংদা তুম তুমদুনা অদুম চৎলি। লম্বী মাঙলুরে হায়বা ফাওবা খঙদে।"

## শিকাগো

অহিং অদুমদি কলাকারশিং ইন্দিয়ান হোষ্টশিংগা ময়ুমদা অদুম লেকখ্রে, ঐখোয় খরনা হোটেল অচৌবা অমদা। ঐখোয় নুংশা থীবদি ফরে অদুবু খোয়দৌ শাউগৎপদি নেমথখিদে। করি থৌশিলনো ইদুম্ ঈকাইজে রিচার্ডখোয়গী মমাংদা।

মথংগী নুমিৎ সেপ্টেম্বরগী তাং ৫ দা প্রসিডেন্সিএল ওডিটোরিয়ম প্রোগ্রামগীদমক ঐখোয় চৎলে। মাগী মাগী লৈফমদগী ঐখোয়গী কলাকারশিংসু থুংলরে। ঐগী মাঙলুরবা অঙাং অহুম লাকপদা য়াম্না কপনৈ। রিচার্ডনা নৌনা তমলকপা মৈতৈ লোন্দা নুপীমচা অহুমবু 'তোকও-তোকও' হায়না থেমখি। কনাগী রাজস্থানগি অলাদিন ফাওবা মপী তৈথোকখি। মতুংদদি ময়াম্না য়াদদুনা নুপীমচাশিংগা, ঐগা, প্রতিভাগা রোহিত পটেল কৌবা গুজরাতি ভদ্রলোক অমগী ময়ুমদা লাকলে। পুন্না লৈরে। ঐখোয় লৈমায়দা থাদুনা পংহিপ্তা হিপনৈ অদুবু য়াম্না নুংঙাইখি। অহিং নোংশোইবা ঈশৈ শক্তুনা, গরবা শাদুনা লেল্লি। মসিনা লৈফমগী বানি। জগোইগী বাসু অদুমঙায়, খঙদে ইহৈ হৈনিংদবা অমা পোকখিবনি।

প্রোগ্রামদি ফনা চাউনা শীনজবনি ইন্দিয়ান লিগ ওফ অমেরিকা না। লোকেল ইন্দিয়ানশিংগী জগোই ঈশৈ খরসু থমলম্মি। অসুম্না প্রোগ্রাম য়েৎশিন্নবসে চুমদবনি অদুবু উৎচনিংদুনা তৌবনিনা তৌজশনু মখল্লি। বাঙ্গালি কাওবু অমনা রবীন্দ্র সঙ্গীত কো-থ কো-থ শকলি। ঐ খাঙবা ঙমখিদে অদুবু থোরকলে।

শিকাগোগী খোঙচৎতা নুংঙাইফম খঙখিদে। মঙ্গলাচরন্দগী কায়খিবনা শাগৎপা য়াখিদে। কনামত্তা খঙনরক্তে, খঙবু খঙনিংলুদে। রোহিত মৃদুলা অনীদুতদি কাউবা য়াদে।

হয়েং ঐখোয় চৎলনি। কনাডাদা। চয়োল অনীচুপ্পা য়ুম অমত্তদা লৈমিন্নরক্লবা স্মিথসোনিয়নগী কাঙবু হয়েংদগীদি উন্নররোই, মপোক অসিমগী উনদবসু য়াই অদুবু খঙদে, করিগুম্বদা করম্বা মতম অমদা ... । বিদায়গী সভা কায়নবগী ওইবনা ঈচিক চিকলম্মী। থাগৎনরম্মি নুংঙাইনা থম্বিবগী, থাগৎলম্মি নুংশিনা লোয়নবিবগী। ঐসু বা খরা হায়বদি য়ারম্বনি অদুবু হায়রমদে। নুংদদি ফাউরি, মখোয় হয়েং লৈহৌরগনি অদুনা তুমিন তুমিন লৈনৈ।

রিচার্ড, এলেন, এমিনা ঐখোয় পূন্নমক্তা খুদোল মচা অমমম তমলম্মি। ঐখায়গীদি পীনিঙায় কৈসু লৈতবনিনা ঐগী ঐগী লনাইগী পোৎ খরা পুখোক্লদুনা তমলম্মি। মেক্সিকো কায়নবদা ঐখোয় নুংঙাইখিদে, ৱাশিংটন থাদোকপদা পুকনিংসে ইলাঙ লাঙখি। মারিএটা নুংশিনা থাদোকলম্বনি অদুবু হন্দক্কী অঙাংশিং কায়নবসিদী খাংঙমখিদে। ঐখোয়গী অঙাংশিংনা কপখি মখোল থোক্লা ঈকায়বা খঙদনা। প্লেন কারমদায়দা, থিন্দোরকপদা নুপীমচা এমিনা কপ্লগা চেনখিবদো হাঁজিকসু মিত্তা শংশং উরি। রিচার্ড, এলেন নোংমতা ঐবু অপ্টি কৌবা নত্তে, বিনোদিনী কৌবনি অদুবু থিন্দোরকপদা রিচার্ডনা মমায় মমিৎ ঈঙাঙ ঙাঙনা "Good bye, Aunty!" হায়খি। এলেনদি ঐগী খুৎ পায়রগা তপ্না হায়খি "Binodini, you are a wonderful people!" মখা তাখিদে। ঐ খঙই মানা হায়খিবদো হায়বা হৌনৈ হায়বগী হায়খিবা নত্তে, মাগী খোঞ্জেল নিকখিমাল্লে। অচুম্বনি, মখোয় ঐখোয় খরা হেন্না নক্না তিন্নখি। ঐগী অঙাংশিংগী মমিং মখোয় লোইনা খঙবনি। নয়ানসখি, অবেয়াইমা, গোবী, লোকেন মখোয়না য়াম্না তোয়না কৌখিবা মিংনি।

রিচার্ড অদুমদি ঐগা মরক মরক্তা হেক হেক খৎনৈ করি নত্তবদা। মাদি খরসু লাঙজে। খরা ঙাওজে। করিগুম্বদা মশাবু মেনেজরনি হায়বা ফাউবা কাউথোকখিবগুম তৌই। মতম অদুদা ঐনা মাবু কয়া ৱারকখিবা। নিঙশিংলি নোংমগী থৌদোক প্রোগ্রাম হৌড্রিঙৈগী মমাঙদা রিচার্ডকা ঐগী পাখংশিংগা লাক্ল ফানদুনা শান্নবা উবদা ঐনা পাখৎখি। হায় "তৌনু রিচার্ড, তৌনু নঙবু কৈদৌগে মীদি জগোই থোক্কদৌরিবনি মখোঙ মখুৎ শোক্লবদি কমদৌনি" ...। মখোয়না তাদে। ঐনা শাউদুনা খুতুম্না ফাউবা শুবা য়াওখি অদুবু মা শাউখিদে, সোরি হায়রগা চেনখি। অতোপ্পা নুমিৎ অমদনা, মদুসু শিকাগোদনি। ঐখোয়না লোকেল গ্রুপকি জগোই ঈশৈ লোইশিনবা ঙাইঙমদনা ঙাইবা মতমনি। উচিন নাচিন্না লোইখিদুনা ঐখোয়গী প্রোগ্রাম হৌরে। ঐনা চেঙ্খোক চেনশিন তৌরি, শিনলাংলি। অতৈ মতমদদি ঐগী করিসু তৌনিংঙাইবু লৈতবনি। অদুবু ঙরাংগী লংকা কাণ্ড অদুগী মতুংদগীদি ঐগী অঙাংশিং নুংঙাইতনা জগোই থোকলি, অদুনা ঐনা শেন্নজবা তাবনি। ঐ খঙই মখোয়দি জগোই থোকলমদাইদা মথৱায় নাহনবা য়াদে। অসিমসু খঙই ঐনা লোয়নরক্লিবা কলাকারশিংসে থোকপু থোকখ্রবদি মখোঙ তৎলবসু, মখুৎ তেকলবসু ঙম্নবা শারম্নগা থোরক্কনি অদুগা চেঙ্খোরকলগা উইংস মরুমদা তুরগনি, ৱাম্বরনি, হুমাই হুমদুনা লাক্লগনি অদুনা ঐনা নুংশা থীখিবনি। অসুম্না ঐনা চেল্লিঙৈদা উখি, লম্মী চৎফমদা

ফি শেংফম ময়াদা মোজাফুরিৎ লিংপা জিন শেংপা টুর মেনেজর রিচার্ড কুরিন লৈমায়দা ঈশি শিনা তুমলি। মা য়ারমাল্লে। ঐনা হাথু হাথু অঙাংশিংনাহোংদোকলম্বা ফি খরা খোমলগা মোন খাংহনবিরম্মী। নুংবু নুংশিরুরে ইচা মানবদো। অসুন্না নাতে চাদবা মিকুপ, কয়াদা মখোয় ঐখোয় নকশিন্নখিমাল্লে, ঐখোয়বু "কনা নত্তে" খনখিমাল্লে। অদুগা কুচু মুবা এলেনদি! তপচবনি নোকফেৎ নোকফেৎ তৌজবনি। মঙ্গীনা 'ওলেন ওলেন' কৌবনি ঐনদি 'অমুবা'। মানা য়াম্না য়েংশিল্লি ঐখোয়বু। ঐনবু ইতোমদা লেপ্পা উরবা মানা কোকা-কোলা অমা হেক্তা লানশিল্লক্কনি। ঐ ইতোমতা তোখায়না তারে খনমাল্লে। অদুবু মাসু করিগুম্বদা নাতে চাদবা তৌথোরকপসু মথেংনৈ। বস মনুংদনি। এলেননা ঐগী নুপীমচা অমগী খুয়াদা করিনো খরা ইরি। হায়নরকই, নুপীমচাদুগী খুয়াদা মানা 'এলেন এলেন' হায়না মমিং থারিবনি। কৈদৌনি শাউরব্দুনা। ঐ শাউখিদে, পাখংদি পাখংনিদনা। অদুবু নোংমতা কা হেনবা তৌখিদে। মখোয়দি স্মিথসোনিয়ন্না পাউতাক পীরগা অখন্ননা থারকপা মীওই ওইবনা।

অসুন্না ঐখোয়গী অমেরিকাগী খোঙচৎ শিকাগোদা লোইরে। হয়েং কানাডা পাংলগনি য়ামখ্রবা মীয়ামগী তিনফম তীর্থ অসিদা মতেক অমত্তং য়াউবা ফংজখিবা ঐখোয়গী লাইবক ফবনি। য়ামখ্রবনি উরকপা। করিবু খৎতোকলগা করিবু খন্দুনা পুরকখিবা মতম অদুদদি ঐনা খঙখিবা নত্তে অদুবু হৌজিক্তা য়ারী অসিবু ইবা মতমসিদদি খঙলকলে খুনগৎতুনা খরা পুরকখিবগী মনুংদা রিচার্ড, এলেন, এমি মফম চাউনা কল্লি। আমেরিকা! অমুক চৎলবসু য়াই করিগুম্বদা অদুবু থেংনখিবা মখোয় অদুদি অমুক উন্নদবসু য়াই। মিৎনা উবা ফংদবা থম্মোয়গী ফজবা অদুদি থেঙনদবসু য়াই। হৌজিক্তা খল্লকলি মখোয়না ঐখোয়দা করি উদুনা ঐখোয়না করি পীরমদুনা ঐখোয়বু অদুক নুংশিনা হায়রিবনো?

শক-নগা তোপ্পনে, লোম্নগা তোঙাল্লে ঐখোয় কনানো, কদায়দগী লাকপনো তাকপমক্তদা খদাং অসি চোকখিবনি। মণিপুর। ইম্ফাল। খঙনিংবশিংদা তাকখিবা। ঐখোয় ইণ্ডিয়ান-নি হায়বা ফাওবা মখোয়না চিংনখিবনি। তাকলবা তুংদা আই সি হায়খি অদুবু খঙখিবরা খঙদে। অদুবু মিঃ জেফ্রিট কৌবা নুপা অমনা ঐগী অঙাং অমদা ইরকখি ...

"Gopi, it would be wonderful to be in Manipur!"

তোম্বীনৌনা চিঠি অমসু ফংখি।

Dear Miss Devi,

... Your performance made a lasting impression on many Americans. We have received many enthusiastic comments from people who saw you at the Festival and on tour. You not only gave much pleasure to our audiences, but brought something about your traditions, and made them aware of your cultural heritage.

Yours sincerely,
Mrs. Shirley Cherkasby
Programme Coordinator
Old Ways in the New World
Festival of American Folk Life.

ঐ থাজৈ, ঐ মখোয়বু থাজৈ। ফোর্মেলিটিজ ওইনা ইরকপা তারবদি মখোয় ঐবু শোয়দনা থিরক্কনি, কলাকারসিংদা ইরমলোই।

ঐখোয় প্লেন পাইবা হৌরে। থংনীং নীংশিংলকখি হন্দক্তি রিচার্ড, এলেন, এমি য়াওদনা ঐখোয় চৎলি। ঙসিদি এলেন্না সেক্যোরিটি বেল্ড ফারবরা হংবা লাক্লরোই। ঐনা তুমিন্না ফম্মি। ঐগা থংনবদা ফম্বদো কনানো ঐ নীংশিংদরে অদুবু এমিদি নত্তে। নাকোংদদি তারি হনজিন্ হনজিন্ হৌজিকসু তারি ঃ

You are a wonderful people !

You are a wonderful people !

" ... সব ঠিক হাই? মণিপুরী লোগ সব ঠিক হাই ... সব ঠিক হাই ..." ❑

# ওটোৱা Ottawa

ইণ্ডিয়ন কলচরেল ট্রুপ পুবা প্লেন অদু টোরন্টোদা অতোপ্পা প্লেন অমদা হোংলগা সেপ্টেম্বরগী তাং তরুক্কী নুংদাংৱাইদা কনাডাগী কোনুং ওটোৱা থুংখি। টোরোন্টোদা ঐখোয়গী জগোই লৈবনি। য়ৌরিঙৈদা শারমদনা চৎপা অদুনা খরা ঙকনা থোকখি। অদুবু ওটোৱাদা ইণ্ডিয়ান হাই কমিশনগী মীওইশিংনা ঐখোয়বু ফজনা ওকপিরম্বদু উবদা ঐখোয় খরা তং তাখি, শিকাগোগী খুৎথীবা খোঙফম অদুমক্তি ওইরোইদৌরিমাল্লে। হৌজিক ঐখোয় অমুক্কা হেন্না হৈরে অদুনা কমিশনগী কাওবুনা ঐখোয়গী লগেজগী ভার লৌবিগে হায়রবা ফাওবদা ঐখোয়গী কলাকারশিংনা লুচিংবীশিংগী মৱা তারগা 'হোয়' হায়খি। অদুবু মফম অদুদসু হোটেলদা পুন্না থম্বগী থৌরাং লৈরমদে। চোইনা মীগীদা লৈবা তাখি। থাঙ্গেশেংবমক্তি শিকাগোগী এপিসোদ ওফ দি মিশিং গর্লস অদুগী মতুংদগীদি তোঙান্না লৈবসে সুকপাম পামদ্রবনি। অদুগী মথক্তা মখোয়নদি খঙবিদবা, জগোই, ঈশৈ চৎপা হায়বসিমক্তবু পুন্না লৈরগা য়াম্না খূদোং চায়; ঙহাক তাথোক তাশিন তৌবা তারবদি পুঙ য়ৈবনা অমদা ঈশৈ শকপীনা অমদা জগোই শাবনা অমরোমদা লৈরবদি য়াম্না নুংঙাইতে। অদুমকপু হাই কমিশনগী মচু তাবা ৱাঙাং শাঙাং তাবদা ঐখোয় শাউখিদে, মিপাইখিদে। অদুনা উযানে ঐনে, ঐগী অঙাং অহমনে, গুজরাতী নুপীমচা খরা। হাই কমিশনর বাজপাইজি গী য়ুমদা লৈ য়াম্না চম্মী, মী খোল্লি। উযাগসু হান্না খঙনবনি অদুনা ঐখোয় ইয়ুমগুম্না কোইদনা লৈবা ঙমজখি।

লৈফমসু য়াম্না অচিকপা, মতম শাংনা পুনশিরবা উপালনা পিক্ থনবা মফম অমদনি। লৈরিবা য়ুমদো নিংথৌ পানবা ইংলণ্ডগী মতমদা শাবা মাল্লি। খজিক্তদা ৱাই শং হল্লি, নুংঙাইহল্লি, য়াম্না পর্সনেল ওইহল্লি। ঐখোয় নুংঙাইনা তুমখি। হৌখিবা অহিং কয়া তুম্ফম চাফম খঙলকত্রবনি। চাবসু হাই কমিশনরগা টেবল অমত্তদা ফমদুনা চামিন্নৈ ৱারী শাদুনা, চানীংবা মথেল চাদুনা, লোইরগা উযানা গজল শক্কুনা। উযা ঈশৈ ফজনা শকপা হৈ হায়বা মতমদুদা খঙলকখি।

কনাডা য়াম্না ফজগ্রে। ওটোবা তুরেলনা মরোল অমা ফজবনে, উমংনা মরোল অমা জুম-জুম লাউবনে ঈশং শংই, তনাল তনাল্লি। অদুগা নাকেন-থা চঙলে তাকপগুম মরক্তা উনা খরা খরা নাপু শাবা হৌরে। হেন্নদুম খোয়রাঙখি। কনাডাগী নিংথম থাদি য়াম্না শাথি হায়, য়াম্নসু ফজে হায়। পৃথিবীগী খ্বাইদগী শাংবা ইসকেটিং রিঙ্ক রোডেশ কেনাল কনাডাদা লৈ হায়। নিংথমথা থেংনরক্তবগী নুংঙাইখিদে।

জগোয়দি অমুক্তমক উৎলম্মী সেপ্টেম্বরগী তাং নিপালদা নেসনেল আর্ট সেন্টর দা হয়াউজখিবা অমনা শ্রীবাজপাইনা ঐখোয়গী অৱাৎ-অপা হংবিখিবদো। মানা তাকপিখি, ভারতকী কলাকারশিংসে শেৎপা চাবদা য়াম্না চেকশিন্দে, মখোঙ মখুৎনা ৱাউরিবা। অমুক্তী মহাক য়াম্না ইকায়বা নংখি। উৎানা মদুগীদি ৱাবিরুনু হায়রিঙৈদা ঐনা মরক থত্তুনা হায় জগোই তোয়না শাবনা ঐখোয় ফিরোল ইষ্ট্রি তক্পগী মতম ফংলক্তে য়ারবদি ... । মদুগীসু থৌরাং লৈরম্মী নেশনেল আর্টস সেন্টরমক্তদা।

নোংমা ৱাৎলিঙৈদা ঐখোয় খরা ষ্টেজ য়েংবা চৎলি। প্রতিভাসু চৎলি। মপুং ওইনা জগোই শাবদি মাগী কাঙবুগা ঐগী কাঙবুগনি। মফম খুদিংগী ষ্টেজগী পাকপা চাউবা অমত্তা মান্নবা নত্তে। অদুনা হান্না খঙদোকপা তঙায়ফদবনি। কলাকার অমা অনীদংনবু খঙখ্রবদি হোরেন মখোয় মশেল তাথোক তাশিন্ তৌরগা অদুম শাবা ঙম্মী। ষ্টেজ অদো চাউখ্রে। অদুক ফজবা ষ্টেজ ঐখোয় মেক্সিকো অমদি আমেরিকাদা থেংনরক্তে। য়াম্না মোর্ডন ওইনা শাবা মথোল-মথোলগী সেন্টর অসিদা ষ্টেজ অমত্তা নত্তে অতৈ কয়া অমসু লৈ হায়। ঐখোয়গী জগোই নুমিৎ অদুমক্তদা ইউরোপকী মমিং চৎলবা বেম্লে কাঙবু অমগী জগোই উৎকনি হায় ঐখোয় য়েংবা ফংলক্তে।

প্রোগ্রাম নুমিৎতা ঐখোয় খরা হান্না চৎলি ফি ইষ্ট্রি তক্কদবা লৈবনা। য়ামখ্রবা ফিনি, অতৈ কাঙবুগীসু য়াওরি। ফি তকফমদো য়াম্না চাউই মদুদা থবক শুরিবা নূপীশিংসু য়ামখ্রে। তাইবগা, ফোৎপগা, তকপগা। অদুবু ঐনা নুংশা থীখিবদি ঐখোয়গী হরাওফিশিংদো। ঐখোয়গী হরাওফিসে শু-চাম্বা য়াম্না ৱাই, খুৎ চঙই। ইষ্ট্রি তক্কদে নান-নান্দুনা শেম্বনি। খঙদে শেগায়বিদনা তোক্লগদরা? তৌম্বীনৌদি সংকীর্ত্তন শকপীনিনা খরা হৈ-শিংই। অদুনা ঐনা মাবু শেম্নরুনবা থায়। মানা চেম্লক্লগা হায়রে "লাউনে, ইমাশি নঙ য়েংলো লাউনে, ইস্ করি হায়নি। হরাওফিশিংদো চনাংগী স্প্রে কাপ্লগা কোক্শেৎ

শেংপী কনাডা চনুনা ইষ্ট্রি তকলি। অতকপা ফিশিংদো ফিয়ান উরু-উরু লৈবী অমদা থুপলগা শাংনা শাংনো য়াল্লি। ইম্ভোক্কদববু পাম্মুই, ৱাংখৈ নুপীনা কৈদৌনি। মতম অদুদা চনাংগী স্প্রে লৈ হায়বা ঐ খঙলমদে। খঙলমলবদি অদুক ৱানা অপাবা খূদৈদা চনাং কুংনা লুপতুনা পুরমলোইদবনি।

হন্দক্তি প্রোগ্রামদা উষানা মণিপুরী জগোই মখল মঙা হাপ্পীরে। শিকাগোদা পঞ্জাবকী কাঙবুসু লৈহৌরবনিনা খরা হেন্না ঐখোয়না ফংখিবনি। অতৈ মতমদদি অহুমদগী পংহেন হেন্না ফংখিবা নত্তে। মতমদি লোইরে অমুক্তোইবা তেনশিনবদা। মিনিট কূনমঙা শাবা ফাউবদা নীংবা থুংদবা ওজা অমুবীগী বসন্ত রাস মাঙলে। প্রোগ্রাম হৌরমদাইদা ঐগী নুপীমচাশিংনা জুজু-জুজু তৌনৈ, মণিপুরী জগোইদা য়াম্না পীরে হায়না মবুক নানবা য়াওনরে। ঐনা থোইনা তারুদে হরাউদুনা পঙঙাং ঙাঙজরিবনি খল্লি অদুবুঐসু হাইফেৎ চিংনখিবা মতাং য়াওখিদবা নত্তে। উষাবু ৱারৌনবা য়াওখি।

মদুগী নুমিত্তা ঐখোয়গী প্রোগ্রাম য়াম্না নুংঙাইখি। মৈ-নগা ফবনে, মাইক্রোফোন্নগা ফবনা জগোই পানখি। ভাবোক্লা শ্বায় পাই। নুমিৎ অদো উষানা রাসসু থমখিবনি। করতেন কোল গী মতমদা ঐখোয়দা পীরকখিবা লৈগী চরোংদো কয়া য়ামখ্রে নোংমা ঐনা লৈশাবীনা চিন্নবা লৈ খিত্ত পিয়ু হায়বদা মখোয়না থৌশাখিদে, খরা য়ানীংদবা মওংদা মাল্লি। ঐনবু ঙকই করিনো লৈ খিত্তং পীয়ু হায়বদা য়ানীংদ্রিসিবু। মতম অদুদা য়ুমদগী পুজরকপা ফিনা শাবা শমজিরৈ, চেনা শাবা নাপ্প-লৈ লোইনা মল্লে, য়াদ্রে। অদুগদি হায়নরকই মখোয় অদুৱাইদো চন্দ্রমুখী অমগী মমল ডোলার অমা হেল্লি। করিনোনে হায়রিসিবো। লম্বেলগী নাক-য়েত্তা ট্যুলিপ কোটি-কোটি শাৎহৌরিবদুদি! লৈগী লৈ ঙাক্তা অদুবু লৈশাবীনা চিন্নবা মরী মঙা ফাওবা খাইবা য়াদবা। ওম্ভোকপা লৈবাক হায়বদুনি। ঐখোয়দি লৈকায় লাম্না, মীগী হিঙ্গোল চঙদুনা, ইনীং তৌনা নাচোম শেন্নবা তখৈল্লে-চিগোংলৈ থিবা চৎপা লৈবাক্তগী লাকপনিনা ইঙকপু ঙকলুরে।

ঐখোয়গী জগোইদো নুংঙাইখিমাল্লে, খুবাক য়াম্না খুখি, য়াম্না থাগৎপীরকই। ডিরেক্তর ওফ আর্ট না হায়বিখি, "One of the best performances I have ever seen in seven years ... "

গভর্নর জেনেরেলগী নুপীদি য়াম্না পেল্লুরমাম্লে, হায়খি, "I was holding my chair, trying to restrain myself. I was dying to participate in your dance."

অদুগা কনাডাগী প্রেসিডেন্টনা তাকপিখিবনা, "I like the rhythm, song and the joy."

অসুম্না কনাডাগী কোনুংদা অহাউবা চাদুনা, তুমদুনা পোথাদুনা লৈরকপনি। অদুবু মফমদো থৌগল্লোনগী, চৎনবীগী খম্ থেংবা মফম ওইবনা ঐখোয়না কনাগসু নরুনা তিন্নবা ফংখিদে। লাপতক লাপতক অদুম লোয়নজে। অদুনা ঐখোয় হরাউ হরাউ লৈখি, হরাউনা হল্লকখি অদুবু কায়নরমদাইগী মতমদা থম্মোয় শোকখিবমক্তি য়াওখিদে। ❑

# টৌরোন্টো Toronto

টৌরোন্টোদা অমুক হল্লকলগা জগোই শাবা তারে। জগোইদি অমহানি, পল্লুদ্রবসু য়ারে, মরমদি টৌরোন্টোগী জগোই ঐ নীংশিংদ্রে। মফম অদুদসু ঐখোয়গী লৈফম হোটেলদা শিল্লমদে ইণ্ডিয়ানশিংগী য়ুমদা শীল্লম্মী অদুবু থোইনা নুংঙাইতবসু পোক্কে, ঐখোয়বু মেছিনগী মতৌগুম অরাবমক্তি পীখিদে, নমদুনা জগোইসু শাহনখিদে। ইন্দিয়ান কনাডা এসোসিএশন্না শীনবনি, অদুম ফজনা মশিনজরম্মী। চারুসিজা অমদি সিংহজিৎকী জগোইগী ফোটোনা পব্লিসিটি তৌরম্বা থেংনবদা ফনদুম নুঙাইরুরে।

টৌরোন্টো অসি চাউখ্রে, ইনাক খুনখ্রে। অচৌবা ইন্দস্ত্রিয়েল সেন্টরনি। মীসু কুংনা তাই। অদুগা এসিয়াগী মীসু য়াম্না লৈ হায়। ইণ্ডিয়াঙ্গু য়াম্না লৈ হায়বসে জগোইগী ভাবোক মরক্তা ইণ্ডিয়ান ময়ামদু উবদা অদুম খঙলে। ভারতকী ঈশৈ জগোই কাঙবু কয়া বার্তন তৌদুনা য়াম্না তোয়না শিন্বা মফম ওইরমাল্লে। ঐখোয়না থুংগদবা নুমিৎ খরগী মমাঙদা লতা মঙ্গেশকর অমদি মুকেশ ঈশৈ শকপা লাকপবু খঙহৌদনা মুকেশ লৈখিদবদগী প্রোগ্রাম পীরমদনা হনখি হায়। মুকেশ লৈখিদবদা থম্মোইদা নুংঙাইতবা ফাওখি।

অদুবু টৌরোন্টোদা ঐখোয়না পুল্লিদা ফংঙমদ্রবা পোৎশক অমদি ফংলকই মদুদি, পৃথিবীগী খ্বাইদগী মমিং চৎলবা ফজরবা ঈশিং চাইবীদো কনাডাদা লৈহৌই। ঐখোয়গী প্রোগ্রামগী মনুংদা নয়াগারা য়েংবগী বা য়াওরমদে। অদুবু ঐখোয় হৌ-হৌ চোংই নয়াগারা য়েংদনা করম্না হনগনি। অদুনা ঐখোয়না শেল তিংনা লনাই চৎপা তাখি। চহী খুদিংগী মী ৮,০০০,০০০ না য়েংবা লাকলিবা নয়াগারাগীদমক ঐখোয়না ডোলার ৭ তিংবা পাম্মুখিদে। অদুনা রাজস্থানগী কাঙবু নত্তনা ঐখোয় লোইনা বস তোংদুনা চৎলি কীন ভিক্তোরিয়া পার্ক তম্না নয়াগারা য়েংবা।

অঙকপনি! আমেরিকা অমদি কনাডাগী সিমানাবু খঙহল্লিবা নয়াগারা তুরেলনা আমেরিকা লোমদগী পাক্লা চেম্বুরক্লগা অঙকপা ঈশিং চাইবী অসি শেল্লরি। হৈথরকই ফুট ১৬২ বাংবা হোর্স-শু ফোল্‌জনা। ঈশিং ঈরিক- ঈরিক মৈখু মান্না কারকপনা লৈচিন মপৈ অমা কুঙনা শেমলি শগোল লোংখুম মানবা লোকচপ্‌ অদুদা । মরক্তনা অতৎ-অখম লৈতনা শেমলি চুমথাংগী ডিজাইন কয়া, চুমথাঙ অমা নত্তে, অনী নত্তে য়ামগ্রবা চুমথাঙনি। অঙকপা কুম্মেনি মচু তরেৎকী। হায়নৈ ঈচেল অসি চহী ১২,০০০ পুনশিরবনি। লোইনা খঙলবনি, লোইনা থিরবনি মসিগী মরমদা, অদুবু ঐনা খঙনীংলুদে। খনখি ঈচেল অসিবু করম্না সেমখিবনো? করম্বা মতমদা খমখিগদগে? লাইবক ফৈদকো লৈবাকসে। অসুক ফজরবা মহৌশাগী খুদোল অসিবু মখোয়গী ওইবা ফংলিবা লাইবক ফৈ। শেংলবা ঈশিং ঈরিক্লা চাইথরকই। মদুনা ঐখোয়গী মায়দা হকচাংদা শোকলৈ। কয়াদি শেংলবোই নীংখিবা লাইনিংথৌ ঈশিং চাইবীগী ঈশিংদো। লোইনা শেংলে, লোইনা কাউরে, কনাবুসু শাওনিংবা কল্লকপা লৈতরে। ঈচেল অসিবু উরুরগা পূন্নমক অসে অরেম্বনি খনখি, করিবু কান্নরিবগে তৌরিময়ামসে? চাউরবা বিশ্বকর্ম অমগী মফমদা তৌজশারিবা ময়ামসে ফাগি নত্তনা করি ওইগনি। মীওইবনা শিঙনরিবসিবু কনানো? করিনো ফংনিংলিবনা?

য়েংবগী পেনবা নাইখিদে চৎলমদাইগী মতমদা চেনশিন্দুনা হন্না হন্না শেংলবা ঈরিক্লা মায়দা হকচাংদা চোৎহল্লি, কয়া ঈংখ্রে, কয়া নুঙাইখ্রে। অসুন্না ঐখোয়না খমনাইদ্রবা ঈচেলদগী বিদায় লৌরকই, Goodbye, *External Spray*... Goodbye, *Maid of the Mist*....

তাং ১২ দা ঐখোয়না টোরোন্টোদগী নিউয়োর্ক-তা হল্লক্লগা অহিং অমা লেকপদো নুংঙাইফম খঙখিদে। পৃথিবীগী মমিং চৎলবা সহরগী নোংদোন পকলিবা শঙলেনশিংদো য়েংনিংবা পোকখিদে। নয়াগারা উরুরবা মতুংদগীদি পুন্নমক্তো তাসকী দলান ওইরবোই নীংখি। লোইনা মোৎলবোই নীংখি। করিনো ইচু চুশিন্নদবগুম তৌই। অদুবু মথঙদা চৎকদৌরিবা মফম অসে ইউরোপনি। চাউরবা মহাদেশ অমগী খোঙচৎ বাৎলি। ঐখোয় নিউয়োর্কতগী পাইরবনি, অমুক এটলান্টিক মহাসাগর লাল্লগনি; প্লেন তোংনা তোংনা মচোই মচোই পংখন খনখি। মতাঙ অমদা হিট্‌চকোক্‌কী ফিলম অমা উৎলকই। ঐ য়েংনিংলুদে নীংশিংবদি থোক্তরে মতম অদুদা ঐবু হরাউখিবরা, ব্রাখিবরা। অদুবু পুক্লিংদি

ইলাঙ-লাঙলি। ওকলে, অচৌবা সহর ওকলে খুৎশেমগী জঙ্গল ওকলে। পামলকলে ঐগী উফুল হৌবা অখুবা নৈরকমচাদো, অপিকপা পুন্সিদো। শিংজু চাদুনা, হিক কাইনদুনা, নুংথিল কয়া ৱারেম ঙাঙদুনা লেনবা য়াবা ঐগী খুনাইদো। চোকথখি পোত্থানীংখি। উরুম মচেৎ অমতংবু ফংলবদি অমুক্তং পোত্থারগে। য়ামথ্রবা মীয়ামগী সমুদ্র অসিগী মরক্তা করিগুম্বদা থাংগমদনা ইতোমতা ঙাইখিবনি। অদুবু কনানা খঙনি মফম কয়া থেঙনরুবসু। কনানা খঙনি মফম অদুদসু পুন্সিগী অরূবা ঈচেল কয়ানা ঙাইবিরমবসু।

এটলান্টিক ৱাংমগী খোঙচৎ অদুগী অরোইবা চিঠি, ঐনা নয়াগারাদগী য়ুমদা ইরম্মি। নয়াগারা য়েকপা কার্ড অনীদা। খঙদে ঐগী ইচা অনীদুবু ফংলমগদরা? ❑

## ৱেস্ট জর্মনী West Germany

নিউ য়োর্ক্তা অহিং অমা লেক্লগা ঐখোয়না সেপ্টেম্বরগী তাং তরামরিদা লণ্ডনগী হিথ্রো এয়ারপোর্টতা থুংখি। চৎকদৌরিবা মফম্না ৱেস্ট জর্মনী। অদুবু ভিসা য়াউদবনা ঐখোয় লণ্ডন য়েংবা ফংখিদে মরমদি লণ্ডন্দা ঐখোয়গী প্রোগ্রাম লৈরমদে। অদুনা অনকপদা লৈবা হোটেল অমদা পুং মরি পোত্থাদুনা প্লেনগী মতম ঙাইখি।

কনাডা ফাউবা ঐখোয় নিংথম থা চঙলে হায়বা ইসাদা ফাওখিদবনি। নুংঙাইরবা নুংশা মঙাল, শাৎকায়রবা লৈকোল, উমং, তুরেল, ফজরবা ঈশিংচাইবীনা থম্মোই অসে ইথন থন্দুনা লৈরি। মদুগা হেক থংনবদা লণ্ডনগী অতিয়া ইমম্ মমলম্মি। লণ্ডন ইমক মকশিন্নবোই, ইশুক শুকথবোই নীংখি। নোংনি খঙদে, লৈচিম্নি খঙদে নোং মরিক মরিক খিকপনা ঐখোয়বু নুংঙাইহনখিদে। ঐখোয় য়াম্না নিংথমখি। খোঙচৎ অদো নিংথমথা থেংননবা ঐখোয়গী মতিক চাবা ফিরোল য়াওরমদে, অদুনা মাগী মাগী উপু ফাক্লরকই, করি য়াওরিবগে হংনরকই। খরা হেন্না পুরকপশিংদগী ৱায়নবসু য়াওই। ঐদি মেক্সিকোদগী পুরকপা শামতুগী পোনচো অদুনা খাঙনরে।

ইংলণ্ড! নোংমা লল্লোনবা লাকখিবা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পেনীগা শকখঙনখি, লল্লোন ইতিক্লা মরম ওইদুনা। ঐখোয়না চম্না লৌখি মখোয়বু। লীপুন অমনা পুনখিবনি মখোয় ঐখোয়। লীপুন অদো মপু মনাইগী ওইরবসু, ঙসি তমথীনা তৎনশ্রবসু, তৎনা থানা য়াদ্রবা লীপুন্না ঙসিসু অদুম পুল্লিবোই খল্লি। য়ুরোপ য়ৌরগা লণ্ডন্দা জগোই শাদনা হন্নকখিবদো নুংঙাইখিদে।

মদুগী হেক মথংদা চৎকদৌরিবা মফম জর্মনীসু অদুমঙায়। ইখঙ খঙবোই নীঙলি, অহানবা পৃথিবী লাঞ্জাও, অনিসুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও ঐখোয়না জর্মন লান হায়রগা মখঙনরি। মণিপুরগা অমুক হেন্না নকশিন্নখিবনা অহানবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওদা এলাইড

ফোর্সেস লানবাংবা ওইনা মণিপুরদগী ডবল কমপানী অমা থাখিবগী ৱারী ঐখোয়না তায়, অদুবু মৈতৈ লানমীনা ফ্রন্টতা হেক চঙলমদাইদা নাকপাক অনী সন্ধি তৌনখিবনা মেশোপোটেমিয়াদগী হল্লকখি। কুকি বেগারি ফ্রান্সদা থারুবগী মায়োক্তা হৌখিবা কুকি রিভোল্যুশন অহানবা জর্মন লানগী হাকতক্তনি। অদুগা অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওগী শাথিরবা লান মণিপুরদদুম ওইররে। তমথীবা লানগী চৈনা ফংখি মণিপুর। অদুনা লান অমসুং জর্মনবু পুন্না নীংশিংহল্লি ঐখোয়বু। অঙাং ওইরিঙৈদা ঐখোয়না শুমাং লীলাদা শকপা তাখি, চৎপা তারে জর্মনগী লড়াইদা...। অদুবু অঙকপা লৈবাকনি। হন্না হন্না তুরুরবনি, হন্না হন্না হৌগৎলকখি।

তাং ১৪দা ডু শল র্ডোফ থুংলগা নুমিৎ অদুমক্তদা ঐখোয় বোখম কৌবা মফমদা বসনা চৎলে। লৈবনা 'হোটেল পিটর'। নুমিৎ তরেৎনিগী খোঙচৎ অদুদা ঐখোয়না জগোই শাখিবা মফম্না, বোখম হম্বুলখ, ব্রেমেন, এসেন কোলোন, ফ্রন্ট ফ্রুট, অমদি ম্যুনিখ , অসিনি। বেটোবননা পোক্লম্বা লমদম বোন অদুদদি ঐখোয় চঙলক্তে। অদুগা হন্দক্কী প্রোগ্রাম অসিদি ইণ্ডিয়ান এম্বেসি অমদি ইণ্ডিয়ান এসোসিয়েশনশিংনা চুঙশিন্নরগা শীনবা ওইরম্মী। ডা: গোপালন কৌবা নূপাদো এম্বেসিনা ঐখোয়গা লোয়ননবা থারকপনি। মানা ইশুপ শুপ্লি।

য়ুরোপকী খোঙচৎকী মনুংদা ঐখোয়না খ্বাইদগী ৱাখিবা মফমসে নোংচুপ জর্মনীনা ওইখি। কনাগী জর্মন লাল চঙবদু-মঙায়খ্রে। য়াম্না মথোঙ চাদে শীন-লাঙলিবা মীশিংদো। মী কুননিপাম্না শাবা কলচরেল গ্রুপ অমা করম্না লোয়নগনি, করম্না প্রোগ্রাম শীন্গনি খঙদবনা মখোয়-ঐখোয় উংখৎনবা, নুংঙাইনদবা মতাঙসু য়াওখি। স্মিথসোনিয়াম্না শীনবা প্রোগ্রামগী মখাদা চৎপা হৈনরবা ঐখোয়না ভারতীয় কলাকেন্দ্রম, ভারতীয় শংঘগুম্বগী কাঙবুনা শীনবদো য়াম্না এমাচুরিশ ওইনা থোকখি। ঐখোয় ৱাখি, তশেংনা য়াম্না ৱাখিবনি। অদুবু ঐখোয়গী কলাকারশিংনা লুচিংবীশিংবু নাকোং ৱাই চিলহনখিদে। গুজরাতিশিংদি মখোয়না নিরামিষ চাবা কাঙবুনিনা অমুক হেন্না ৱাখ্রে। মফম অতৈদদি আমিষ, নিরামিষ চাবা মীগী মশীং হান্না লৌরগা শীল্লম্বনিনা চেম্মোক-চেনশিন, ঙাইথোক-ঙাইসিন তৌনদে।

প্রোগ্রামগী মওংনা অমুক কমদৌরি? অরোইবীনি মদুসু। মফম অমদা নোংঙানগনি অয়ুক্তা বসনা শাংনা শাংনা লম্বীদা চৎকনি অমদা চাক চাফম শীল্লমগনি, অদুদগী চুমদ্রিং জগোই শাফমদা পুগনি, নুমিদাংনা অতোপ্পা হোটেল অমদা লেক্কনি। অমুক নোংঙানবা,

বসনা চৎপা, থেঙনা চাক চাবা, জগোই শাবা, ঙহাক তূম্বা অসিনি। নুমিৎ তরেৎনিদো কোলুচিংবা শমুক্কুম উরু-উরু লৈখি, নুংশাসোর হোনবা শংখিদে। অদুবু কলাকারশিংনা ঙন্নবা হোৎনরকই। নোংমতা মশা মশাগী উপু হাংনদ্রে, বস মনুংদা অদুম নুমিৎ তরেৎনীদো লেঙদনা থমলগা সুপ্নগী চঙগদবা পোৎ খরা বেগ মচা অমদা হাপ্লগা শৎ-শৎ ইয়াং য়াংনা চৎপা হৈনবনা উপু থাংদোক থাংজিন তৌবগী থোইনা অরাবা নংখিদ্রে। শেমপু লুবা শম ফাওবা বস মনুংদা কংহনখি। অদুক হৈনা মতম শীজিন্নখি। খাঙমদবা বাখিবা অমনা নুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং ২/৩ তাবা মতমদা চাক চাফম খূদিংগী ভারতীয় ময়াম্না বা ঙাঙদুনা, থাগত্তুনা রিসেপশন তৌরিবনি হায়দনা মতম শাংনা লৌখিবদো। কনাগী চাকচামাঙদা লাইরিক তৌবদু মঙায়খ্রে। মদুদসু লোইদ্রি। কনানা করি চানি, আমিষ চাবা কনানো? ইহে মদুমদি থৌরাং লৈহৌদ্রে ... কমদৌনি, কমদৌনি হায়না চেন্নদুনা ঐখোয়বু টেবল ময়াদা ফমদুনা কুইনা ঙাইহল্লি। গুজারাতি নুপীমচাশিংদি কপলি-কপলি তৌবা ফাওবা য়াওখি। উবানা হায়, ঐখোয় চাক চারমদাইদা মতম মাঙবা পামদে। বুফে-টাইপতা শৎ শৎ চারগা পোথাবা পাম্মি। অদুবু মখোয়না তাদে, থৌ-বা শাদে, বা ঙাঙবগী তাঞ্জা খক্ নাম্থোকহনখিদে। লোয়নরিবশিংদুনা মরোল অমা বা খঙদবনা ... ফন শাথী খোঙচৎতো।

অদুবু জর্মনগী নোংলৈ নুংশিৎমুক কুংথ্রবা প্রোগ্রাম মরক্তা থাবল মঙাল মচেৎ অমতং থেংনখিবসু য়াওখি, তান্নদুনা ফানিংলুই। লাইরিক অমদা থেংনখি, বোম তৌপকী মরক্তা, লানফমগী অতেক অকায় মরক্তা কুরাক নাপু অমা কোইপাই পাইরি, অদুবু কোয়না তান্নে লাম্মীদুনা। নীংশিংবদি থোক্তরে নোংমসু মফম অমদা নোং ঙাল্লকপদা অনকপদা লৈবা চর্চ মচা অমদগী শড়িক মখোল তাখি। কয়া নুংশিখিবা মখোলদো। অয়ুক্তো য়াইফরে খনখিবনি।

বোখমগী 'হোটেল পিটর' অদুমক্তংদি নুংঙাইখি লৈবদা। নুমিৎ নীনীসু লৈ। হোটেল মপুদো নুপীনি মীয়ায় চল্লে। তরাইবা নুপী ওইরমদে। অনীশুবা লাঞ্জাওগী চৈনা ফংলবী নুপী অদুনা ট্রক ড্রাইভর ওইদুনা হিংলকখি। মানা ট্রক থৌদুনা তানজহৌবা শেলনা ঙসি হোটেল মচা অসি লিংদুনা হিংজরি, য়াম্না পীকই হোটেলদো অদুবু য়াম্না নুংঙাইখি ইয়ুমগুম্না। ব্রেকফাস্টকী মতমদা মাগী মপুরোইবগা মখোয় অনী চঙদুনা ঐখোয়বু পীজ পীথক তৌই। ঐখোয়গী অঙাংশিংনা চোংশিন্দুনা মতেং পাংখিবদা য়াম্না থাগৎলকই মরোলদা। মদুগী মতুংদগীদি ঐখোয় পোথাবা কৌবদো ফংখিদ্রে।

অদুবু অঙকপনি। মদু য়ৌনা বারবা খোঙচৎ অদুগী মনুংদা ঐখোয়গী জগোই লোইনা ফজখি হায়নীংই। লৈরমলিবা ষ্টেজশিংদো অচৌ-পিশক য়াওরম্লবসু ঐখোয়গী কলাকারশিংনা ফজনা শাখি হায়বসে খূবাক মখোল তাবদা অদুম খঙলে। থাঙ্গেশেংবা জর্মনগী ভাবোক য়াম্না ফৈ, য়াম্না খঙই। মখোয় কুপ্না য়েংবা কাঙবুনি। করিগুম্বদা তোপ-তোপ্পা মণিপুরী জগোইবু থাগৎপিরকপসু য়াওরকখি। ইন্দো জর্মন ফ্রেন্দশিপকী প্রেসিডেন্টনা ঐখোয়গী লুচিংবীদা ইরকই।

" ... I do feel that it is my obligation to report you again about the enormous success the Manipuri Dances had in Bremen. I received a large number of phone calls from people who wanted to say how intensely they enjoyed the performance...."

"...The troupe was led by Miss Usha Bhagat, member Sangeet Natak Akademi and Social and Cultural Secretary to the Indian Prime Minister. The other leading members were Mrs. Binodini Devi of Jawaharlal Nehru Manipuri Dance Academy, a noted writer in Manipuri language, and Miss Prativa Pandit, a well known choreographer, dancer and interpreter of folk music.... The slow, swooning rhythm, dreamlike movements and feminity of the Manipuri dancers in the Lai Haraoba (Merry-making of the Gods) was quite in contrast with, say, the fast moving Dandia Raas (dance with sticks) of Gujarat. Similarly, in musical stringed instruments, the Pena of Manipur, was quite different from the type of Sarangi used by the Rajasthani folk singers.

The audience saw variety even in the same school. The wild frenzied leaps and electric movements of the Manipuri drummers in the Pung Cholom dance was the masculine counterpart of the slow, undulating movements of the female Manipuri dancers.

Some of the most liked items were Kit-Lam, a Kabui Naga dance; Lai-Haraoba, a ritualistic dance of Manipur; Garba, the famous community ritual of womenfolk of Gujarat; the performances by the professional Rajasthani group singers, with folk musical singers instruments; and Dandia Raas, another well-known Gujarati folk dance

with sticks. Well-arranged, well-conducted and well-performed, the troupe left a very good impression on the people of Federal Germany.

German News
October 15, 1976

এসেন কৌবা মফমদা জগোই য়েংবা লাকখিবী সেডিমরফিট কৌবী অমা থেংনরকই। মানা, মাগী মমান্নবী অমগা লোয়ননা তুং ইন্নরক্কুনা কোলোনদা অমুক হন্না জগোই য়েংলখি। মানা ঐঙোন্দা হন্না হন্না ইরকখি. মণিপুরদা লাক্কে মহাক মণিপুরী জগোইনা শুমহৎলে। অঙকপা নুপী অমসু থেংনরকই ব্রেমেন কৌবা মফমদুদা। বিলহেলেম ফোল্ট পোখামর কৌবা চহী ৮৩ শুরবা অহনদো মতম অমদা বোম্বেদা জর্মনগী কোন্সেন জেনেরেল ওইরম্মি হায়। মহাক ভারতপু মুন্না খঙই। কুম্মে লোইরবা তুংদা মানা ষ্টেজ মচাদুদা রা ঙাঙখিবগী মরক্তা "মণিপুর মণিপুর" পল্লকপদা পিবু তাগে তৌরুরে। লাপ্লবা মীরৈবাক অদুদা মীরমচাগী মচীন্দগী 'মণিপুর' হায়রকপা তারুবদি অমুক হেন্না নুংশিখি, পোক্লফম লমদমবু। অসুন্না অখঙবা ভাবোক্লা কুপ্না য়েংবিরগা ইবিরকপা অদুদি ঐখোয়গী কলাকারশিং শিনি নানি খঙখিদ্রে। হয়েং শাথীরবা রুটিন অমা লৈরী হায়বা নীংশিংবা শংখিদে। মসিনি কলাকার। মখোয়গী নুঙাইবদি শেনজানা লৈবা ফংবা নত্তে, মদুদি লাইরম্লেনগী লন্নি।

অরাবা হায়বসিবু করিনো? রাখি, চোকথখি নীঙবা থুংদবগী। নাতৈ চাদবা মী থেংনবগী অদুবু, থল্লুরবদি তোংজখিবসু য়াওখিদবা নৎতে। খোঙচৎ অদুদা অহানবা ওইনা ঐখোয়না উখি, চিকাগোদা কনানো অমনা হায়খি, আদা উরিবা দলান অসে চহী চামা পুন্সিরবনি। উযানা খিত্তং নোকখি মতম অদুদা ঐ খঙখিদে, মরমদি ঐ য়ুরোপ উদ্রি। অদুনা চহী কয়া পুন্সিরবা য়ুরোপকী মল্লবা কোনুং, চাউরবা কিলা, কেথিদ্রল ময়াম অদু উরুরবা তুংদদি খুন্দাবশিংগী থাইনগী রারীদো চউম্বদা ঙায়রিবা অঙাং ওইরবোই খনখি। লিরবা ম্যুজিয়মদো অয়েকপা লাইগুম ফজরি, হৌখ্রবা মতমগী ইতিহাসনা মচি মচিদা লেপতুনা রারী লীহৌরি।

য়ুরোপ নাকেন-থা চপ চানা চংলে। হায়নৈ, য়ুরোপকী বসন্তদি করি হায়নি, ওল্লোক্লা ফজৈ। ফজরমগনি। অচৌবা উনগী মরক্তা য়েন্নিং থানা চোংখৎলকপা শোয়দনা

ফজরমগনি অদুবু নাকেন থামুক ফজরিগদ্রা ? ঐখোয় লাইবক ফখি, ৱারবসু ৱানা শাংনা বসনা চৎপা ফংবদো লাইবক ফখিবনি অদুগা চৎলিবা লম্বীদো হিটলর কৌবা অঙকপা নুপা অমনা শেম্লম্বা ওটোবান কৌবা পাক্লবা চুমথ্রিং য়াংপা লম্বীদুনি। লম্বীগী নাক-য়েত্তা তোংতক তোংতক তৌবা লমপাক্লা ঈপোম হৌরি। তাম্না শংখ্রিবা ষনজাবুং কয়া, নাপু মচুগী উমং পরেং, কয়ানো ফজখিবা। করিগুম্বদনা নাপী মরক্তা লমগী লৈ মচা মচানা তাম্না তাম্না শাৎহৌই। ঐনা অঙাংশিং হৌদোকই, "হৌগৎলো, হৌগৎলোনে নখোয়বু। য়েংউনে লৈ মচা মচা শাৎলিসে।" ...

অদুবু লম্বীদো মী অমত্তা চত্তে, জীব অমত্তা থেংনদে গাড়ী মচা অমত্তনা খুরৌ চেল্লবসু লৈতে, য়াঙনা য়াঙনা চেল্লি চাউরা চাউরবা বস ট্রক ময়াম। থৈনবা মতাংদা ড্রাইভরনা মখূৎ থাঙ্গৎতুনা গ্রিটিংস্ তৌনৈ। মখোয় লোইনা খঙনমাল্লে। অসুন্না ওটোবান অসে জর্মন শীনবা থুংনা মাইকৈ মরী কারল লাক্তুনা হিটলরনা নুংশিৎমুক য়াঙনা মাগী লাম্মীশিংবু মফম অমদগী মফম অমদা পুনবা শেমলম্বনি হায়। অদুনা ওইবা তাই হায়নবা তাখিবদো; হিটলরদি পাইবা ঙম্মি। অঙকপা নূপানি। কয়া শাথিনা তুখিবা ! কয়া চাউনা নীংখায়খিবা। তমথীনা মায়থীখি, তমথীবা মঙ অমা মংলুবগী। হাকমনবগী চৈরাক ফংখি, হাকমন্না মরৈবাক মজাতিবু হাকন চঙলুবগী। অদুবু চাউরবা শঙ্গাইসেন অমা পাইরম্মি মিৎ থকহল্লম্মি অদুগা মাঙখি। য়েংগদবদি য়াম্না লৈহৌই অদুবু হাইফেৎ শাফেৎ, চেন্না চেন্না উরকপনি লম্বীদা।

মতাং অমদা ঐখোয়না লম্বীদা বস খাম্লগা কোলোন কৌবা মফমদুগী চাউরবা কেথিদ্রল অমা য়েংবা চঙলুই। লাইশঙ অদো চাউখ্রে। ৱাংখ্রে য়েংখৎপদা ঙকতুম তেক্কে তৌই। মসি অনীশুবা লাঞ্জাওদা বোম্না শাথীনা শোকহনখি। নীংখাইখিবা শরুক্তো শেমজীন্দে, হেন্না নীংখাইদনবা শেম্বা নত্তনা। মফম কায়দে অশোকপা মফম উৎলিমালে, নোংমা মফম অসিদা তমথীবা লানফম ওইরম্মি। হৌজিক্তা খল্লকখি, মণিপুরদা লানফম ওইরম্মি হায়বগী খুদমবু করি থমলিবগে আই. এন. এ. নত্তনা ? নোংমা মাইবমলোকপীচিংদো নোংমৈ কাপ্নরম্মি হায়বগী খুদম লৈহৌদে, বোম্না তৌখায়রম্বা কোম অমত্তসু য়োৎলিনা খাজিন্দুনা থমহৌদে। কোনচাক য়োন্দুনা, খুদেং-কোরফু শাদুনা শেন য়াম্নদি তালহৌই। অদুনা অহাঙবদা খুদোনবী থিন্দুনা, ৱারীনদুনা তোক্লগদ্রা নুংসাবু থীহল্লি। মতম অদুদা বস তোংনা তোংনা কয়া কয়ানো থনখিবা। চহী তরাগী মতুংদা লোইনা নীংশিংবা নত্তে, অদুবু অসিমদি তশেংনা নিঙশিংলি মতম অদুদা ঐনা লানগী বিচার তৌখিবা নত্তে, লানগী পোলোই অদুদনি উরকপা, ঐবু ৱাহনখিবা।

হৌজিকসু মিত্তা শঙ শঙ উরি তমথীরবা লানগী পোলোই। করিগী লান? কনাগী লান? বাহংসিমদি হংখিমাগ্নে, হৌজিকসু হংলি করিগী লান তৌখিবনো? নীংশিংলি কুইরবগী মমাঙদা পাখিবা লাইরিক, এরিক, মারিয়া, রির্মাক, কী ওল কয়েৎ ওন দি বেষ্টরন ফ্রন্টকী লমায় অমা। খূৎলাইনা পাম্লবা এলাইড লাম্মীদুনা লৈখোম লৈনাং ইতে তৈনা ট্রেঞ্চ মনুংদা পোখারি। মহাক লোৎলিবনি। কনানো অমসু লোৎলি মানা বা ভাঙলুই, খুমখিদে। অশিবা য়েক্লবা লাম্মী অদুনা মঙোন্দা য়েংলকই। মানা কোয়মা মাদুনা য়েংই অশোকপা লাম্মীনা ও! খোংনা কপখি, 'করিগী লান? কনাগী লান? নঙগা ঐগা করি নুংঙাইনদবা লৈরদুনা হাৎনগনি? নঙগা ঐগা করম্বা মফমদা থেংনগ্রবগে...।' অসুম্না হায়খিমাগ্নে। নিঙশিংই অমুকসু মতম পূন্নমক্কী ওইনা লৈরগদবা রোবার্ট সধি কৌবা কবিনা ইরম্বা অফটর ব্লেনহাইমগী কবিতা অদো। বারীদি অসিনি, অহল ওইরবা কাস্পারনা মশুশিংগা নোংমা নুমিদাংবাই থবক লোইরগা ময়ুমদা পোখারি। মশুনুপা পিটরকিননা হিঙ্গোলদা কৈনো ইঙৌ ঙৌবা মতুম অমা থাংদুনা পুরক্লগা মপুদা হংই "কৈনো পুপু, মসিবু করিনো?" মপুনা হায়ঃ

"It's some poor fellow's skull, "said he,
"Who fell in the great victory,
I find them in the garden
for there's many here about;
And often when I go to plough,
the plough here turns them out."

"For many thousand men," said he,
"Were slain in that great victory;
And everybody praised the Duke
who this great fight did win."

"But what good came of it at last?"
Quoth little Peterkin,
"Why, that I cannot tell," said he,
"But it was a famous victory!"

ঐগী কলাকারশিংনা মতম অদুদা বস মনুংদা নুংঙাইনা তূমলি, ঙশাই কূম্মে লোইশিল্লকপদা খুখিবা খুবাক মখোলগী মঙ মঙলম্বা য়াই। কৈ পোথাসনু। মতম অদুদা ঐখোয়না খায়দগী নুংঙাইনা পোথাবগী মফমদি শাংনা শাংনা থৌরিবা বস মনুংদনি।

## ব্রেস্ট জর্মনী

ম্যুনিখতা ঐখোয়গী নোংচুপ জর্মনগী খোঙচৎ লোইশিল্লে। অহিং অদো জগোই লোইরগা শাথিনা চোকথরবা ঐখোয়বু অহোঙবা ছাত্রনিবাস অমদা থম্বীখি। ঐখোয় য়াম্না পেল্লখিদে। থাওমৈসু মতিক চানা থান্দবা ডোর্মেটরি অদুদা কনানা কদোমদা লৈগ্রবা ঐখোয় মফম মরাং খঙখিদে। কোরিডোর সিংদো ইমম ইমম মম্মি। মচি মচিদা ছাত্র পাখং লৈশাবী ফম্বসু উথি। চুংশিন্নরগা ৰারী শারিমাল্লে। খঙদে মৈখুসু থকলিবরা? ঐখোয়গী নুপীমচাশিংনা কিবনা হৌনদ্রবদি ময়ামগী অপুনবা টোইলেট চঙউ ফাওবা য়াখিদে। অথেঙবদা ঐখোয়গী পাখংশিংনা থিরকই। অহিং অদুমদি নুপীমখৈ উযাগী কাদা পুল্লপ লৈরে। অদুবু তূম্নখিদে। শাউদুনা ফমদুনা নোংঙানবা ঙাইখি। ঐখোয় ঙাইঙমখিদে মফম অদু থাদোকনীংবনা। ❑

# পেরিস Paris

ওক্তোবর তাং মরি। নুংশা থোকপা নুমিৎ অমদা ঐখোয়না পেরিসগী প্লেন তাফম ওর্লি থুংখি। চৎলিবসি পেরিসনি খল্লুবদা পুক্লিংদা মথুম-মরাং হৌখিবনি। খমথেংনা চাওখৎলবা ফ্রান্সগী কোনুং পেরিস, ইতিহাসকী লমাই কয়ানা ঐখোয়বু শক খঙহনখ্রবনি, রোমান্টিক, এলিগন্ট, বোনা পার্টি, ফ্রেঞ্চ রিভোলুসন, এন এভিনিং ইন পেরিস, কয়ানো, ঐখোয়না তাখিবা, ঐখোয়বু খঙহনখিবা। মসিতা নত্তে। গুনি, জ্ঞানি, কলাকার কয়াগী তিনফম পোক্লফম ফ্রান্সগী কোনুং পেরিসতা জগোই শাগনি খল্লুবদা পুক্লিংদা থৌতক্ চায়, নিংদোল-চোংই অদুগা য়াম্নসু হরাওখি। অদুবু নীঙবা কায়খি মদুসু কলচরেল এক্সচেঞ্জগী মখাদা শীনবা প্রোগ্রাম ওইরম্মী, অদুনা ইণ্ডিয়ান এম্বেসিগী মীওই অনীনা ঐখোয়বু ঙাইরম্মী। ফ্রেঞ্চ য়াম্না লোল্লি অনীদো। ফরে মদুসু লাকপগী মরমদি জগোই শাবনি, অদুনা জগোই ফজনা শারগা লোইরে। ঐখোয় হান্নসু তারদুনা শাজেন তৌদুনা লাকপনি। মফম অসিদা ভারতকী অফাওবা কলাকার কয়ানা জগোই ঈশৈ উৎখ্রবনি অদুগী মথক্তা মণিপুরগী মাঙজিন থাবা কলাকার কয়ানসু খোঙ্গুল তারম্লবা মফম ওইবনা পঙতৌ তৌবা য়াবা মফম নত্তে অদুবু শাথিনা নিঙবা কায়খি। অহানবমক্তদা জগোই উৎকদৌরিবা মফমদো মী চহুমমুক্তুং চনবা ওডিটোরিয়মগা কোন্নবা ষ্টেজ মচা অমা ওইদুনা লৈরমলে। মপোৎ মচৈ ইলৈ লৈতে। মতীকচাবা মৈগী থৌরাংসু লৈরমদে। গলিচা অথাবা অমনা ষ্টেজ মচাদো থুংনা থারি। অদুম খঙলে হোলদো, অমনসু অমনসু রায়বা য়াবা হোঙ্ন ফংবা য়াবা শোয়দনা ওইগনি। মদুমক্তি খিত্তং হাকমল্লি। মদুগী মথক্তা ভারতমচানা মরোল অমা ভাব তাদবনে ঐখোয় খোইদৌ য়াম্না শাউগৎখি। ভারতকী জগোই উৎপা তারবদি করি করি চঙই, কুম্মে অমা নুংঙাইহনগে হায়রবদি করি করি থৌরাং তৌগনি হায়বা মখোয় খঙদে। হায়রুরে ফ্রেঞ্চ মরোলতা পঙলোন্দা লোয়্নে অদুদদি ঐখোয়বু চৈরিবোইবু নিঙলুরে। মরোল ইরোল্ খঙনদবা মরক্তা মীনা খঙলোইদবা

লোন লোনবসে মচু তাদেকাসু মহায়নৈ। মতম অদুদা উষানা চোংথোরকই, হায় "অসিগুম্বা ষ্টেজদা ঐখোয় জগোই শারোই। নুমিৎ ছুমনিগী মহুত্তা নোংমতং শারবসু য়াই। লমহাংদা ওইরবসু য়াই। জগোই শাবা য়ারোইদবা মফমদদি শারোই।" মদুদগী মখোয়না চেন্নবসিদি। নুংবু নুংশিরুরে খঙদবগী কাংবুদু উবদা। মতম অদুদা ঐখোয়গী অঙাংশিংনা উষাবু "দুর্গা থোরক্লে" হায়দুনা নুংশিনা লকনখি। নহা অনীদুসু পাখৎমনখিদুনা উষাগা থেংনবা কিদুনা ঐঙোন্দতা তাইনখি। কমদৌশিগে? করি তৌশিগে? কোন্নথংদা উচিন নাচিন্না লিনোনিয়ম্ পুরক্লগা ইমপ্রোভাইস্ তৌবা ষ্টেজদা ঐখোয় য়াওনা শেমজীন শাজিল্লগা জগোই উৎলি। কৈদৌনি, ঐনা ফাওবা মৈ শেন্নরেদনা। ফরেনে মদুসু, পব্লিসিটিতদি তৌরম্মুদা। UNESCO দা য়াওবা ভারতমচাশিং ফাওবা পাউ ফংদে হায়দুনা পাউহোল্লকখিবনি। কনানবু ভাবোক য়াউদনা জগোই শাহনবদুমদি য়াম্না উশিত্তবা মানদ্রা। অদুবু নুমিৎ অদুদা কলাকারশিংনা শীঙনবা অমা য়াউনা জগোই শাখিবনরা খঙদে, মথংগী নুমিৎত্তদি ওডিটোরিয়ম ভাবোক চনখিদে। লেপ্তুনা য়েংবো য়াওবা, কৃক-কৃক ইন্নদুনা য়েংবিবা অদুদদি ঐখোয় অদুম পেল্লে। অদুদগীদি নহা অনীদো ভাব থংতা তাখি, ইতে তেশ্রে।

হোটেলদা হল্লক্লগা ঐখোয়না খুদোংচাগনি হায়জবদগী মাগী মাগী কাদা ডিন্নর পেকেট থম্বীরম্মী। ঐদি ফি হোংবতা মঙায়রি, কনানো অমনা টেলিফোন তৌরকই। ইবেয়াইমনি। মানা কপলি কপলি তৌদুনা হায়, "করি চাদৌরিনো? কৈসু অমতসু য়াওদনা..." অওইবনি চয়োমদো য়ামখিদ্রে। ঐনা অতৈ কলাকারশিংদা ফোন তৌদুনা কোইহং হংই। "য়ারনি য়ারনি" হায়রকই চাবদা ইকায়নবা ঐখোয়গী কলাকারশিংনা। হায়দোকপবুদি ফজদ্রবা পেরিসতা ঐখোয়গী অঙাংশিং চরাম চদৎননা জগোই শাখিবনি। ব্রেডনি হায়দুনা অয়ুক্তা পীবদো চে-মুক পায়, মাখনদো থাঙনা খেৎ-খেৎপদা ফাওবা মমি তাদে। খঙদে কনানা শীনবনো, য়াম্না লীক্লা পীজৈ। মতম অদুদা ব্রাশিংটন্দা লৌনিংবা মখৈ লৌবা য়াবা ফ্রুট্ সলাদ অচৌবা খাবৈনা পেক্লগা নিগ্রো চাকথোংবীনা হাপ্লকপা য়েনশাং নিঙশিংলকখি। ব্রাশিংটন্দদি ভারতকী পুজারী ফাওবা কৌরগা থোংহল্লি হায়। অদুনা শঙ্গোম ক্ষিরকাসু য়াম্না চানৈ। মথেল য়ামখ্রে।

মদুদগী হেন্না শাথীবা থৌদোক অমসু ঐখোয় থেংনখি। মদুমদি হৌজিকসু নিঙশিংলগা শাউনীংলি; ইসু-ইকায় অপঙবা তাখিবগী। প্রোফেসার মুখর্জি কৌবা অমনা উষাদা হায়রে মদুদি রেডিও ফ্রান্সনা ঐখোয়গী ঈশৈ পুংখায় অমগী লৌবা পাম্মী।

মদু জগোইদ্ শাবা হৌবগী অয়ুক্তনি। উষানা লেপথি মণিপুরগী লৌশনু অদুনা ঐনা তৌম্বীনৌ, মঙ্গি, ওজা কুলা অমদি পুঙ যৈবদু ষ্টুডিওদা থিন্নন্নগা অদুম হল্লক্লে ষ্টেজলোমদা ঐগী দরকার য়াম্না লৈবা মরমনা। ঈশে লৌবা লোইরগা ওজা কুলানা তম্লে। তোম্বীনৌগী রাসকী ঈশে মিনিট ২০ অদুগা মঙ্গিগী পেনা মিনিট ১০ লৌহৌরে য়াম্না ফজখি অদুবু কোন্ট্রেক্ ইন্নরমদে, পীফম থোকপা শেনসু পীরক্তে। উষানা মদুগী য়াম্না ঙাংনৈ, য়েঙ্নৈ, অদুবু চনৈনদুনা, থৈদুনা থম্বনা ঐখোয় পেরিস থাদোকপগী মতম য়ৌশিল্লক্নুনা শেনফম অদুমদি অদুম হাংহৌরে। অঙকপনি, রেডিও ফ্রান্সনা লেন্না ঈশে শকহল্লমগনি হায়বদুসু থাজদে, তৌবদি টি: ভি: গীনি হায়বগুমসু তৌই ঐদি কয়া মুন্না খঙলুদে, অদুবু পারা অমদি অহানবা ওইনা তল্লকখি। কলাকারশিংবু অসুন্না শীজিন্নবসে মফম খুদিংমক্তা তৌমাল্লে, অদুনা চেকশিনবা যৈ।

নোংমদি ঐখোয় পেরিস য়েংবা চৎলি। পেরিস পোৎ য়াম্না তাঙবা মরমনা ঐখোয় কয়া লৈনদে। য়েংবসু কয়া ইফং ফংলক্তে। ম্যুজে ডু লুব্র দো য়াম্না য়েংনিংবনি। ঐগী মরুপ অমনা হায় ভিনসেন্ট ভেন গোগী ফাউরবা সনফ্লাবার্জ পেরিসতা লৈহৌই। অদুবু ভিকটর হ্যুগোনা অমর ওইহল্লবা নোত্র ডেম কেথিড্রল অদুমদি ইখঙ খঙবোই নীংই দ হঞ্চবেক অফ নোত্র ডেম কৌবা সিনেমাদা হাকথেংননা উরিবোই নীংখি।

ঐখোয় অদুম হল্লক্লে ইয়াং য়াংনা। পেরিসকী ট্রফিক অদুমতংদি অতৈ মফমগা মান্নদে, য়াম্না মথোঙ্ চাদে, পঙথৌতা থৌজিম্লে, ড্রাইভরনা চোংথরগা খৎনবসু থেংনৈ। পেরিস ঐখোয় উরক্তে হায়বা তাই। উরকপা মদুনদি লম অমগী মশক ওইবা হৌনদে। নুংঙাইতবা খরা থেংনবদুনা ফ্রান্সনি হায়বদি য়াদে। ❑

# চেকোস্লোভাকিয়া Czechoslovakia

তাং ২৩/৯/৭৬ ইংদা প্লেন মতেক অমা তোংলগা ঐখোয় প্রাহা থুংলে। ভারতকী রাজদুত শ্রীসুরেন্দ্রসিংহ আলিরাজপুর, মেডাম ডুরালিভা অমদি ডিপার্টমেন্ট ওব কলচরগী মীওইশিংনা ঐখোয়বু ওকপিরম্মী। অদুগী অফবা হোটেলদা নুংঙাইনা থম্বীখি। অদুম খঙলে নে-না তানা শীনবা থৌশিল অমগী মখাদা চৎথদৌরি। অদুগী মথক্তা ঐখোয়বু লোয়ননবা থাবীরক্লিবা পিটর কার্লিক ৱার্লড রিভ্যু লিটরেচরগী ইডিটর মশামকনি, কার্তিক কুমার কৌবা পাখং এম্বেসিনা থাবিরকপা অদু ঐখোয় য়াম্না নুংঙাইখি, মরোল ফাউনদবগী অৱাবা করিসু লৈখিদে।

প্রাহা অরিবা সহরনি, য়াম্না ফজে। ভলটাভা তুরেলগী মথক্তা শারিবা অশাংবা থোং অদুগী নাকয়েত্তা লাইশিংগী অশাবা মুর্ত্তিশিংনা য়ুম্বী পরেং ওইনা লেংলি। নুংগী মুর্ত্তিশিংদো অমমমতা ওইনা য়েংবদা ফনা কুইনা চঙখি। মসিতা নত্তে, মফম অমদসু খুৎশেমগী ঈচেল মচা অমগী মনাক্তা মখোঙ্ থাদদুনা ফমলিবী নুপীগী মুর্ত্তিদো ফজরবা কলাগী খুৎশেমনি। মুর্ত্তি অদো ভলটাভা তুরেলগী মমিং লৌদুনা ভলটাভা কৌই হায়। অসুম চৎথোকপদা নোংমসু পার্ক মচা অমদা অশাবা মুর্ত্তি অমনা ঐবু শুমহৎখি। অপীকপা অঙাং অমনা কাংঙা অমা ফাগে তান্নবগী মুর্ত্তিনি। কেমেরা য়াউদনা চৎপগী নিংঙমখিদে। ঐখোয়বু য়াম্না য়েংহল্লি অহাঙবা মতমদা, অদুগা লোয়নরিবা মীশিংনেগা মতিক চাবনিনা ঐখোয়বু ফজনা খঙহল্লি। উখিবা ময়ামদুগী মরক্তা ঐনা কাউঙমখিদবা অমনা চাউরবা থায়নগী কোনুং অমনবদো। নুঙগী দলাল পরেংগী ময়ায়দা কোনুং অদু লৈ। হেক থংননা লৈরিবা য়ুমশাং মচা অদুনা মীনাইশিংগী লৈফমনি হায়। কাশিংদো য়াম্না পীকই, খুনু মকোনদু মঙাই। মরেপ ৱাংব মীশিংদি নোঙ্গুরগা চঙবা তাই, অদুক নেম্মী থোঙদো। অদুম লাকশিনবা ঙমখি মতম অদুগী মীনাইশিং করমনা লৈরমগনি হায়বা। কাখুশিংদো হৌজিক্তি দুকান মচা মচা ওঙ্গোকলে। টুরিষ্টশিংগী লৈননবা পোৎ মচা মশু, সুভনিরনচিংবা

য়োনফম ওইরে। চেকোস্লোভাকিয়া লিক্লিগী পোৎ শাবদা মমিংসু লৈবা লৈবাকনি। য়োল্লিবা পোৎশিংদো অপাম্বগী অপাম্বমক্তা। ঐখোয়না পোৎ খরা লৈ। ঐনা লিক অনিথক লৈরকই।

ঐখোয়গী গাইডনা হায়, অসিগুম্বা মীনাইশিংগী লৈফম কা অমদা কুনশুবা শতাব্দীগী হৌরকপা অদুৱাইদা হিংলম্বা কাফ্কা কৌবা জ্যু চেক লাইরিক ইবা অমনা লৈরগা লাইরিক ইরম্মি। লাইরিক ইবসে মীনা কয়াদি খঙবীখিদবা, জর্মন লোন্দা ইরম্বা তোপ-তোপনা মশক নাইবা অইবনি হায়। মা ৱানা শিখি, নংনা শিখি। মানা, করিগী মফমসিবু লাইরিক ইফম ওইনা থনখিবনো খঙনীংবা পোকখি। হেন্না খঙনীংলুই। অদুগা অসিগুম্বা মীওইশিংগী লৈফমসে গোল্ডন লেন হায়নসু কৌই হায়। খঙদে কনানা করেম্নদুনা থোল্লম্বনো। অদুবু মফম অসে কলাকারশিংগী অশৈবশিংগী স্বর্গ ওইরম্বসু য়াই। ঐদি হাইফেৎ মিহৌবা পোকখি।

নোংচুপ জর্মনদগী নাকেন-থা হৌগ্রবনি। চেকোস্লোভাকিয়াদসু মেরা-থা চঙলমলে। উমং নাপু মচু শঙলমলে। মেপল উপালগী মখোঙ্দা অকেনবা উনানা ইচাই-চাইরি, অদুবু কনা অঙাওবা পাখং মচাশিংনা টুপী শারগা মকোক্তা উপ্লগা সড়োক্তা হরাওনা লাঙদুনা চৎপসু উরকই। ঐখোয়না তোংবা বসকী নুংসেলদা অকঙবা নাপু মচুগী মেপল মনা ড্রাইভরদুনা নপশিল্লি। ফনবু য়েংবা নুংঙাইরুরে। ঐদি করিগুম্বদা, কনাগুম্বা অমা লোয়নরগা খোঙনা লম য়েংবা চৎপসু য়াওই। খঙদে করিনো প্রাহা কৌবা লমদমদো ঐনা য়াম্না খোইদাজখি - হায়দোক্তবা ৱারী কয়া ফুমলিবোই নীংলুই। অরিবা খুভমনা থল্লবা মফমদো অনৌবা মতম্না চেকশিন্ন নুংশিনা ঙাক্কুনা থমলি। খুনাঙ চারবসু, মল্লবসু মফম কায়দে। হৌজিক্তা নুংঙাইরক্তে ঐখোয়গী চিংঙা কৌবা চীংদি কৈথেল শানি হায়দনা তেমথোকখ্রেকো! ইস পাম্মুইদা। চিংঙাগী মথক্তা দুকান প্লোট। হোংমল্লিদনা...।

সহর অসিগী হেক্ ময়ায়মক্তদা জ্যু শিংনা মতম অমদা লৈরম্বা লৈকায় মচা অমসু অদুম লেঙদনা লৈহৌই। উবদা পুক্লীং থুক্ লাউখি। মল্লবা ফক্লাংদা থেৎলিবা ৱাল ক্লোকসে কুইরমাক্লে। লেপখিবা। তোংতক তৌবা লমপাক মচাদো জ্যু শিংগী মোংফমনি হায়। জ্যু শিংগী অসিবা মশা মফম অসিদতা ফুমগদবনি হায়। লৈকায়দুনা জ্যু শিংগী ৱারী অমদি লীহৌরি। খঙদে কাফ্কা দুবু লৈকায়দুগী অঙাংলা? চেকোস্লোভাকিয়াদা প্রাহা য়াওনা মফম মরিদা ঐখোয়না জগোই উৎলম্মি। অহানবা ওইনা ঐখোয়না প্রাহাতা

উৎলম্বদা জগোইদো ঐখোয় নীংবা থুংখি। নাখোদ কৌবা মফমদদি টাউন হোলদা লমদম অদুগী মেয়োর য়াউনা ঐখোয়বু উন্নবগী সভা অমা শীনবিরম্মী। নুমিৎ অদুদা ঐখোয়না ফোক্কি ওইবা অনৌবা আইটেম অমা হাপলে। মণিপুর থাদোক্লমদাইদা ওজা নয়নী দেবীনা তোম্বীনৌদা তম্বীরকপা ঈশৈদো পুথোকখি। হন্দক্তি গ্রূপ ওইনা, নুপীমচা মরীসু থোকহল্লি। সমরেন্দ্রনা ধুলক য়ৈ, তোম্বীনৌনা ঈশৈ হল্লি, ওজা কুলানা বাঁশী ...।

*তোম্বীনৌ* : *অয়ুক্কী য়েন্দা অঙনবা,*
*শিন্নাই তরেং মাঙদা থা*
*শিন্নৌ মোইথাপ ওয়না পায়*
*শিনশুশিকো।*

*ময়াম* : *হোই হোই।*

*তোম্বীনৌ* : *থৌনাফবী খোয়নৌ খোই*
*শিন্নাই মোইথাপ ওয়দা পায়*
*শিনশুশিকো।*

*ময়াম* : *হোই হোই হোই*
*...।*

ঐনা নাচোম শেম্মী লৈশাবীশিংগী। কনাডাদা 'লৈ' ফংদবগী অৱাবদো য়ুরোপ্তদি লৈরমদে। কূম্মৈ লোইশল্লকপা খূদিংগী লৈ চরোং চরোং পীরকপদো উষানা হুয়েংগীদমক মণিপুরী লৈশাবীশিংগী খাক্তুনা থম্বী। উষানবু লাই য়াউখ্রে, লৈশাবীশিংগী চিন্নবা লৈ ৱাৎকনি মানবু হেন্না পাখৎখ্রে। কয়াদি ফজখিবা ঐগী লৈশাবীশিংনা - লৈ নাচোমদু মঙায়খ্রে। ঐনা চেল্লগা মৈ শাল্লফমদা য়েংজৈ। শিন্নাইফম কাবগী ঈশৈদুনা প্রোগ্রাম অদো কয়া চিংখৎখিবা। গুজরাতি লৈশাবীশিংনা মরোল অমা কয়া ফজনা শাখ্রে নুমিৎতো।

প্রোগ্রাম য়াম্না নুংঙাইখি। মপূঙ ফাখি। মতাং অসিদা ঐখোয়গী অঙাংশিংনা হৌদোক্লকই, "ইমাসি নমস্তে তোক্লসি ঐখোয়দি খুরুম্নসি ...।" ভাবপু তৌরুদে। অসুম্না আইটেম লোইশিল্লকপদা ঐখোয়না খুরুমলে লৈখা তানা, খুরু খুদক কুন্না। কয়াদি পকচখিবা। অসিগুম্বা মচা মগুসিনা কলাবু য়াম্না চিংখৎলি হায়বসে নৌহৌনা খঙখিবনি। অদুদগীদি স্লোভাক কী মফম মফমদা চৎপা হৌরে। মদুসু বসনা চৎপনি, শাংনা শাংনা।

লম্বীদা অঙ্গুর হৈকোলনা পরেং-পরেং লৈহৌই। কনাসু হেকপীদমাক্লে অঙ্গুর চরোং চরোং পালহৌই। হায় লমদমসে অফবা বাইনগী মমিং চৎলি। অদুনা অঙ্গুর থারিবনি।

চেক অমদি স্লোভাকিয়া তোঙানবা ওটোনোমস স্টেট অমমমনি অদুনা হৌজিক্তি ঐখোয়বু অতোপ্পা কাওবু অমনা পুবা হৌরে। পিটর কার্লিক, কার্টিক কুমার লৈহৌরে। মখোয়গী মহুত্তা হন্দক্তি নুপী মরি থাজিল্লকই। মখোয়শিংদো কয়া মুন্না খঙবা মীওই নৎলমদে অদুনা লোন ফাউনদবগী অৱাবা খরদি থোকখি।

ঐখোয়না স্লোভাকিয়াদা ব্রতিস্লভা য়াউনা মফম মরিদা জগোই উৎলম্মি। স্লোভাকিয়া খরা নংবা ষ্টেট ওইরমাল্লে, ঐখোয়না লৈখিবা হোটেল লোইনমক থোইনা নুংঙাইবা অমত্তা য়াওখিদে অদুবু পোথাবদি ফংই, চৎনা জগোই শাবমক্তি নত্তে। ভারতকী মী কয়া তাদবা লম ওইরমালে ঐখোয়বু য়াম্না য়েংই। বস ময়াদা কোয়শিল্লে অঙাংশিং শঙ্গু-শঙ্গু। ঐখোয়গী পাখংশিংনা "চাগে-চাগে" হায়দুনা লক্নৈ, বা কায়দুনা চেনখি অমুক হেক্তা য়েংলৈ, কয়া নুংশিগ্রে অঙাংশিংদো। নোংমসু হনুবী অমনা কনানো অমদা লৈ পীবিরম্মী। খ্বায়দগী নুংঙইবা থৌদোক অমসু থোকখি। হোটেল অমদা ঐখোয়না লঙ্ঘ চারিঙে মতমদনি। পাখং অনীথক্লা ঐখোয়গী টেবলদা চঙলক্লগা য়াম্না হংই, "নখোয় কনানো, করি লমদগীনো" হংলিমালে। অনীদো ইংলিসসু খঙদে। ঐখোয়না ইণ্ডিয়ান্নি ফনা হায় মখোয়না খঙবীবা কৌবা লৈতে। কোম্নথংদা অমনা লাউরকই, "ইণ্ডিয়ান! ইণ্ডিরা গান্ধী! কাম সুত্র!"

স্লোভাকিয়াদসু ঐখোয়না মফম মরীদা জগোই উৎপনি। নোংচুপ জর্মনীদা ৱামনখিবনে, কুইশিনলকপনে ঐখোয়গী অঙাংশিং মরূ ওইনা গুজরাতী নুপী মচাশিং মশা খরা শোকচিন্না উখি। অদুবু ঐখোয়গী অঙাংশিংদি ৱাবা লৈতে। ঙা অতাউবা চানি, লফোই ফংদবা মফমদুদা লফোই উরবদা বসতগী চোংথদুনা লৈনি।

নোংমগী থৌদোক্। মফম অদুবু কদায়দনো চপ্ চাবা নীংশিংদরে। জগোই লোইরগা বসনা হোটেলদা হল্লকপা মতমনি। ঐনা উই, দেবী কৌবী গুজারাতী নুপীমচাদো মশা ওল্লক্তদুনা ময়াম কোয়শিল্লি। ঙশাই জগোই লোইশিল্লকপদা ওল্লক্তবনি হায়। উষানবু শাউই, ঙশাইনা তাকপা য়াদ্রা। অদুবু ওহোকপা হায়বদুনি, ঐবু থাজশিরা? নুপী মচাদো ওজ্জা মজ্জি পেনাখোংবনা লৱাইদা কামথরি।

"হয়, ধু ধু ধু ..., অদুদগী খোয়দৌ ফাথবী ঐনা হংই, "কমদৌরে মঙ্গি?" 'থরখিৎ পোথাবগুম তৌই অজ্ঞা' খুম্মি মাইকনা। ঐখোয়গী অভাংশিংনা মচীন খুমদুনা নোকপসিদি করি হায়নি। হোটেল য়ৌরে, ঐখোয় পোথানরে। অথেঙ্‌বা অহিংদা কনানো অমনা ঐগী খোঙথিরে। প্রতিভানি। মানা হায় "দিদি, মঙ্গি অমুক্তা থাবিরকউ। দেবীদো অমুক অনাবা হৌরে...। অসুম্না মঙ্গিনা পেনা খোংবতা নত্তনা মাইবসু শারি হায়বা ঐদি কনানা খঙনি। ঐনা মখল্লিনে, চৎলু চৎলুবা মফমদা মঙ্গিনা অসুক তোয়না লনাই ওইনা প্রজেন্ট ফংলিবসি করিগীনো?

মথংদনা থম্মোয় শোকপা বারী। মদুসু বস মনুংদনি। ঐনা নোংমা উবাদা হংই, ওসাই নওগা বারী শান্নবা নুপীদো কনানো? করি হায়রিবনো? বারীদি অসিনি... নহা ওইরিবী স্লোভাকিয়া নিংঙোলদো অরাপ্পা খুলদগী লাকপনি হায়। মানা তাখি, ইণ্ডিয়াদগী জগোই কাওবু অমা লাকদৌরি, অদুনা থীন্দনা চেল্লকপনি। টিকেট কক্কুনা অহিং লেক্কুনা জগোই য়েংবা লাকখিবা ওইরমালে। তেল্লবা মতম অদুদা উবাদা মানা লীজখি। মাগী নুংশি লমদম লমনুংশি ইণ্ডিয়া! ইণ্ডিয়াগী জগোই য়েংজরগা থম্মোয় মরাঙ হৌখি। ইনিওয়াদা লৈরবোই নিংজখি। করিগুম্বা মতম অমদা মাগা ইণ্ডিয়া পাখং অমগা পেনফ্রেন্ড শান্নজবনি। চিঠি কয়ানো ইনখিবা, ফোটো কয়ানো থানখিবা। খঙহৌদে নুংশিনখি অনীদো। হকচিন্না নুংশিনখি, থম্মোয় থম্মোয় শিন্নখি। অঙৌবা চেবাং থক্তা অমুবা ময়েক্কা পঞ্জাবী পাখংনা ইরকখি, "নুংশিবী, ঐ বেষ্ট জর্মনদা লাকদবা লৈ। চহীমুক লৈগনি। শোয়দনা ননাক্ য়ৌরকনি। অসুক নক্কা লাক্লগবু নশক্ উদনা ঐনা হনখিগদরা?" অদুগীদি। হরাউবনা থুমহৎলবী নিংঙোন্না ঙাইখি মিকুপ মশীং থীদুনা, নুমিৎ মশীং পাদুনা। মচুগী মঙ কয়ানো মঙখিবা। অদুবু লাকখিদে। জর্মনীদা। জর্মনিদা লাক্তি লাক্লম্মি, চিঠিসু ইরম্মী, মনাক্তি য়ৌরকখিদে। অদুবু চিঠিগী মশিং হন্থরকই, অদুগা নোংমদি খংলেপ লেপখি ঈচেল, মাবু থিবা ফংখিদে। মাবু চৎপ্রবরা? নত্রগা কনাগুম্বী..., ওসি নুংশি লমদমগী জগোই য়েংবা মানা বানা লাকচখিবনি। বারী অসি তারগা উবানা য়াম্না নুংঙাইখিদে। শকহেনবা লৌনম চাউবা খোইমুগী ঠিকানা উবানা লৌরকখি। বিপ্রলবধা নায়িকা অদুগী মমিং ইশিল্লি হন্না হন্না বারবা থম্মোয়বু থেমজিল্লম্মী ভারত হেক য়ৌরগা পাখংদা চিঠি ইগে, মাগা উনরকই তমগে। খঙদে উবাদুবু চিঠি ইরমগদ্রা? পাখংদুবু অমুক হল্লকলমগদরা? ঐ থাজদে। কনানা খঙবা মতম অদুদা স্কুটরনা মচা স্কুলদা থিনবা চৎলম্বসু।

তশেংনা লমদম অদুদগী ঐখোয়না করিসু পুরক্তনা ইহাক্ হাঙনা হল্লকখিবদি নত্তে। মতম অদুদা ঐগীদি তৌনিংঙাইসু খোইনা লৈতে। হৌজিক্তি ঐখোয়গী কলাকারশিং লোইনা মতিক চারে, লৌশিনবা হৈরে। অদুনা ঐখোয় য়াম্না তমশিনবা লৌশিনবগী মতমসু ফংখি। ফংজরকখিবা ময়ামগী মনুংদা ফোক্ কলচরগী মমল করিনো হায়বা অসিমদি নৌহৌনা খঙলকখি। লিরবা ফোক্ কলচরগী লৈহাওদা হিংজরিবা ঐখোয়নি হায়না চাউথোকচবা পোকখি। কয়াদা ইনাক খুনথ্রবা ভারতনো, কয়াদা মরাং কায়থ্রবা, ঐগী পিক্রবা লৈবাক মণিপুরগী খুনুংগী ওইবা ইনাৎ।

ঐখোয়না থবায় য়াওবদু খঙবীদুনা কলচরেল মিনিষ্ট্রিনা য়েংবা য়াবা কয়া কয়াসু য়েংহন্নবা থৌরাং তৌবিরম্মী। ঐখোয়না হেক থুংবগা ঐখোয়গী এম্বেসেডরনা ঐখোয় থরা পুরগা ডিপুটি মিনিষ্ট্রি ওফ্ কলচরগা উনহম্বা মতমদা বারী কয়া শাথিবগী মনুংদা ঐখোয়বু থরা খঙহনবিয়ু হায়জরম্বদুনা ওইবা তায়। ঐখোয়বু মুক কৌবা মমিং লৈরবা জগোইগী কাঙবু অমগী সংস্থান য়েংহনবি। মুক ভারত্তা লাকখ্রে। ঐ উহৌই, মখোয়গী জগোই ঈশৈ দিল্লিগী কমানী হোলদা। তরামরী শুবা শতাব্দীদা শাথিবা লিরবা কোনুং অমসু য়েংহল্লি। মদো মারিয়া তেরেসা কৌবী ওস্ট্রিয়াগী মহারাণীনা শারম্বনি হায়। ঐনা কয়া হরাউখিবা। মতীকলৈবী লৈপাকলৈমা অসিগী মরমদা ইতিহাসতা পাখ্রে। অদুবু থোঙ থিংবা মতম ওইদুনা মনুংঙচঙবদি ফংলক্তে। অরোইবা ওইনা কলচরেল মিনিষ্ট্রিনা ঐখোয়না প্রাহ হল্লকপগী লম্বীদা চাউরবা ফোক্কি সংস্থান অমা য়েংনবা শিনবীরম্মি। লিদোভে হোদেবনি নেসট্রোজেন কৌবা সংস্থানদো থাইনগী দলান অমদা ওইরম্মি। ফনা শাংনা চঙই। লম্বীগী নাক-য়েত্তা লাইওইরবা উ পাম্বী কয়ানা লেংথ্রি, লৈ শাৎপা উপাল কয়া, পাক্রবা লমপাক ফাওদুনা চঙলগা কোনুং অদু লৈরম্মী। অদুগা সংস্থান অদো তমফম নৈনফম শঙ ওইবতা নত্তনা ফোকলোরগী রিসার্চ সেন্টর অমসু ওইরি। কলাকার কয়া, পণ্ডিত কয়ানা তিল্লরি। মখোয় কনাসু প্রোফেশনেল নত্তে। মাগী মাগী শিনফম অমমম পাল্লিবা লৌমী, শিনমী ফাওবা য়াওরি। অদুনা সংস্থান অসিবু মখোয়না নোম দি গ্যের লেমেঞ্চ আরকাইবজ হায়নসু শিঙথানৈ। মখোয়না হায়,

"... It is not enough to study the folk arts from a specialist's view point; even more important is the help given by the wide-spread creative folk movement which is one of the traditions of Czechoslovakia's national culture...."

মিৎ খঙপাঙ পাঙখি - চুম্মীনহে ঐখোয়গীসু চাউরবা ট্রেডিশন লৈকো? মতম অদুদা ঐনা মঙ্ কয়া মঙদুনা আশা কয়া তৌদুনা হল্লকখিবনি। খুনুংগী ওইবা অচৌবা সংস্থান অমা তোঙাল্লা থম্বীয়ু হায়রুগে, খঙহনগে মণিপুরী চীং তমগী ইনাক খুল্লবা ফোক ট্রেদিশন করিনো। অদুবু ঐনা ভাব তারকপদা, করিনো খল্লা তৌগে থল্লকপদা খংপ্রেক খংখি। গুরু অমুবীগী মতমদগী লিংলম্বা ডান্স একাদমিগী ফোক ডিপার্টমেন্ট ঐনা থা অহুম চৎখ্রিঙেদা মুথৎলমলে। নত্তে লাইহরাওবগা পুনশিনবনি হায়, অদুবু ঐনা খাম্বা নংহৌদে।

লিদোভে হোদেবনি নেসট্রোজেনগী ডাইরেক্টরনা ঐখোয়বু চাউরবা কা অমদা অচা অথক কয়া থোঙ্গৎতুনা অফবা ৱাইন্ না টোস্ট তৌদুনা ওকপীরম্মী। অদুগুম্বা লিরবা দলাল অদুগী মনুংদা তৌরমলিবা মতৌ অদুদি অঙকপনি, আবু হসনগী লৈবাক ওইরবোই খনখি। নুপী মচা মরীথক্লা মখোয়গী জগোই শাদুনা ঐখোয়বু নুংঙাইহনখি। ঈশৈ কয়া শকখি, যন্ত্র কয়া খোংখি। ঐখোয়গী ওজা কুলাদি ভাইওলিন অমা পায়রগা মখোয়গী মরক্তা যন্ত্র খোংবা অদুম য়াওখ্রে। ঐখোয়সু ঈশৈ কয়া শক্লম্মী, থাবল চোংলম্মী। লোইশিল্লকপদা মখোয় ঐখোয় পুন্না শামিন্নদুনা লাঙমিন্নবদো উষা, প্রতিভা, ঐসু লোইনা য়াওই। অঙাংশিংনা ঐখোয়বু লকনৈ অদুবু ঐখোয় থৌশাদে। কাউথোকখিবনি ঐখোয় লুচিংবীনি হায়বা। মতম অদুদা ঐখোয় খুনুংগী চমলবা নুপীনি।

চহি খুদিংগী মফম অসিদা জুন থাদা চাউরবা ফেস্টিভেল অমা পাঙথোকপদুদা বার্ত্তন তৌরক্কে, লাকউ য়াম্না হায়রকই। অসুম্না জগোই ঈশৈ মরক্তা ঙাওদুনা, নুংঙাইদুনা ইশা ইশাবু খুনুংগী চল্লবা মীওইগুম খঞ্জদুনা চেকোস্লোভাকিয়াগী খোঙচৎ অদু লোইশিনখি।


# নোংপোক জর্মনী East Germany

ঐখোয়গী ইয়ুরোপকী ইস্টজর্মনীগী খোঙচৎ লোইরবনি। ওক্টোবরগী তাং নিপালগী অয়ুক্তা বর্লিনদা থুংলে। শাথীনা ইংলমলে। অইংবা নুংশিৎতো উন মহী চেল্লবোই নীংখি।

হন্দকসু কলচরেল একচেঞ্জগী মখাদনি চৎলিবসি, অদুগা বর্লিন ফেষ্টিভেলসু য়াওবা ফংখি। বর্লিন হেক থুংবগা অদুম খঙলে লৈবাক অসে অচৌবা উৎসব অমা চৎথরি। ফেষ্টিভেলদি তাং মঙাদগী হৌথ্রবনি অদুনা য়েংখি য়েংখিবদা থাঙ্গোল নুংথং য়েকপা ফিরাল অঙাংবনা পুমঙাং ঙাংলি। শোরোক্তা চৎলিবা মীয়ামগী মখুত্তা ফিরাল অঙাংবা পায়রি। অদুবু হাই হাইদুনা চৎপসু য়াওরি। কার্ল মাক্স কী চাউরবা মূর্তিদো অচৎ-অথোক খুদিংগী ঐখোয়না তত্তনা উখি। মূর্তিদো কনানা শাবনো খঙদে, য়াম্না মপাঙ্গল লৈবা, লেমজবা মূর্তিনি।

নোংপোক জর্মনগী খোঙচৎকা নোংচুপ জর্মনগী খোঙচৎকা য়াম্না খেন্নে। ঐখোয়বু থম্মীরিবা হোতেল বর্লিন স্টেট কী খ্বাইদগী নুংঙাইবা হোটেলনি হায়। ওইরমগনি। অদুবু চাক চাফমদি অতোপ্পা অমদা চৎল-চৎলগা চাবা অদুমদি ঐখোয়দা খরা ৱাই চিন্না থোকখি। অদুমকপু চাবা ফজনা শীল্লম্বগা, মরাং কায়বনা ঐখোয় অদুম হরাউজে। নিরামিষ চাবা গুজরাতি কাঙবুদি থবায় য়াম্না তানা চাজে।

ঐখোয় তাং মাপল/তরা নুমিৎ নিনিদি বর্লিন ফেষ্টিভেলগা মরি লৈননা গোর্কি থিয়েটরদা জগোই শাই। নোংমদা প্রোগ্রামদি অনীরুকনি, পুং মরিদা অমুক পুং তরেৎতা অমুক অদুবু ঐখোয়গী কলাকারশিংনা অবাবা খঙখিদে। মথক্তসু হায়খ্রে জর্মনগী ভাবোক মুন্না খঙবা অমদি নৈনবা মফমনি। খুবাক্কী ঈরাউখোল মরক্তা লংশিনবীরকপা লৈ নাচোম্না থুমহৎখিবনি। কুম্মৈ লোইরগা নোংমা মেয়রগী অফিসতা ঐখোয়বু উম্নবগী সভা অমা শীনবীরম্বদো য়াম্না হরাউজে অদুবু চোকথবা মতাং ওইবনা তৌবীরমদ্রবসু য়াবনি অসুম্না

খনখি। ঐখোয়গী জগোইদো নুংঙাইহন্নিমালে। টেলিকাষ্ট তৌনি হায়দনা তৌবনি অদুবু গোর্কি থ্যেটর্ পীকমনবা মরম্না অদুম য়ৈথোকখ্রে।

বর্লিনগী মতুংদগীদি নোংপোক জর্মনগী মফম মফমদা লাপ্না চত্তুনা জগোই উৎপগী শিল্পমবনা তাং তরানিথোই দগী তাং কুনমাথোই ফাউবা, নুমিৎ ফনা শাংনা ঐখোয় টুর চৎপা হৌরে। চৎলিবা মফমনা কোট্‌বস, মৈনিংগেন, য়েনা লোবোডো, কার্ল মার্ক্স ষ্টাট্, গ্লাস্থ, পোষ্টডাম, শিয়াররেন, রোষ্টোক, নোয় ব্রান্দেনবর্গ মাপল অসিনি।

হন্দক্তি মি: ভাসডির কৌবা নুপা অমনা ঐখোয়বু পুরি। নুপী অনী অমা য়াওবদো মিসেস থেয়া নাউবের্ট কৌবী অদুমদি হিন্দি ফজনা হৈ, ইংলিশসু হৈ। আইটেম লাউরিবী অদুমদি য়াম্না ফজে, থবক্তসু চেকশিনজে। ইন্টরভেল থাবা খুদিংগী কেখিবশিনা, ফি ফজ-ফজবা হোংগদবনি অদুগা পাগদৌরি। আইটেমশিংদো থবায় য়াওবা ছাত্রিগুম হঙ্গৎ-হন্দা চৎলগা ঔরাইগনি। নোংচুপ জর্মনিদদি শ্রীগোপালননা পাংনা শানবা তৌখিবনি। প্রোগ্রাম লাউবসে কৃষ্ণেগী অচৌবা অমদি মরু ওইবা শরুক অমনী হায়বা মা খঙদমাস্রে।

হন্দক্কী খোঙচৎ অসিদি বস অমগী মথক্কা পোৎ পুনবা ট্রক্ অমসু হাপকৎলে। মদুনা ঐখোয়দা খুদোং য়াম্না চাখি। অদুগা ঐখোয়না তোংলকপা বস কয়াগী মনুঙদা জি: ডি: আর: না শীনবা বসনা খ্বাইদগী হেন্না ফজে, নুংশু নুংঙাই। প্রোগ্রামদি অদুম কুপ্তই থাখিদবসু নত্তে অদুবু প্রোগ্রামগী মওং চানা খঙহনবিবনা হোবে, হোবে চরক চহিংনবগী অবাবদি নংখিদে। হয়েং চৎপা হৌরনি হায়বগী য়াচঙবদা ঐখোয়গী লুচিংবীশিংনা মখোয়গী মীগা, কনাগী ড্রাইভর অনী ফাওবা য়াউনা করম্না চৎকনি, করি তৌগনি, করি খুদোং চাদবা লৈ চুংশিন্নরগা মুন্না খল্লে। কনাগী থুংগদবা হোটেলদা কনা কনা কা তিন্নগনি ফাউবা হংই। মতম অদুদা ঐখোয়গীদি হান্না লিষ্ট শেমদুনা লৈরবনিনা থোইনা থাদ্রে। অসুম্না বাশিংটনগী প্রোগ্রাম ওফিসার এলেন্না নোংমা ঐগী কাদা চঙলকলগা ঐখোয়গী খ্বাইদগী চাউবা উপুশিংগী সাইজ ফাউবা ফিতা থাদুনা ওনগনি হায়খিবদো। শম্না হায়রবদা "হাও টু ওর্গনাইজ" অসিমদি মখোয়দগী তমজনিঙাইনি। ঐখোয়গীদা হায়রগসু অকোন অহান খঙবা শিঙ্হোং খঙবা হায়বদো।

নোংপোক জর্মনিদসু অদুমঙায়। হিটলরনা শেমলম্বা ওটোভান কৌবা অচৌবা লম্বীদা ঐখোয় চৎলি। মরক মরক্তা হায়বদি অকন্নবা কিলোমিটর খরা চৎলবা তুংদা পোত্থাশঙ অমমম শোয়দনা লৈরমগনি। মদুদা ঐখোয় পোত্থাদবা য়াদে। কনাগুম্বা

লমহেনবা ড্রাইভরনা হেক্তা য়ৌখ্রগে হায়না থৌবা য়াউরুরবদি মহাক খূদক্তা ফাগনি, দগু ফংগনি, পোত্থাউ হায়বা য়াদবগী। অচৌবা লম্বীগী মথক্তা শারিবা থোংশিংদো পুলিসনা পেট্রোলিং চৎনবা ওইরমান্নে, মী চৎপসু কয়া উদে। পোত্থা- শঙশিংদো পোৎ মচা মগুসু য়ান্না য়োল্লি। ঐখোয়গী অঙাংশিংনা কান্নবা কান্নদবা পঙলে লৈ। অমুক্তি গোপেশ্বরনা রবরনা শাবা লীন অমা লৈরগা বস মনুংদা পুখোরক্তুনা নূপী মচাশিংনা লাউনরকপদা ঐদি পাখৎলুরে, মখোয়দা শাউগদরা, ড্রাইভরদা শাউগদরা। অদুবু হন্না ফাওবা য়েংলক্তে, ড্রাইভরদো মচী ফাওবা লেঙদে। মখোয় কাঙবুদো মওং অমনি, দরকারবু লৈত্রবদি ব্না ঙাঙলকপগী ব্না লৈতে। অদুক শাংনা চৎমিন্নবদুবু মি: ডাইভর অনিদো মশক ফাউবা নীঙথীনা খঙলক্তে। অমুক্তংদি ঐগী নুপীমচা অনীনা পোৎ চারগা চাইথোকই হায়দুনা পোৎ থাদফম দষ্টবিন লৈবনি অদুদা থাদহল্লু হায়রকখি ঐঙোন্দা।

ইষ্ট জর্মনী প্রোগ্রামগী মওংনা অমুক খরা তোঙাল্লি। নোংমা মফম অনীদা শারম্বা ফাওবা য়াওখি অদুবু পামজনা শীনবনা ঐখোয়দা অবাবা থোইনা ফাওখিদে। মফম খূদিংমক্তা আর্টিস্টটিক এজেনসিনা শীনবা ঙাক্তনি। মখোয়গী কাঙবুনা ঐখোয়না থুংলগদবা হোটেল খূদিংদা লৈ চরোং চরোং পায়দুনা ঐখোয়বু ওকলম্বনি। য়াম্নসু য়েংশিল্লি করি চানি, করি চাবা পাম্মী কৃপ্পা হংগদবনি। জগোই শারিঙেগী মনুংদা কটেজ চিজ, বটর, সেনদ্যুচ অশেংবা শঙ্গোম কোনজিন য়াওবা পাত্রদা হাপলগা থেনগৎতুনা থল্লি ফি শেৎফম হেক মনাক্তা। চাবা ফবনা ঐখোয়গী অঙাংশিং ব্নানা ব্নানা মশা হঙ্গৎলকই। পাওব্নানি শকপা পুনরামজিদি নোয়মনখিদুনা মশকপু খঙলুদ্রে। মসিদা নক্তে অঙাংশিংনা হোংদোক্লম্বা লোইখ্রবা আইটেমশিংগী ফি ফাউবা গ্রিন রুম পান্নব্রিবী নূপীশিংদুনা থুপচিন্দুনা থম্বিরম্মী। ঐখোয়গী লুচিংবীনা হায়, "In East Germany it was professionally handled and we felt like human beings...."

টি: ভি: লৌগনি হায়বদো মফম চারে হায়রমান্নে পোলিস সিমানাগী ময়াদা লৈবা কোটবস কৌবা মফমদুদা লৌরনি হায়রে। চাউখ্রে, ফজখ্রে ষ্টেজদো মযুংনদি খরা ঙম্মি অদুনা স্পেস্ শীজিন্নবা মতমদা ঐখোয়গী কলাকারশিংনা খরা তাথোক তাশিন তাখি। টি: ভি: লৌগনি হায়দনা তৌবরা খঙদে নুমিৎতুগী জগোই য়াম্না ফজখি। মরু ওইনা রাস য়াম্না ফজখ্রে। কৃষ্ণ অভিসারদো নিঙবা য়াম্না থুংখি। মতম অদুদা নিঙশিংখিবনি, কৃষ্ণ শাবদা মমিং লৈরবী কলাকার সূর্য্যমুখীনা লাকলমদাইগী মতমদা ঐগী কৃষ্ণ শাবী

জয়ন্তীসনাবু অমুক হেন্না চেকশিন্না শেম্বীরকখিবদো। হরাওমনখিবনা করি হায়নি। হোটেল য়ৌরগা মি: বাসডিয়না চেখাউ অমমমদা মার্ক মতীক চানা হাপলগা (কলাকারশিংদা) টি: ভি: লৌবগী শেল পীবীরকপদুদদি ঐখোয় পুঙক ওক্লুয়ে। ঐখোয়দি খনবু খন্নুপ্রবনি। নাতে চাদবা মী অমা থেংনরন্নবদি ঐখোয় মাঙজরমনিদা। মরক্তা খন্নকাসু ময়াওবনি - মসিমদি কলাকারশিংনা কাউদবা যৈ।

ইয়ুরোপকী খোঙচৎ লোইসিন্নকপা অদুবায়দদি ঐখোয়গী কলাকারশিং অমুক্কা হেন্না খঙবা হেন্নে, লৌশিনবা হৈরে। উরকপা কয়া কয়ানা ঐখোয়বু মিৎ পাঙহনখি। থাঙ্গেশেংবনি, অসিগুম্বা খোঙচৎসে পীরম্বতা নত্তে ফংজরকপা কয়া কয়া অদুগী মমল নাইদে। অদুগা থেংনরকপা লমশিংগী মনুংদা ইষ্ট জর্মনী অমদি চেকোস্লোভাকিয়াগী কাঙবুনা ঐখোয়বু য়েংহন্নবসু য়ান্না শীনবিরম্মি। মতাঙবু চারবদি পুশিন্দুনা য়েংহনবী। ঐখোয় ডিয়ুক অনীসুবা জের্জগী লিরবা কাষ্টল য়েংলকই। ড্যুক অসি থিয়েটরবু য়ান্না শৌগৎখিবা নূপানি। মাগী দলান অসি হৌজিকসু থিয়েটরগী চাউরবা সংস্থান অমা ওইরি অদুগা চহীদা মার্ক কোটি মঙা পীদুনা মরাঙ্ কায়না শৌগৎলিসু হায়। অসুম্না কোনুং কয়ানি, য়েংবদা মতীক চারবা মফম কয়ানি ঐখোয়না উরকপা। ঐখোয় উরকপা ময়ামদুগী মনুংদা ঐখোয়না কাউওমদবা অমনা য়েনা নোভোদোদা জগোই শারগা হন্নকপদা আইজনাখ কৌবা মফমদা বস খান্নগা বাখ হাউস য়েংবা চঙলুবা অদুনি। তরানিপাল শুবা শতাব্দীদা হিংলম্বা য়োহান সেভাসিয়ান বাখ পৃথিবীদা ফাওরিবা ম্যুজিককী কমপোজরনি, বাখ হাউস অসিনা মাগী ম্যুজিয়মনি। য়ুমদি কয়া চাউদে। হেক চঙবদা থোঙ্গালদা মাগী মূর্তি লেপলম্মি। য়ুম অদুগী মনুংদা যন্ত্র ময়াম কা-কাদা থমলিবা ফমুং-ফানুং, মাগী ইনবা টেবল, কনাগী চাকথুম মচা অদুনা ফাওবা মতম অদুগী অচম্বা মীওই অমনা করন্না অঙকপা খোঞ্জেলগী তাইবং অমদা হিংলম্মি হায়বা ঐখোয়বু খঙহন্নি, ঐখোয়সু তায়, মতম অদুদা ঐনা উখি। বেষ্টর্ন ম্যুজিকসু কয়া খঙজদবা ঐখোয়গী কলাকারশিংনো মাগী ঈশৈ তারগা কপ্পবা ফাওবা য়াওখি। অঙকপনি বাখ কনানো ঐখোয় অয়াম্বনা খঙখিবা নত্তে অদুবু ঐখোয়বু অতোপ্পা শেংলবা তাইবংপাল অমদা পুখিবনি। মহাক্কী মতুংদা ফাওরকখিবা মহাক্কুম্বা কলাকার বেটোভননা অসুম্না হায়খি, "His name should be "Meer" (sea), instead of "Bach" (brook), because of his boundless, inexhaustible wealth of sound combination and harmony!"

ঐনা য়ুরোপতা ম্যুজিয়ম ওফ আর্ট অমতংদি য়েংনিংখিবনি অদুবু তাঞ্জা ফংখিদে। পেরিসতসু ঐখোয় উবা ফংলত্তে। অদুবু ইষ্ট জর্মনীগী খোঙচৎতা বর্লিনদগী কিলোমিটর চামরিরোম লাপ্পা ড্রেসডেন কৌবা মফমদা চাউরবা ম্যুজিয়ম অমদি উরকই। চাউখ্রে। তেল্লবা মতম অদুদা লোইনা থুংনা য়েংবা ঙম্বা নত্তে। আর্ট গেলেরী খরা মঙাই ঐখোয়না উরকপা। অয়েকপা লাই অমদি অশাবা লাই নত্তবা লিক্কোন, সনা লুপাগী মমল য়াম্লবা তাঙলবা অৱাংবা কলাগী পোৎশক কয়াসু কা অমদা চেকশিন্না থমলি। থমলিবা কা অদো "গ্রিন বোল্ট" কৌই হায় অদুগা লৈরিবা পোৎশিংদো সেক্সম্নি ইলেক্টরশিংনা শিজিন্নবগীনি হায়। মফমদুগি মনুংদা রেমব্রান্টনা য়েকপা লাই অমদি য়েংবদা ঐ হেক্তা নুংঙাইখ্রে। ৱারীদগী লৌথোক্লগা য়েকপা লাইনি, মমিংনো Ganymede Carried Away by the Eagle of Zeus কৌই। গ্যানিমীদ কৌবা অপীকপা অঙাং মচা অদো চাউরবা উচেক্কুনা লাইগী সেবা তৌনবা অতিয়াদা ৱাংনা চেল্লি। অঙাং অদো কিবনা লোইরে, করি হায়নি কিমন্দুনা "শী" ফাওবা তৌথোকলে। অয়েকপা লাই অদুগী অফ ফত্তগি ৱা নত্তে। মাগী মিৎয়েং অদুগী ৱানি। লাইগী ৱারীনি অদুবু, লাই নত্তে। মীরমচৎকা কয়া নক্কনা য়েকলিবা অদুদনি ঐনা নুংঙাইখিবসু।

অসুন্না ষ্ট্রাউসনা উৎপা জগোই ঈশৈ ? হৃমদুনা চৎলবসু, জর্মনী অনীশুবা লাঞ্জাওগী মতমদা শার্থীনা শোকখি হায়বা অসিমদি ঐখোয়বু তত্তনা নীংশিংহল্লি মরমদি অশোকপা মফমদো ঙসি তাইশিল্লগসু লৈহৌরিবা চৈফম অদুদি অদুম লেঙদনা থম্নবা হোৎনরিবা জর্মনীনি। নোংমসু বস মনুংদা মিসেস নাউবের্টনা হায় "আদগী চীংমথক্তা শাংনা উরিবা য়ুম অসে হিটলরনা শাখিবা কোনসনট্রেশন কেম্প অদুনি...।" মদু শাবদা শীজিন্নখিবা মীয়াম অশুমন অমত্তা ফংকিদেসু হায়। ওম্ভোকপনি, মীবু লাক্কনবা শাখিবা য়ুমদো মীবু লাক্করগা নমদুনা শাহনখি। তাবদা তুজুংই। লম্বী ময়া মক্তদা চীং, লানগী মতমদা চাইখাইরম্বা অতেক অকায় ময়ামদো মীয়াম্না পৈশিনজরগা শেমখিবা লানগী ৱারীনা থল্লবা পোলোইগী মশক ওইরম্মী। অতোপ্পা অমনা পোষ্ট দাম ট্রিটি হায়না মমিং চৎলবা ট্রিটি অদুগী সহি তৌনখিবা য়ুম অদো। মদুমদি ঐখোয় ফনা কুইনা য়েংখি। মতম অদুগী ডোকুমেন্টস ফোটো, চে-চাং লোইনা থেনগৎতুনা উৎপা মরম্না ঐখোয়না খরা কুইনা চঙখি। চর্চিল, স্টেলিন রোজভেল্ট লৈবাক অহুমগী অচৌবা অহুম্না হেক ফমদুনা ৱা ঙাঙখিবা, সহি তৌনখিবা কাদো ঐখোয় উরকই। অসুন্না মায়থীরবা, হৌগৎপা ঙমদ্রবা জর্মনীবু অনীথোক্লা খায়দোকখি নোংপোক জর্মনী, নোংচুপ জর্মনী। লৈরমগনি রাজনীতিগী তঙায়ফদবা, অকনবা অচুম্বা যুক্তি কয়া, অদুবু ঐনা চিংনখি। য়ুম কায়বা মতমদা মীয়ামগী

মবা লৌরমগদরা? ঐ থাজখিদে। অহানবা লাঞ্জাওদসু মখোয় মায়থীখি। শাথীনা তুখি। ঙক্লিঙৈদা লাক্লহৌরগে হায়বা মীওইবগী পেং চোইবা লিচৎসে চুমদবনি। চেকশিনবা ফৈ। মদুনা মরম ওইরগা পেং চোইবা মী কয়া পোকলকপসু য়াই।

অসুম্না য়ুরোপকী খোঙচৎ ইষ্ট জর্মনীদা লোইশিল্লে। ঐখোয় য়ুম চৎলগনি। মতম অদুদা ইয়ুম লমদমগী বাখলনা মরু ওইরকখি। অসিমতংদি তশেংনা খঙখি-মখোয়দি মাঙলমচৎকী থৌদোকসু কাউথোকপা পামদে। থৌদোকশিংদো নিঙশিংনিংব্রেবসু মুথৎপা পামদে। কয়া বাখিবা মখোয়, য়েংহন্নীংই, নিঙশিংনিংই, তুংলমচৎতা তাকনিংলম্মী।

হল্লকপগী মতমদা চনৈনবা খরা থোকখিবনা, ঐখোয় মোস্কোলোমদা পাইগনি তৌরম্বনি অদুবু নোংচুপ জর্মনী শমদুনা পাইবগী খুরৌচেনবগী শরুকপুদি তশেংনা নোংচুপ জর্মনীদা লৈবা প্লেন তাফম ফ্রেঙ্কফর্টতগী পাইবা হায়না লেপনখিমাল্লে, ঐখোয় ফ্রেঙ্কফর্টতগী পাইবা তারে হায়। অদুনা নোংপোক জর্মনীগী অরোইবা সিমানা লাল্লগা শাগে কায়নখ্রবা নোংচুপ জর্মনীগী সিমানাদা খোঙনা চৎলি। মরক্তা লমলেম খরা নো মেনস লেগু ফনা পাক্লা থমলিবদো পোষ্টদাম ট্রিটি মার্জরদা লেপ্পখিবনি হায়। লমলেম অদুগী নাক-য়েত্তনা খারম্মি তিংখং য়োৎলিগী শম্বল। ঐখোয়গা লোয়নরকপশিং লোইনা লৈহৌরে। মখোয় লেপতুনা লৈহৌই মখুৎ হাইহৌই। নুপীশিংদি কপ্পবসু য়াওখি। ঐখোয় নুংঙাইখিদে, কায়নবসু হৌনৈ অদুবু অসুম্না কায়নগনি হায়বদি ঐখোয় খঙখিদে। ঐখোয়না লমলেম অদুদা খোঙনা ফনা শাংনা চৎলি, য়াম্না পিদোল্লা। অতৈ লমদদি অশিন-অরাংশিংনা প্লেন হেক কাখৎত্রিবা ফাওবা থিন্দোকপীবনি, মতেং পাংবিবনি। নোংচুপ লোমদা অমুক পোৎ ফাকলুখিনি, ট্রানসিট-দা অমুক বারুখিনি খল্লুবদা ঐখোয় হৈনীংখিদে। ঐনা খংউ উরকখি, খঙদে কনানা থেৎলিবনো, চাউরবা পোষ্টর অমা লমলেম অদুগী হেক ময়ায় ওইরমল্লে। য়েকলিবনা শম্বল বাংমা বাংমদা মপা মচা। মপানা মখুৎ তিংথোকলি মচাবু লামলি, মচা পীশক অদুনা মখুৎ থাংগৎলি মপাবু কৌরি অদুবু ফংনদে, শম্নবা ঙমদে মরক্তা থৎলি রাজনীতিগী শম্বল। কয়াদা থম্মোই শোকখিবা! ওম্থোকইদা কনানা তৌবীরিবনো? করিগী তংখায় তাখিবনো? হৌজিক্তা হন্না অমুকসু হংনীংলক্রে - করিগী লান তৌখিবনো? কনাগীদমক লান তৌখিবনো? মেকসিম্ গোর্কিনা মাগী "মাডর" হায়বা উপন্যাসতা বিপ্লবীপাভেলবু হায়হনখি "ইমা হন্না অমুক্তা য়েংউ তাইবংদা। উরবরা অনৌবা মী পোকপা হৌরে। ঐগী ঐগী হায়দুনা অসুক কুইবসে ঐখোয়বু পাঙ্গল

শোহ্বহল্লম্বনি... অদুবু ৱাৎলি, মীওইবনা ৱাগদবদি ৱাৎলি।" কয়াম ৱাৎলি ৱাগদবা। নৌহৌনা কিরকলে। লাইফাও অদুবু ঙসি কয়া চুমলিবগে? অনৌবা মী হায়বদো হন্না হন্না পোক্লগা হন্না হন্না লিখৎপা ঙমদদুনা মাঙলগদ্রা? খুৎলাইনা অসিয়ৌনা কিরবা মতম অসিদা অনৌবা মী হায়বদুবু মমাগী নাওয়োমনুংদা মাদুনা মাঙলগদ্রা? ৱাহং কয়ানো ঙসি হংলিবা। মতীক লৈবগী মরল লৈবগী, ৱাখল চোইরবা মীওইবনা কদায় ফাওবা ঙাওবা ঙমখিবগে হায়বা নাগাশাকি অমদি হিরোশিমানা উৎপ্রবনি। অদুদা লোইরবোইসু নীংলুই। অদুবু লোইরমদে। ঙসিনা য়েনখা-য়েংখুল হিরোশিমা-নাগাশাকিগী তন্নলাইনা ঐখোয়বু কিহল্লরে। খঙদে কয়া কুইনা...? মতমগী হিংচাবা মহিশাসুর হাৎপা ঙম্বা অনৌবা মী পোকপদি চুমলবনি।

ঙসিসু অরোইবা খোঙচৎতো নিঙশিংলি, থম্মোই শোকপা শম্বল ৱাংমগী মপা মচাদো মিৎতা শং-শং উরি। ঙসিসু কৌনরমখিদরা খঙদে। মতম, অদুদা মায়থীরবা মখোয়না মচেৎ তাবা পামখিবরা? অদুদি করিগী শম্বল ৱাংমগী থম্মোই শোকলবা পোষ্টর অদু থেৎলিবা। - অদুনা

"Why, that I cannot tell," said he,

"But it was a famous victory!" ❑

# মণিপুর Manipur

ফ্রেঙ্কফর্টতগী প্লেন হেক পাইখৎপদগীদি শাংলবা ফোরেন খোঙতৎতো লাপহৌরবোই নীংলে। ইয়ুম য়ৌনিংবনা, ঐগী ঐগী মী উনীংবনা ঙাইহৌমখিদে। ঘড়ী তোয়না য়েংই ঐনা, দিল্লি য়ৌরে, নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা। থা অনী ইমুং মনুং অমত্তা ওইনা চৎমিন্নরক্পা লোইনা কায়নরে, নুংঙাইখিদে। অদুবু হরাউখিবা ঙাক্তনি ময়ুম য়ৌবগী। অদুনা নুংঙাইত্রবসু হরাওবনা থুমহৎখি, অদুবু ঐখোয়গীদি বাংলী চৎকদবা। ঐগীদি ইচা অনীনা ঐবু দিল্লিদা ঙাইরম্মি। মথংগী নুমিত্তা নিঙোল চাকৌবা নুমিৎ তাবনা ঐনা ঐগী নিঙোল মঙাবু চাক কৌজে রেস্টুরেন্ট অমদা।

ঐখোয়না মণিপুর পাংখিবা নুমিত্তো নীংশিংলি। ঐ য়ুম হনবগী নুংঙাইবা করিনো নুমিৎতুনা ইহান্ হান্না ফাওখিবোই নীংলুরে। চীংলোন মাপল লাল্লকপদা, মণিপুর তম্পাক উবদা ঐখোয়গী কলাকারশিংনা হৌগৎতুনা ফাওবা য়েংজে। লৌবুক লোইনা নাপু শারমলে, "ফজেদা ইমা, মৈতৈ লৈমা... খৈন-য়াংকোক্ মওংনি... সনা লৈবাক মণিপুর... মায়কৈ শলাই খূদিংদা... ফৌনানা লেঙ লেঙ চৎপলম্...," ঐনা নীংশিংই কবি কয়াগী ঈশৈ।

প্লেনদগী হেক কুমথবদা ডান্স একাদেমিগী মরূপ মপাংশিংনা বস মপোৎ অমা পিক্ থন্না ঐখোয়বু ওকপীরম্বা উবদা ঐখোয় ইঙক ঙকলুরে। নুংঙাইখিবনা, পাউদমনীংবনা করি হায়নি? ঐগী মরূপ মাইবম হরিচরন, অরিবম স্যাম শর্ম্মা, প্রমোদিনী অমদি ভাইস চ্যারমেন ওইবীরিবা প্রোফেসার নীলকান্ত অমসুং প্রিন্সিপাল য়াম্বুং প্রিয়গোপালসনাসু য়াওবীরম্মি।

লৈ পরেংনা থুমহৎতুনা, ফোটো নমদুনা হরাওনদুনা, ঐখোয়না প্লেন তাফমদা মথুম মরাং হৌখি। অদুবু কুইদে নুংঙাইবা, নোং ঙাল্লগা অদুম তারে, ঐগী মমল য়াল্লবা কলাকার অহুম - সমরেন্দ্র, তৌম্বীনৌ, ইবেয়াইমা বেল্লে ইউনিটতগী মমিং কল্লমলে।

মতম অদুদা মখোয় একাদেমীগী ষ্টাফ আর্টিস্টনি। ঐনা সেক্রেটরিগী ফমফমদা ফমলিঙ্গেদা মখোয়না কপলি কপলি তৌদুনা হায়, "লংকে চংলিঙ্গেগী থা অহমগী তলব লৌগে হরাও হরাও চঙলুববু তলব শাদে হায়দুনা পীরজে, থবকসু শাংথবীরমগ্রে। তোম্বীনৌদি সূত্রধারী ওইনবু লৌবনি, সিনিয়ার আর্টিস্ট ওইনসু লৈজবনি অদুবু মাগীনা হেনগ্রে শাথীবা। মাগীদি সূত্রধারীগী পোষ্ট অদু ফাওবা মুথংলমলে। ...করিনোনে হায়রিসিবো!

মৈতৈ জগোইদবু ঈশে দরকার লৈতে হায়বা। পেং চোইরব্রা তৌরমলিবসিবু? যনা ফত্রকসু ভারত সারকারগী মীহুৎনিকো চংলুরিবসে।

অসুম্না কলাকার অহন্না থা অহমগী তলব ভারত সরকারগী মীহুৎ ওইনা চংলুকগী চৈরাক ফংদুনা, থা অহম তলব ফংদদুনা, থা অহম অমা থবক ফংদদুনা মথংগী মী লৌবা ঙাইদুনা, নোংদম নাইদনা নুংশা থীনা লৈবা তাখি। তৌম্বীনৌদি অমুক চঙবা মতমদসু কেজুয়েল ওইনা চঙবা তাখি মদুসু জগোইগী ওইনা মরমদি মাগী চানবা পোষ্ট লৈত্রবা মরম্না। তোম্বীনৌ য়াম্না কপখি। ভোইস ওফ অমেরিকাদা ভারতগী উৎসব হাংদোকখিবী তোম্বীনৌ শাথীনা মথবায় শোকখি।

থা অহমগী লংলবা কলাকারশিংগী খোঙচৎ ভারত অমদি মণিপুরগীদমক পুরকখিবা পজেং ফিরাল মঙ্খিবা মচুগী মঙ্ তুলিহল এয়ারপোর্টতা অদুম লোইসিনগ্রে। নোংমো বাথকী ম্যাজিক তারগা কপখিবা কলাকারশিং ঙসিনা থবক ফংদবগী কপ্পা তারি। মসিনি ট্রেজেডি।

তশেংনা ঐখোয় খঙলমদে 'মচা চানবী' ইমাগী তম্পাক্তা হিংবগী মতম লোইগ্রে হায়বা, অদুগা হিংবগী লাঞ্জাওদি হৌরমলে। অদুবু মারিএটাগী অহল মরীনদি শকহৌই,

"Pack up your troubles in your old kitbag
And smile, darn ya, smile!
And powder your face with sunshine,
Put on a great big smile!
...
Smile! Smile! Smile!
So let a smile be your umbrella.
On a rainy, rainy day." 

# অপাবশিংগী মট্

*লমকোই বারী অসি নুংঙিগী ফোংবা পাউ-চে দি ইম্ফাল ফ্রি প্রেসকী মণিপুরী এদিসনদা "হো মেক্সিকো মেক্সিকো" হায়না লিশাং শিংনা ১৯৯৭ ইংদা হাপখি। মতম অদুদা অপাবশিংগী তোঙান-তোঙানবা মট কয়া ফোংদোনরকখি। পাউ-চে অসিনা পুন্না খোমজিল্লগা হাপখিবা মটশিং অদু তেল্লপ্পা থমজরি।*

থা অমরোম চথরকখিবা বিনোদিনীগী লমকোই বারিদু "হো মেক্সিকো মেক্সিকো" য়াম্না চমনা ফজবা বারি ওইখি। অদুবু মৈতৈগা থান্নবা য়াদ্রবা "চাকচা হৈজা অদুদি মীরমদা চৎলবসু মোরোক মেৎপা য়াওদ্রবদি চাবা য়াদবা" অদুদি অদুম য়াওরি।

*- ঘনশ্যাম, কৈশামপাৎ*

"হো মেক্সিকো মেক্সিকো" লমকোয় বারি অদু পাবা হৌবদগী ইশাসু মফম মফমদা চৎপা য়াওরবোই নিংই।

*- বুধচন্দ্র, এ, থাঙমৈবন্দ*

লমকোয় বারি অসিদা য়াওরিবা মীপুম খুদিংমক্কী তোপ তোপ্পা মানা মানা পাম্বা মওং ফজনা ইদুনা পুথোকই, মসিনা পারিবশিংদা অমুক্কা হেন্না নুংঙাইবা পোকহলি।

*- কৈশাম ইন্দ্রজিৎ, হাওবম মরক*

"নয়াগারা ফোল্জ" ঐ ইশামকসু মফম অদুদা চৎলিবোই নিংখি। ঈশিং চাইবীদুগী ঈশিং মরিক মরিকশিং অদুনা ঐঙোন্দসু চোংলবোই নিংদুনা খুৎনা নাম্বদুনা য়েংলুই।

*- সলাম ইনাওবী, পাৎশোয়*

## হো মেক্সিকো

লিশাং শিংনা চথরকপা "হো মেক্সিকো মেক্সিকো" করম্না লোয়খিবনো খংহৌদে, খোংচৎ লোয়শিন্নে থল্লুবদা কয়াদা ৰাখিবা।

*- নোনিবলা য়ুমনাম, খুরাই*

মী অমগা অমগা ঙায়হাক নরুনরম্বা, কায়নবা মতমদা কয়াদা নিংঙমখিদবা নিংশিংবদা ঙায়রে মতমদো... অপাবা ঐখোয়দসু কয়াদা নিংঙমহনখিদবা ...।

*- এস: সনাতোম্বী, শীংজমৈ*

লন্দনগী হৰা নুংশিৎ, ইউরোপকী নাকেন থা মীৎনা উদ্রবসু য়ারে, "হো মেক্সিকো মেক্সিকো" না মীৎমাংদা শংশংনা উৎলি।

*- এম: বি: দি:, মোইরাং*

কায়নবা, থুংনবা, উনবা, নুংঙাইবা, খৎনবা, চৈনবা, মীওইবগী হৌনশানি। ইথা থাজদনা চমলবা ৰাহৈনা অপাবগী থমোইবু কায়হনখি, নিংশিংলি ইউ: এস: থাদোকলমদাইদা এলেননা — "You are a wonderful people!"

*- আর: কে: তোম্বী, শগোলবন্দ,*

জর্মন অনিগী তায়নফমগী দৃশ অদু অপাবশিংগী ৰাখলদা কয়াদা নুংঙাইহনখিদবা! ইবা হৈত্রবদি মদুবু ফাওখিগদ্রা? চমলবা ৰাহৈনা পূক্লিং থুক লাওহনখি।

*- ধনবীর মৈতৈ, অৱাং কোংপাল*

চাক য়াওদ্রবদি হৈনদবা মৈতৈগী তোপ তোপ্পা গুণ অদু "হো মেক্সিকো মেক্সিকো" দা মপুং ফানা উৎলি, লম অমদা অমদা চৎলবসু চানবগীদমক্তা খনবা হায়বসি বিনোদিনীনা ফজনা উৎলি।

*- এম: সনাতোম্বা, জিরিবাম, ৰাংমা তাবা*

## অপাবশিংগী মচু

লমদম অদু কয়াদা নুংঙাইরমগবা মস মনুংদগী য়েংথোকখিবদা লমহাংদা লৈসু মচা মশু কয়ানা পুক্লিং সুমহৎখি। ঐসু নিংঙমদনা মীৎতগী তারকপা পীদু তৈথোক্কুনা লৈরম্মী।

*- মেমতোম্বী, মোইরাং*

চৎলি জগোই শাই, চৎলি জগোই শাই, নাতে চাদবা লৈফমদা থমজিল্লি, চাবা থকপা নুংঙাইতে - ফজনা চমনা পুখৎলকপা লমকোয় বারি অসিনা লম অমদা অমদা চৎপদা থোয়দোক্না পুক্লিং লৌশিং ওইহল্লগনি।

*- সনবাম সনাহনবী, কোংবা*

"হো মেক্সিকো মেক্সিকো" বারি অসিদা য়াওরিবা মফম (লমদম) খরদি ওম্থোক ওনসিন তৌখ্রে। নোংপোক অমসুং নোংচুপ জর্মনি পুনশিনখ্রে। চেকোস্লোভাকিয়া - চেক রিপব্লিক হায়বা অমগা স্লোভাকিয়া হায়বা অমগা থায়দোকখ্রে। মতম অমদা শুসিদগী চহি ২০ রোমগী মমাংদা চৎলুবা খোংচৎ অমগী বারিনি। হৌজিক ফোংদোরকপদা চান্নবা খিতং বাৎলি। মতমদুদা ওইরম্লবদি অমুক্কা হেন্না চান্নরমগদবনি। মতম খজিক্তং থেংমনল্লি। লুপা পীবা খবরদা নুংঙাইরবা লমকোই বারি অমা থা ফানিংচীৎ পাবা ফংবা হায়বসি য়াম্না নুংঙাইজে।

কুইনা হিংবা ওইসনু বিনোদিনী।

ফ্রী প্রেস 'অচুম্বনা য়াইফরে'।

*- ইবোতোম্বা সনসম, থৌবাল বাংমতাবা*



# জগোই খোঙচৎ অদুগী লাই খরা



ওনেসিমো গোনজালেজ - গুাডলাহারা।



জগোয় হৌরমদাইদা ড্রামাগী ওজা য়েন লু বোংগা - *ৱাশিংটন ডি: সি:।*



জগোয় থোক্রমদাইগী শেম-শাবা - *ৱাশিংটন ডি: সি:।*



বাশিংটনগী মোললা, গোপেশ্বর - বাশিংটন ডিঃ সিঃ।



বাশিংটনগী মোললা, সমরেন্দ্রা - বাশিংটন ডিঃ সিঃ।



ফম্পাক্তা ঈশৈ শকপা, তোম্বীনৌ অমদি ইবোচৌবা - বাশিংটন ডিঃ সিঃ।



কবুই জগোর - বাশিংটন ডিঃ সিঃ।



ঈশৈ শকপা অহল, ষ্টর্নবিলর্স,
বার্বর শোপ ক্বারটেৎ
-মারিএটা, ওহাইও।



আর্টিস্টকী লৈফম, লাফায়েৎ
মোটোর হোটেল
-মারিএটা, ওহাইও।



এম: কে: বিনোদিনী, উষা ভগত, প্রতিভা পণ্ডিত - *কোলোন, বেস্ট জর্মনি।*



এম: কে: বিনোদিনী, উষা ভগত, প্রতিভা পণ্ডিত অমসুং মরুপশিং
*- কোলোন, বেস্ট জর্মনি।*



গুজারাতি জগোম - বর্লিন, ইস্ট জর্মনি।



রাজস্থানী জগোষ - বর্লিন, ইস্ট জর্মনি।



রাজস্থানী থম্মুং ঈশৈ - বর্লিন, ইস্ট জর্মনি।



পঞ্জুবানী শৈশকপা, পূর্নরামজি - বর্লিন, ইস্ট জর্মনি।



বসন্তা রাস তা কৃষ্ণ শাবী, জয়ন্তিসনা - বর্লিন, ইস্ট জর্মনি।



পুং চোলোম, কোকঙাং, ইবোচৌবা - *বর্লিন, ইস্ট জর্মনি।*



পুং চোলোম, কোকঙাং, ইবোচৌবা - *বর্লিন, ইস্ট জর্মনি।*



জগোয় লুচিংবী উষা ভগতপু ওকপা - *বর্লিন, ইস্ট জর্মনি।*



জগোয় লুচিংবী অহম, এম: কে: বিনোদিনী, প্রতিভা পণ্ডিত, উষা ভগত
- *বর্লিন, ইস্ট জর্মনি।*



কিট লাম জগোয়, অলুনা, গোপেশ্বর, ইবেয়াইমা, কোকভাং
*- বর্লিন, ইস্ট জর্মনি।*



**কিট লাম - *বর্লিন, ইস্ট জর্মনি।***



জর্ম্মনিগী লুচিংবীগা বা থল্লবা - *বর্লিন, ইস্ট জর্মনি।*



অর্টিস্টশিংবু চাকলেন য়াওনা ওকপিরা - *বর্লিন, ইস্ট জর্মনি।*



লাই হরাউবগী জগোয়, লোকেন্দ্রা
-বর্লিন, ইস্ট জর্মনি।



লাই হরাউবগী জগোয় - বর্লিন, ইস্ট জর্মনি।



মণিপুরী আর্টিস্ট লুচিংবী,
এম: কে: বিনোদিনী,
এয়ারপোর্টতা পোৎ ভাইবা
- *প্রাহা, চেকোস্লোভাকিয়া।*



আর্টিস্টশিংবু ওকপিবা - *বর্লিন, ইস্ট জর্মনি।*



য়ুম হন্নমদায়দা, নয়োনশখি, অলুনা, জয়েন্তিসনা, ইবেম্মাইমা, তোম্বীনৌ
- প্রাহা, চেকোস্লোভাকিয়া।



টুলিহল এয়ারপোর্টতা ওকপিরম্বা, থম্বাল দেবী অমসুং লুচিংবী,
এম: কে: বিনোদিনী - ইম্ফাল।

টুলিহল এয়ারপোর্ট, ইম্ফালদা।

[illegible] ওজা কূলা, ইবোচৌবা, ওজা নয়েনী, কোকঙাং, প্রো: নিলকান্ত, ইমা রজনী মাইবী, মাইবম হরিচরন, এম: কে: বিনোদিনী, রা: কু: প্রিয়োগোপালসনা, ওজা অমা, অমসুং লোকেন্দ্রা।

[illegible] ওজা মজি, জয়ন্তিসনা, তোম্বীনৌ, ওজা তোন্দোন, ইবেয়াইমা, অলুনা, নয়নশখি, ওজা সূর্জমুখি অমসুং সমরেন্দ্রা।



